# শ্রীমদ্ভগবদ গীতা

( খোমজনবা ★ হন্দোকপা )

আইঃ এসঃ অকোইজম
থৌবাল ৱাংমতাবা
থৌবাল — ৭৯৫ ১৩৮

ফোঙজবা :
শ্রী সনসম সিংহজিৎ সিংহ
ডাইরেক্টর
মনিপুর ফাইঅর সরভিস
ইম্ফাল — ৭৯৫ ০০১

ফোংডজবা :
শ্রী সনসম সিংহজিৎ সিংহ
ডাইরেক্টর
মনিপুর ফাইঅর সরভিস
ইম্ফাল — ৭৯৫ ০০১




অহানবা থাংনম ঃ ১৯৯৪
লাইরিক মশীং ঃ ১২০০

লাইয়েকপা :
১। শ্রী ব্রাইথোম খোগেন সিংহ
২। শ্রী লৈতান্থেম মুক্তা সিংহ
থৌবাল ব্রাংমতাবা
থৌবাল — ৭৯৫ ১৩৮

মমল ঃ লুপা ২৮

নম্ফম :
লক্ষ্মী প্রেস, থৌবাল
থৌবাল বাজার
থৌবাল — ৭৯৫ ১৩৮

# ৱাহৈ অমনিদং

চহি ৩০ হেন্না তিন্নজররুবা ঐগী মরূপ, শ্রী আই: এস: অকোইজম, হেড মাষ্টর, কৈন্যা গার্লস হায় স্কুল, থোবাল — ওজা অসিনা ইংরাজীগী "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" কয়াদগী খোমজিঙ্গ-রগা ইমারোন্দা হন্দোকপা শ্লোক ঙাক্তগী ওইবা লাইরিক মচা অসি ময়ামগী মশমদা খল্লিক্তা ওইরবস্তু কান্নবা ওইগদ্রা হায়বগী আশাদা ঐনা হৱাউ-হৱাউনা ফোঙদোকচরি। মসিনা মরূপ অসিগী অনীশুবা লাইরিক্নি। অহানবদা মাগী "**ঐখোয়্ থৱকপা তোক্লসি**" হায়বা লাইরিক অমা ফোঙখ্রে। মতম অহৱাইদগী হৌহুনা মহাক্কী পূন্সীদি অওনবা অমা ওইখ্রে। মরূপ অসিনা অস্নুম হায়না তৌরক্কনি অমসুং ওইরক্কনি হায়বসি সুকথা-থাজক্কদে, অদুবু হৌজিক্তি মহাকপু ঈশ্বরনা থোজান-বিখ্রে। অমসুংদনী হঙানবদা লাকপগুম তৌরে, মরমদি, মহাক হৌজিক গীতাগুম্না ধর্ম্মগী লাইরিকশিং নৈনরক্লে।

গীতা হায়বা পূক্নী-ঈশে অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী খোম-জেলমক্তি অমসুং ম'সিবু নৈনবা হায়বা অসিনা মায়াগী সমুদ্রবু ঈরোইদুনা লান্থোকপগী মহৈবু তম্বা হায়বনি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপীরি। য়াইফবা ইবুংঙোনা ইহান-হেক হানবদা সূর্য্যদেব বিবস্বান্দা (নুমিত্তা) গীতা তম্নীখি, অদুগা মতুংদা বিবস্বান্না মদুবু মীওইবা জাতিগী মপা, মহাক্কীদি মচানিপা মনুদা, অদুগা মনুনা মদুবু অমুক মহাক্কী মচানিপা লাইনীংবা নিংথৌ ইক্ষ্বাকুদা তাকথখি অমসুং মঙোন্দগী অমুক মথং মথং

মীরোল মথাং রৈনা অতোপ্পশিংদা য়ৌখি হায়বা অথুপ্পা রাহু গীতাগী মরিশুবা তাঙ্ককী অহানবা শ্লোক অহুমগী মনুংদা পল্লি। গীতাগী ময়মদা মরৈ-য়েংপা মীওই কয়ানা হায়নীং-হান্নীংবা হায়জরবস্মু, গীতাগী য়ুম্ফম ওইরিবা অস্প্রা অহুদি লেঙদনা অহুম লৈরক্লি অমস্মুং লৈখিগনি। পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক্কা মসি খঙনরবনি ।

মীওইবনা কর্ম্মক্ষেত্রদা মশামক ঈশ্বরগী খুৎলায় ওইনা থবক তৌনবথক্তা খোঙদারকপনি, অসিগুম্বা থবক আসগী মহেৎ ফংননবগীদমক্তা নত্তে; পুম্নমক ঈশ্বর মহাক্কী ঙাক্লনি, মপু মঙোন্দা লোয়না পুমকং-কখোক্কদবনি; ইবুংঙো মহাক্কা পীনীংবা পীনবিরকপা খুদিংদা পেন্থোক্কদবনি — অফবসু ওইরবস্মু নত্রগা ফত্তবসু ওইরবস্মু, নুংঙাইবসু ওইরবস্মু নত্রগা অৱাবসু ওইরবস্মু। মহু গীতানা তস্মীরিবা হীরমনি, মহুগী য়ুম্ফম ওইরিবা পারানি।

নাকল অমদনা ধর্ম্মগী লান্মী মপৈশিং, অতোপ্পা নাকল অমদনা অ ধর্ম্মগী লান্মী-মপৈশিং; নাকল অমদনা অফবা, অতোপ্পা নাকল অমদনা ফত্তবা; — শক্তি অনীসিগী মরক্তা অর্জ্জুনদি নীংবকায়হুনা তৌফম খঙদনা লুংবঙনখি। অহুবু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা মঙাল অমস্মুং থৌনা পীবিখি। ইবুংঙো মহাক্তি অর্জ্জুনগুম্বা অচানবা মীওই পুম্বদা গীতা তস্নীহনা লমজিং পীবিবনি। অর্জ্জুনগী অৱাবা অসি মহাক মশাখক্তগী থৌদোক্নি, মশাখক্তগী অতক্তাইনি, মশাখক্তগী সমস্যানি, অতৈ কনাগীস্মু নত্তে হায়না খনবিগনু। মসি মালেমগী মীওইবা ঐখোয়

পূম্নমক্কী ওইবা সমস্তনি। গীতাগী পান্ডুতাকশিংসি মীওইবা এখোয়গী কান্নবা ভাক্তনি। মরম অদুনা, পৃথিবীগী লোল ১৪০০ হোমদা হন্দোকপা গীতা-লাইরিক হৌজিক লৈরবনি।

অরোই-অথম লৈতনা কান্নবা পীবা গীতাগী ইমারোন্দা হন্দোকপা লাইরিকশিং অসিনা এখোয়গী থম্মোয়দা অশেংবা নুংঙাইবা অমা পোকহল্লি। এখোয়গী সাহিত্য-সমাজদসু অরাংপা লেনখৎপা অমা ওইনা থোকই। মায়কৈ অসোমদা ঐখোয়গী মরূপ অসিনা থৌনা ফনা চোংথোকপীরকপা অসি য়াম্না নুংঙাইজে অমসুং মরূপশু হন্না হন্না থাগচরি। ঈশ্বরনা মঙ্গল পীনবিবা অমসুং লাইরিক কয়া মতুংদসু মীয়ামদা পুথোকপীরকপা ঙম্মা ওইসনু। হীরম অসিদা থৌইনসিন পীবিরিবা য়াইফবা ইবুংঙো মহাক্না পূম্নমক্কী মফমদসু য়াইফবা পীনবিবা ওইসনু।

লাইরিক মচা অসি; স্কুল, কলেজ, ওফিস অমসুং অতোপ্পা সংস্থানশিংনা লাইব্রেরিনচিংবা মফমশিংদা থঙ্গীহুনা সমাজ অসিগী মীওই অমত্তংদা ওইরবসু কান্নবা ফংহনবা ঙম্নবদি ঐখোয়গী অনীংবা অসি থুংজগনি।

ময়াম পূম্নমক্কী মফমদা কোক নোঙরি।

শ্রী সনসম সিংহজিৎ সিংহ
ডাইরেক্টর
মনিপুর ফাইঅর সরভিস,
ইম্ফাল।

১০ জুলাই ১৯৯৪

# ৱা খৰদং হঙ্গচ্চবা

ইংৰাজী লোন্দা হন্দোকপা অমস্তুং নৈনবা “শ্রীমদ্ভগবদ গীতা” খৰা পাজকুবদা ঐগী পূন্সীগী য়েক্লবশিং ওইনা লৈরম্বা চিংনবা, অরাবা অমস্তুং অকিবা কয়া কোকখি। অরাবা মতমদা মসি পাক্লরগা অরাবা কোকই, নুংঙাইবা মতমদা পাৱবস্তু নুংঙাইবগী ওমখৈ লৈতে। মসিবু পূক্লীং চঙনা পাঠুনা নৈনরিবৈঙদা, কনাগুম্বা অমনা চানীংবা তূম্নীংবা অমস্তুং তাইবংগী অপাম্বশিং ফংনীংবা পুম্বা কাউথোক্কনি। হংঙু-হংঙুবা পূন্সীগী ৱাহং খুদিঙমক মসিনা পাউখুম পীবিগনি ।

“শ্রীমদ্ভগবদ গীতা”গী তাঙ্কক ১৮গী মনুঙদা মীওইবগী আত্মানা মায়াগী লাংদগী ৱানা লীথোক্কবা হোৎনবগী অকনবা লাঞ্জাও অদু য়াওরি। থরায়-পানবা পুম্নমক্তা মহাক্কী আত্মাচুমক লৈ হায়না খনবা ঙম্নবা মতমদা কনাগুম্বা মহাক অদু আত্মা-জ্ঞান লৈরবনি অমস্তুং মহাক্না পুম্নমকসি মশাগী মশা অমত্তনি হায়না খঙবা ঙম্নবনি হায়নৈ। আত্মাগী অপেনবা ফংলবা মী অমগী মপূক্লীংদি মতম চুপ্পদা মকা-লাম্না লৈরবনি অমস্তুং মহাকপু মালেমসিদা লৈনা-লৈনা অরান-খুভম ফংলব নিঙ্গু হায়নৈ। অদুবু, শিবা নাইবা হকচাঙ অসিগীদা খল্লবা অদুগুম্বা আত্মা-জ্ঞান য়াওদ্রবা মী অমগী মফমদদি, মানা মাগী পূন্সীগী লানফমদা তৌরু-তৌরুবা থবক খুদিঙদা অরাবা ঙাক্না ওইগনি অমস্তুং মপূক্লীংদা শান্তি লৈরোই হায়নরি ।

মতুগীস্তু মথক্তা, শিবা নাইদনা লৈরবা পূন্সীগী ছৈরোল (গীতা) অসিগী মরুওইবা হীরম — নুংশিবা, মঙাল অমস্তুং হীংবা মতৌ — অহুম অহু, পোং পূম্নমক্তী মনুঙদা ঈশ্বরনা শীন-থুংনা লৈবা অমস্তুং ঈশ্বরগী হকচাঙনুঙদা পোং পূম্নমক্তা লৈবা উবগী চাসিন্নবা মিংয়েংদগী মশাগী অতাবী ওইনা পোক্লকই হায়নস্তু গীতা সাস্ত্রনা তাকপীরি।

মরম অসিদগী, নহারোলশিংদা গীতাগী অমৃতগী মহাউ খঙহন্জনীংবগা লোয়ননা, ইংরাজীগী লাইরিকশিং খরদগী খোমজজবা ঙম্বনৈ খোমজজরগা ইমালোন্দা হন্দোক্লুনা লাইরিক মচা অনওং ময়ামগী মমাঙদা পুথোকচনীংবগী অকনবা পূক্নীং-ঈথিল অমা মতম পূম্বদা এঙোন্দা ফাওখি। অহুদগীদি, ঙাকপীহৈবা ঈশ্বর মহাক্কী থৌজালদগী হৌজিক লাইরিক মচা অসিমা পুথোকচবা ঙমজরে। ঈশ্বর য়াওদনদি এখোয়না করি তৌজবা ঙমগনি? নীংবু-নীংলবদি ঈশ্বরনা মতেং পাংবি হায়বসি চুম্লে।

স্লোকশিংবু ইমালোন্দা হন্দোকচবা মতমদা য়ারিবমখৈ লাইনা খঙবা য়ানবা মওঙদা হোংনজে। হোংনজবা পূম্নমক ইমালোনগী অঙম্বা সেবা তৌজবনি হায়নস্তু লৌবিয়ু।

"শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" হায়বা অসি, মপূংদা য়েংলবদি, করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তগী নত্তে। মসিদি মীওইবা জাতি পূম্বগী লান্নবগী কান্নরবা পাউতাকশিং অমস্তুং ধর্ম্মগী মরুওইবা রা-মচং

য়াওবা থোইদোক-হেন্দোক্লা মমিং-চৎলবা অশেংবা লাইরিক অমনি। হৌজিক্তি "গীতা"বু মালেমসিদা লৈরিবা লৈবাক অয়াম্বনা মাগী মাগী লোন্দা লৈহন্দুনা জ্ঞানগী মায়কৈদা চাওখৎনবা লাক্লুরি, অদুগা মাগী মাগী সাহিত্য-সমাজশিংদা পুথোক্লুনা লেন্নরি। ঐখোয়গী ইমালোল অসিদসু ফাওরু-ফাওরবা মখল-মখলগী গীতা-লাইরিক ফনা য়াম্না লৈরে। শ্লোকখক্তগী ওইবা মওঙদদি রাংলি। অরাংপা অসিবু খজিক্কুং ফাওবা মেনখৎপা য়াগদ্রা হায়দুনা অপঙ-থৌনা ওইনা ঐহাক্না চোং-থোকচরকপনি। মসিগী দোষ পূম্নমক ইশাগীনি।

ইমালোন্দা অচৌ-অচৌবা কূপ্পা লৈনরবা "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" য়াম্না লৈগ্রবদা, লাইরিক মচা অসিনা করি তৌনগনি হায়না কনাগুম্বনা হায়বিবা য়াই। হায়ফমসু থোকই। কুপ্পা থোইদোক-হেন্দোক্লা খঙগে তাল্লিবশিংগীদমক্তদি লাইরিক অচৌ-অচৌবশিংগী দরকার ওই, অদুবু ঐগুম্বা কারিগু খঙজদ্রিবশিংগীদমক্তা, লমসিদা অহানবা খোঙদাবদা, খজিক্কুং ওইরবসু অরায়বা মতেং ওইগদ্রা হায়বগী আশাদা ইপৌ-পৌনা লাইরিক মচা অসি পুথোকচবনি। ঙাকপীগনি।

লাইরিক অসি পুথোক্লুবা লাক্লুবদা কৈন্যা গার্লস হায় স্কুলগী ওজা, ঐগীদি নুংশিরবা মরূপ, শ্রী লৈতাম্থেম য়াইমা শিংহগী শিংবা ঙম্নরোইদবা লমন য়াম্না ঐঙোন্দা তোনশঞ্জরে।

ওজা অমা ওইবগী চিন্নবা মতম কয়া কাইথোকপীহুনা, মহাক্না, মখোী অমা ওইনা, ঐগী ইতেং পাঙবিখি ।

থৌবাল হাওখং মমাঙদা লৈবা ওজা, শ্রী থোকচোম চন্দ্র সিংহনস্থু ঐগী খুংই অহু পা'বিখি অমস্থুং বানাণ-নুংনাল য়েং-শিনবিখি ।

শ্রী অরিবম গোকুলচন্দ্র শর্ম্মা, থৌবাল ওক্রম, অমস্থুং শ্রী এসঃ নিংথেম শর্ম্মা, শাস্ত্রী, য়াইরিপোক, — মহাশয় অনী-মক্নস্থু ঐগী খুংই পাবিহুনা অশোয়-অঙাম য়েংশিনবিখি ।

লাইরিক অসি ছাপা নম্বদা "লক্ষ্মী প্রেস, থৌবাল"না অকনবা থৌদাং লৌবিখি ।

লাইয়েকপা শ্রী রাইথোম খোগেন সিংহনা লাইরিক অসিগী মখুনগী লাই য়েকপদা মমল-লৌবিদনা তেংবাংবিরকখি ।

ইকাইখুম্ননঙাই মশক ওইরবা শ্রী সনসম সিংহজিং সিংহ, ডাইরেক্টর, মনিপুর ফাইঅর সারভিস, ইম্ফালনা লাইরিক-ফোঙব-মী-অমা ওইবিহুনা লাইরিক অসি পুথোকপীবগীদমক্তা ঐহাক্না হন্না হন্না থাগচ্চরি ।

পূকচেল চাউরবশিং অসিগী মতেং য়াওদনদি লাইরিক অসি পুথোকচবা ঙম্লম্লোইদবনি। ঈশ্বরনা মখোয়বু য়াইফ-মঙ্গল পীনবিবা অমস্থুং ইবুংঙো মহাক্নী থৌজাল-ঈরিক থীক-থবিবা ওইসনু ।

অরোইবদা মরুওইনা হায়জনীংবদি:— মালেমসিদা তুংগী য়াইফবা অমস্তুং শান্তি পুবিরক্কদবা নহারোলশিংনা লাইরিক মচা অসি পাবিরবদি ঐখোয়গী হোংনজবা মহৈ: য়াল্লে খঞ্জগনি। "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" হায়বা অসি নুংশিবা, ভক্তি, জ্ঞান, অমস্তুং থাদোকপগী অহাউ-অহাউবা ময়াল-মচলশিং মপুংফানা য়াওব্রা পাত্র অমনি। খোৱাংনা লৈখিবা অর্জ্জুন-না মহাউ খঙনা চাখি অমস্তুং থকখি। ঐখোয় খুদিঙমক পুন্সীগী লাল থেংনবদা অর্জ্জুন অমমম ওইসি। ঐখোয়গী থম্মোয়নুঙদা লৈবিরিবা মপু মহাক্লা লমজিংবিগনি। চাবিয়ু, থকপীয়ু, অহুগা পূক্লীংগী অশেঙবা নুংঙাইবা অমদি শান্তি ফংবিয়ু; অরাম-খোৱাংবা পোক্লবা লাক্লবিয়ু; লামদ্রবদি চীঞ্জাক্কী মহাউ অমস্তুং কান্নবা চপ-মান্নবা ফংবা ঙমদে। তৌবতদি পাউতাক অহু চীন্দা থম্বীগন্নু, নৈনরগা থম্মোয়নুঙদা চঙহনবীয়ু অমস্তুং থবক ওইনা নুতিগী পূন্সীদা তশেংনা শীজিন্নবিয়ু. অহুগা মহুদগী লাকপা মতম পূন্নগী ওইবা নুংঙাইবা অহু মহাউ তংসি। গীতাবু সন্মাণ তৌবা হায়বা অহু মহুনি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা ঐখোয়দা অস্থুয়া তাকপীরি। মহুগী মতুংইন্না ঐখোয়না চংপা ঙম্বা শক্তি য়াইফবা ইবুংঙো মহাক্লা পীনবিবা ওইসন্নু। মপু মহাক্কী থোজালদগী থরায়-পানবা পুন্নমক নুংঙাইনা অমস্তুং শান্তি ওইনা লৈবা ওইসন্নু।

অসোয়-অণ্ডাম য়াওরম্বশিংগীদমক্তা ঙাকপীগনি। মথোন্নবু চুমথোক্কুনা লৌবিনবা অমস্থং শেঙদোকপীরক্নবা তোল্লবা ঐহাক্না হন্না হন্না খূরুমজরি ।

ময়ামগী মনাই
আইঃ এসঃ অকোইজম
থোবাল।

থৌবাল
তাং ১১/৭/৯৪

"চিংনবনা ঐঙোন্দা নৈসন্দুনা লৈবা মতমদা, মীংবা কায়বা মরম্না পূক্নীংগী অৱাবা করি অমত্তা হন্দ্রবদা অমসুং আশাগী মঙাল-মশেক অমফাওবা উদ্রবা মতমদা ঐনা "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা" দা চঙজে। অদুগা ইপূক্নীং লুমহন্নবা শ্লোক অমা ফংজে; অদুদগী ঐহাক খুদক্তা ঐবু নমহৎলম্বা অৱাবগী মরক্তা নোকপা হৌই। গীতা-গী ৱাখল খনবশিংনা নুংঙাইবা ফংগনি অদুগা নুমিৎ খুদিঙগী অনৌ-অনৌবা অর্থ থোরক্কনি।"

— এম, কে, গান্ধী

# য়াওফম ডাকপা

হীরম | লামায়

হীরম লামায়

# ১

## অর্জুনগী নুংবঙনবা

### ধৃতরাষ্ট্র

১। হে সঞ্জয়, ঐগী মীশিং (ইচাশিং অমস্তুং অতৈশিং) অহুগা পাণ্ডুগী মচাশিং (অমস্তুং অতৈশিং) অহুনা, মখোয়না পুণ্যগী মশক ওইরবা চুম্নরম লাইফম, শেঙলবা কুরুক্ষেত্রদা, লানগীদমক লাওতক্লনা পৈনরবা (পুন্না তিল্লবা) মতমদুদা, থাঙ্গৈশেংনা করিহেকমক্তি তৌখি ?

২। অদুবু মতম অদুমক্তদা, লানগী হৌনবী মওঙদা মথঙ মনাও নাইনা নিংথিনা শেম-শাদুনা লৈরবা পাণ্ডবকী তেঙ্গোল অদু উরুরগা, নিংথৌ দুর্য্যোধননা ওজাগী (গুরু দ্রোণগী) নাক্তা চংশিল্লক্লম্মী অহুগা রাহৈশিং অসি হায়জখি :

৩। য়েংবিয়ু, হে কুরু ইবুংঙো, অদোমগী শিংলবা মহৈরোয় দ্রুপদগীদি মচানিপানা লানগীদমক্তা নিংথিনা শীন্দোক্লবা পাণ্ডুগী মচানিপাশিংগী চাউরবা লাগ্গী তেঙ্গোল অসি।

৪। লান্দা ভীম অমস্তুং অর্জ্জুনখোয়গা পাংখক ওইরবা অথৌব- শিংনা মতিক-ময়াই লৈরবা লীক্লংশিং মতিকচানা পায়হনা মযম্ অসিদা লৈখ্রি — সাত্যকি (যুযুধান), বিরাট অমস্তুং দোলাই-লান্দা য়াম্না থৌবা দ্রুপদ,

৫। ধৃষ্টকেতু, চেকিতান অমস্তুং কাশীগী কন্থৌরবা নিংথৌ (বরানসি); পুরুজিৎ অমস্তুং কুন্তীভোজ; অদুগা মী মরক্তগী অথোইবা (খ্বাইদগী হেনবা) শৈব্য;

৬। পাঙ্গল কল্লবা যুধামন্যু অমস্তুং থৌনা ফরবা উত্তমৌজা; সুভদ্রাগী মচানিপা (অভিমন্যু) অমস্তুং দ্রৌপদীগী মচা- নিপাশিং — ঙম্নমক মহারথাঃ (অকনবা দোলাই-লাল্লোয়) ঙাক্তনি।

৭। অদুমওইনমক, মপোক অনীরক পোক্লবশিংগী (ব্রাহ্মণশিংগী) মরক্তগী অথোইবও! ঐগী লাণ্মী-তেঙ্গোলগী লুচিং- বশিং অমস্তুং ঐখোয়গী ইরক্তগী থোইদোক-হেন্দোক্লা শীঙ- থাবা য়ারবশিংবুসু খঙবিয়ু; অদোমগী পূক্নীং-লৌশিং ওই- ননবা মখোয়গী মমিংশিংদু খূদম ওইনা পঙ্গে।

৮। অদোম্মক, ভীষ্ম অমস্তুং কর্ণ, অদুগা লান্দা মায় পাক্লনতা লৈরবা কৃপ-সু, অশ্বত্থামা, বিকর্ণ অদুগা সোমদত্তগী মচা- নিপা (ভুরিশ্রবা) অমস্তুং জয়দ্রথ-সু।

৯। অদুগা ঐগীদমক্তা মথরায় কথোক্কে হায়দুনা শেম-শাব্বা অতৈ অথৌবা ময়াম অমস্তু খুৎলায় মখল কয়া পায়ব্রদুনা লৈরি, অদুগা মখোয় ঙম্মকসি লান্দা হৈ শিংলবা ঙা-ক্কি।

১০। মপাল নাইথিদ্রবনি ভীষ্মনা ঙাকশেনবিরিবা ঐখোয়-গী তেঙ্গোলদি, অদুগা ভীম-না ঙাকশেল্লিবা মখোয়-রোমগী তেঙ্গোলদি অককবনি।

১১। অদুমওইনমক, ইকাইখুম্নিংঙাই ওইরবা ইবুংঙোশিং ! নখোয় পূম্বনা, তোঙান-তোঙানবা মায়কৈদা শীন্দোক্লদুনা লৈরিবা নখোয় নশা নশাগী নফম নফমদা লৈবিরগা, অখন্ননা ভীষ্মতবু মপূংফানা ঙাক-শেনবিয়ু।

১২। কুরু-শাগৈগী খ্বাইদগী অহল ওইরবা, থৌনা ফরবা মবুধৌনা (ভীষ্মনা নোংশাগী লাল্লাউ লাউরদুনা, মহাকপু (দুর্যো-ধনবু) মপূক্লীং থৌগৎনবা য়াম্না হৌনা মোইবুং খোংলমই।

১৩। মতুঙদদি লানগী মোইবুংশিং অমসুং অচৌবা ঢলশিং, অপীকপা ড্রমশিং, বেঙ্গুনশিং অমসুং পেরে-শিঙ্গাশিংনা ইখঙ-খঙহৌদনা খোঙ্গৎনরক্লমই। অপুনবা মখোল অদুনা মফম-মরাং খঙদনমথৈ পুমনিল নিল্লম্মী।

১৪। মতম অদুদা, শগোল অঙৌবশিংনা পাবোং লাকপা চীংলেম্নবা অমসুং অকী-তুজুং পোক্লবা দোলাইদা তোংলিবা

**মাধব** (শ্রীকৃষ্ণ) অমস্তুং পাণ্ডুগী মচানিপাস্তু (অর্জ্জুনস্তু) মখোয় অনীগী লাইরম্নেনগী ওইবা মোইবুংশিং খোঙ্গং-লক্লমই ।

১৫। **হৃষীকেশনা** (শ্রীকৃষ্ণনা) পাঞ্চজন্য কৌবা মাগী মোইবুংহু খোঙলম্মী অমস্তুং ধনঞ্জয়না (অর্জ্জুন-না) মাগী মোইবুং দেবদত্ত খোঙলম্মী অহুগা য়াম্না কির কিরবা থবকশিং তৌগনবা অমস্তুং মবুক য়াম্না চাউবা (য়াম্না লামগনবা/চাগনবা) বৃকোদরনা (ভীম-না) মাগী পৌণ্ড্র কৌবা অচৌবা মোইবুং অহু খোঙ্গংলমই ।

১৬। কুন্তীগী মচানিপা, নিংথৌ যুধিষ্ঠিরনা আনন্ত-বিজয় কৌবা মোইবুং খোংলম্মী; নকুল অমস্তুং সহদেবনা মথং-শিংনা সুঘোষ অমস্তুং মণিপুষ্পক কৌবা মোইবুংশিং খোং-লম্মী।

১৭। অহুগা লীকাপ তেনকাপ চঙখোল্লবা (তেলহৈবা) কাশীগী নিংথৌ; দোলাই লান্দা থৌবা শিখণ্ডী; ধৃষ্টহ্যুম্ন, বিরাট অমস্তুং মায়থীবা পী-ঙমদ্রবা সাত্যকি;

১৮। হে মহারাজ, দ্রুপদ অমস্তুং দ্রৌপদীগী মচাশিং, অহুগা সুভদ্রাগী মপাম্বোম কল্লবা মচানিপা (অভিমন্যু), - ঙম্নমক পূল্লগা মখোয় মখোয়গী মোইবুংশিংহু খোঙ্গংনরমই ।

১৯। অণ্ডকপা ফংনা কা-হেন্না নিলখোঙবা অহুনা, নোংথৌ (অতিয়া) অমস্তুং মালেমবু নীক্লা খোঙ্খাং য়ৈহুনা, ধৃতরাষ্ট্রগী কাঙবুগী থম্মোয়শিং থিনগায়রমই অমস্তুং নীকহল্লমই।

২০। হে নিংথৌও! মসিগী মতুঙ-তারকপদদি, তেনশিংনা হৌজিক পাইনরকপা হৌগদোরে (তেন থানরকদোরে) অমস্তুং মাগী ফিরান্দা য়োংজাও (হনুমান) গী শক্তম (মুর্তি) য়াওবা পাণ্ডুগী মচানিপানা (অর্জুন-না) লানগীদমক পরেং পরেং লেংলগা ফীভম শেমহুনা লৈরিবা ধৃতরাষ্ট্রগী মীশিং (মচা-মশুনচিংবা) অহু উরম্মী। মতাঙহুদা মহাক্না মাগী লীরুঙ পায়খংলম্মী অহুগা মখাগী ৱাহৈশিংসি হৃষীকেশগী (শ্রীকৃষ্ণগী) মফমদা হঙচরম্মী:

২১। হে অচ্যুত (অমাঙ-অতা চেন্দবা শ্রীকৃষ্ণ), ঐগী দোলাই অসি থৌবিয়ু, অহুগা মসি লাম্নী তেঙ্গোল অনীগী মরক্তা থম্বীয়ু ... ... ...

২২। ... ... লাল শোক্লনীংহুনা মকম অসিদা লেপ্লিবা মীশিং অহু উবা ফংজনবা, অমস্তুং থোক্লরগদবা লান্দুদা ঐনা হৌজিক কনাগা পা-নবা তারিবা হায়বহু খঙজনবা।

২৩। ধৃতরাষ্ট্রগী পুক-ফত্তবা মচানিপাগী অনীংবা অদু মখোয়না পাণ্ডখোক্লীংদুনা, লাল শোক্লনীংবগী রাখলগা লোয়নরগা, লাল শোক্লনবা শেম-শারদুনা, মফম অসিদা ত্তিল্লরিবা মখোয়শিং অদু এনা য়াম্না কুপ্না য়েংজনীংই।

২৪। অর্জ্জুন-না (গুড়াকেশনা) অস্মুম্না হঙ্গচরবদা, হৃষীকেশনা (শ্রীকৃষ্ণনা) মখোয়গী মতিক-ময়ায় লৈরবা অথোইবা দোলাই অদু থোরম্মী অদুগা মদু, হে ভরতকী মশু ইবুংঙো (ধৃতরাষ্ট্র), তেঙ্গোল অনীগী মরক্তা থনম্মী।

২৫। অদুগা ভীষ্ম অমস্মুং দ্রোণ, অদুগা মালেমগী অতৈ নিং-থৌশিংগী মমাঙদা শ্রীকৃষ্ণনা অস্মুম্না হায়রম্মী, "য়েংউ, হে পার্থ (অর্জ্জুন), লানফম অসিদা পৈ-রিবা কুরু শাগেগী লাণ্মীশিং অসে।"

২৬। মতুঙদা, অর্জ্জুন-না মফমদুদা (তেঙ্গোল অনীমক্তা) পম্বৌ-শিং, মবুথৌশিং, ওজাশিং, মতোল-শিং, মচিল-মনাওশিং, মচাশিং, মশুশিং অমস্মুং মরূপ-মপাংশিংস্মু উরম্মী

২৭। অদুগা মকুবোকশিং অমস্মুং মরূপশিংস্মু তেঙ্গোল অনীমক্তা (লোয়নমক য়াওরম্বদু উরম্মী)। কুন্তীগী মচানিপা অদুনা

[অর্জ্জুন না], লান্দা মায় মায় ওনশিন্নহুনা প্লেং শানা শীন্দোক্লবা মওঙদা অস্থুয়া লেপ্তুনা লৈরিবা মরী-মতাশিং অহু উক্লবগা, অয়োবীদা অহকপা মীনুংশি অমনা থুক্সং-লক্সমী অহুগা পূক্লীং ইস্থনা রাফম অসি অস্থুয়া হায়রকখি।

২৮। হে কৃষ্ণ, লানফম অসিদা লাল তৌনবগে হায়বগী রাখলগা লোয়ননা লাক্লবা ঐগী শাগৈ-নাতৈ অমস্থং মরুপ-মপাংশিংসি উরগা,

২৯। ঐগী হকচাঙ কায়াংশিং অসি য়াদ্রে [শোন্থরে], ঐগী ইচিন থ্রক-থ্রক কংথ্রে, অনীকপা অমনা ঐগী হকচাঙবু খুহুম চনথ্রে অমস্থং ঐ তু-মান চুংলে।

৩০। ইখুত্তগী ঐগী অচৌবা গাণ্ডীবা লীরুঙ নাস্থখ্রে, অমস্থং ঐগী তোংশাবু কুপ্লিবা উন্সা অসিস্থ শাথীনা প্রোক-প্রোক চাক্লে; ঐহাক খুভম চেংনা লেপ্পা ঙমশিল্লক্লে, অহুগা ঐগী পূক্লীং অসি উক্ল উক্ল লৈবগুম অমস্থং ইচোয়-চোয়বগুম তৌরে।

৩১। অহুগা ঐনা নুংঙাইতবা ফত্তবা-থোক্লগদবা খূদম - চাংদম-শিং উই, হে কেশব (শ্রীকৃষ্ণ)! ঐগী মরী-মতাশিংবু লানগী অঙম অঙম হাংনবী (বলি — যজ্ঞ) অসিদা হাংপদা লেম্লিংঙাই অমত্তা ঐদি হাপ্পা উবা ঙমদে।

৩২। ঐহাক লানঙম্মা পামজদে, হে কৃষ্ণ, লৈবাকস্তু, নুংঙাই-নাংঙাইশিংস্তু করি অমত্তা পামজদ্রে। ঐখোয়দা করি কান্নবগীনো ঐখোয়গী লৈবাকসে, হে গোবিন্দ, নত্রগা মহুগী নুংঙাইবসে নত্রগা থরায় ফাওরসে ?

৩৩। মখোয়গী মরমগীদমক্তনি হায়হুনা ঐখোয়না নিংথৌ লৈবাক অমা, অমস্তুং মহুগী নুংঙাইবশিং, অমস্তুং পুন্সীগী হরাউ-ভয়াম্বশিংবু পাম্ল্রিবা, অহুগুম্বা মীওইশিং অহুনা মখোয় মখোয়গী মথরায় অমস্তুং লন-থুম থাদোক্কদবগী লানবুঙ অসিদা লৈরবা মতমদা ... ... ...

৩৪। লানবুঙসিদা ঐখোয়দা মায় ওনশিন্দুনা লৈরিবশিংসি ওজাশিং, পন্থৌশিং, ইচানিপাশিং অমস্তুং ইপুশিং; মাতুল-শিং, ইকুবোকশিং, ইশুশিং, ইশেল-ইবাইশিং অমস্তুং অতৈ মরী-মতাশিংনি ।

৩৫। মখোয়শিং অসি ঐদি হাৎনীংদে, মখোয়না ঐবু হাৎচপ্রব-ফাওবদস্তু, হে মধুসুদন (শ্রীকৃষ্ণ) ! (ঐ মখোয়শিংসি হাৎ-নিংদে) মরোল অহুম তু-না শন্দোকপা নিংথৌ লৈবাক অমগী মপু ওইনি হায়রফাওবদা; - মালেম লৈকোয়-পুঙথক্তীদমক মহুম তৌরুবদি থম্লু থম্বীখো !

৩৬। **হে জনার্দ্দন** (শ্রীকৃষ্ণ), ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু হাংলগা ঐখোয়না করম্বা হরাউ-নুংঙাইববু ফংগদগে? অসিগুম্বা মরাল-চাউনা লৈরবা মী-ফত্তশিং অসি হাংলুরগা পাপ্তুনি ঐখোয়গী ইথক্তা তারকদবা!

৩৭। মরম অসিনা, ঐখোয়মক্কী মরী-মতাশিং ওইরিবা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংবু হাৎপা হায়বসি ঐখোয়গীদমক্তদি অচুম্বা ওই-রোই; মরমদি, **হে মাধব** (শ্রীকৃষ্ণ), ঐখোয়মক্কী মরী-মতাশিংবু হাংলগা করম্বা নুংঙাইববু ঐখোয়না মতম চুপ্পগী ওইনা অস্নুম নুংঙাইজবা ফংবা ঙমগদগে?

৩৮। ইমুঙ অমা মাঙ-তাকহনবদা, অপাম মিহৌনা ঙমথ্রবা পূক্নীংগা লোয়ননা, মখোয়না ফত্তবা অমত্তা উদ্রমকস্ন্, অতুগা মরুপ-মপাংশিংগী মফমদা য়েংথীরুবগী অয়োনবা (=পাপ) অমত্তা খঙজদ্রবস্নু;

৩৯। ইমুঙ [শাগৈ] অমবু মাঙ-তাকহনবগী অমাঙবা [দোষ] অদু তশেংনা খঙলবা ঐখোয়নবু পাপ অসিদগী হন্দোকুবগী লৌশিং অদু করিগী লৈরোইদৌরিবনো, **হে জনার্দ্দন** (শ্রীকৃষ্ণ)?

৪০। ইমুঙ [শাগৈ] অমা মাঙ-তাকহনবদা, ইমুঙদুগী পরম-পরাদগী শাংনা চথরক্লবা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাই-তীনগী থৌরমশিংদু মাঙখি; হৌনবী অচুম্বা চৎন-পথাপশিংনা লৈ-রক্লবদা, হৌনদবা মতৌনা [=অধর্ম্মনা] ইমুঙ [শাগৈ] পূম্বদু নমহৎখি।

৪১। তৌহৈদ্রবা পাপকী মশক ওইরবা কাং-খোং চাইবা অদুনা কোয়শল-শল্লক্লবদা, হে বাষ্ণেয় [বৃষ্ণিগী মশু-ইবুংঙো], শাগৈগী মৌশিংদু মরমচৎ মোৎলকই; অদুগা নুপী ওইবী-শিংনা শেংদ্রবদা [হৈরাঙ-লোঞ্জানবনচিংবা তৌরবদা], হে কৃষ্ণ, খুন্নাইগী ওইবা চয়েংনবা (জাং অমগা অমগা লান্ননা ইতোং তোংশিন্নবা) হায়বদু ওইরকই।

৪২। কাং-খোং চাইবা [চনৈনবা] অসিনা ইমুঙ [শাগৈ] অদু-মকপু অমস্তুং ইমুঙ [শাগৈ] অদুবু মাঙহল্লিবশিংদুবুস্তু য়াইথীকোমদা [ণরক্লা] চিংথৈ! [ঈ-শেংবা মচাশিংনা] হৌনবী অপোক-চরা তম্বীরক্লবদগী [ঈশিং অমস্তুং পিণ্ডদান তৌবা লেপখিবদগী] মখোয়গী [নোঙ্গাখ্রবা] থক্কী অহল-লমনশিংগী [মপা-মপুশিংগী] থরায়-মিরেলশিং অদুনা ণরক্লা ডোঃনা থাঙই।

৪৩। শাগৈ-জাৎ মথোঙ-মরম খঙদবা হায়বদু পোকহল্লিবা শাগৈ অমবু মাঙহনবশিংগী ফত্তবা থৌদৌশিং অসিনা, মীয়োল মীয়োল য়ৈনা তৌনরক্লবা ইমুঙচুমক্কী অমস্মুং শাগৈ জাৎ অদুগী ঈরাৎ-থৌরমশিং অমস্মুং মথৌ-মঙমশিং মাঙহল্লি।

৪৪। **হে জনার্দ্দন,** মখোয় মখোয়গী শাগৈগী ওইবা ধর্ম্মগী থৌরম-নুংলম মাঙহনবিগ্রবা মীশিং অদুগীদমক্তদি, মতম অস্থক হায়বা লৈত্তনা য়াইথীকোমদা [নরক্তা] তাদুনা লৈবা শেংয়দ্রবনি হায়বসি এখোয়না তাজৈ।

৪৫। ওস্থোকপানিদা! নিংথৌ পাম্বা মালেমগী লৈবাক অমগী নুংঙাইববু মিতাক্লবদগী এখোয় ইশামক্কী মরী-মতাশিংবু হাৎনবা এখোয়না শেম-শাক্লবসিদা চাউথ্রবা মরাল [=পাপ] অমা তঙাইফদবা ওইনা এখোয়না লঙশিনগে লেপ্লুরে।

৪৬। এনা ইখুৎ হন্দনা [ঙাকথোক্লবা থৌরাংদনা], খুলায় থা-দুনা লৈবদা, ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা মখুত্তা খুৎলায় পায়না এবু থেংনরম্লবা, অদুগা এবু লানফমদা হাত্তোকপীরম্লবদি, মদুনা এগীদমক্তদি থাঙ্গৈশেংনা হেন্দোক্লা অফবা ওইরমগনি ...

... ... ... ... ...

## সঞ্জয়

৪৭। লানবুঙদা অস্নুম্না হায়ব়হ্না অহ্গা মাগী লীরুঙ অমস্নুং তেনজৈশিং থাদরহ্না অর্জ্জুনদো অব্রাবনা পূম্লাক লাকহৎ-লবা [অব্রাবদা পূংলূপ-লূপ্লবা] পূক্লীংগা লোয়নহ্না মাগী দোলাইগী ফমফমদা ফমথখিব্রম্মী।



# ২

# সাঙ্খ্য যোগ

## (জ্ঞানগী লীশ্বুন)

### সঞ্জয়

১। মতমতুদা মীনুংশিনা মপাঙ্গল শোলহল্লবা, মমিংলু-নাপোম অনীদি পিরাংনা থূঙ্কংলবা, রাখন্দা রায়বা অতুগা রাবনা পুক্নীং পীকথরবা মাগী (অর্জ্জুনগী) মফমদা **মধুসুদননা** (মধু হিংচাববু লানবিবা শ্রীকৃষ্ণনা) রাহৈশিং অসি কাওলমই :

## য়াইফবা ইবুংঙো

২। লেমজদবা পুক্নীং ঈথীল অসি চিরবা চাংয়েংগী পুংফমসিদা কদায়দগীসু নঙোন্দা রায়থুওলরিবা? অকনবা মীশিংদি থোনা হুন্থদে, হে অর্জ্জুন, মরমদি মতুনা লাইরৈপাক্কী (=স্বর্গগী) সন-থোঙ থিংগনি; (মালেমদনা) মতুনা মীং-চংতুম থীহল্লি।

৩। মগুণ ব্রাংলবা অশোনবদা তাথরকনু, হে পার্থ (অর্জ্জুন), মসি নঙনি হায়বদা মতিক চাদে। লংথোকখ্রো মসিগী করিগু লৈত্রবা থাম্মায় খুংশোনসি, অদুগা হৌগংলো, হে য়েক্লবশিংবু তকখায়বা ঙম্ব-ও (অর্জ্জুন)!

## অর্জ্জুন

৪। হে মধুসূদন, য়েক্লবশিংবু মাঙহনবা ঙম্ব-ও (শ্রীকৃষ্ণ), লাংপদা মতিক চারবা ভীষ্ম অমস্থুং দ্রোণগী মায়য়োক্তা লানসিদা তেন কাপ্পুনা করম্না ঐনা লান-থেংনবা ঙমসিগে?

৫। পুকচেল চাউরবা অহল-লম্মন, লাই-গুরুশিংবু হাত্তোশরুক পুদি, চাক্লিহনা (ভিক্ষানিদুনা) তাইবংপানবসিদা হিংবনা হেন্না ফরগনি। অদুগা করিগুম্বা মখোয়বু ঐনা হাংপা থোক্লবদি, সংসারসিদা মখোয়গী ঈ চুরবা মহৈঃ য়াল্লবা অনীংবশিং, অমস্থুং লন-থুমগী নুংঙাইবদা, ঐখোয়না হরাওনা লেনবা ওইহৌরনি।

৬। অদুগা মখোয়না লাল ঙমখিবগা নত্রগা ঐখোয়না ঙমহৌরগা ঐখোয়দা করম্বনা ফরিবনো হায়বদু ঐখোয় খঙজদে। মখোয়বু হাংলুরগদি ঐখোয়না হিংজুনা লৈনীংলরোইদবা অদুগুম্বা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংদু ঐখোয়গী মাঙসিদা লৈরি।

৭। ঐগী থম্মোয় অসিমক মীনুংশিদগী পোক্লকপা শোম্বা মতৌ অমনা চৈথেং পীয়ে; ইপূক্লীংসি ইথৌ লেপ্পা ঙমদরে; ঐনা অদোমদা হঙ্গচরি, "ঐঙোন্দা হায়বিয়ু, শোয়দবীদা, ঐঙোন্দা করম্বনা হেন্না ফব্বিবনো? ঐদি অদোমগী ননাই শিয্যানি। নফমদা চংজফম থিজরীবা ঐঙোন্দা অস্তুম তৌ হায়বহ্ তাকপীয়ু।"

৮। লাইশিংগী মবুঙঙোমক [চিংঙু মপুরেনমক] ওইবা নম্রগা য়েক্ল-তিম্বঙ লৈত্রবা নুংঙাই-য়াইফরবা লৈবাক অমা, মালেমসিদা, ঐনা ফংগদবা লৈরফাওবদা, মতুনদি ঐগী ইন্দ্রিয়শিংবু খ্রক-খ্রক কংহল্লিবা অরাবগী মৈ অসিবু মুথৎপা ঙমগনি হায়বহ্নমদি ঐনা উজদে।

## সঞ্জয়

৯। হৃষীকেশদা [শ্রীকৃষ্ণদা] অস্তুম হায়রহনা, কন-থোরবা গুড়াকেশনা (অর্জ্জুন-না) গোবিন্দদা (শ্রীকৃষ্ণদা) হায়রম্মী, "ঐ লাল তৌজররোই।", অতুগা ইশেংমক-শেংনা তুমিন্না লৈখ্রে।

১০। হে ভরতকী থারা [ধৃতরাষ্ট্র]! তেঙ্গোল অনীগী ময়ায়দা পূক্লীং রানা লৈরিবা মহাক্কী [অর্জ্জুনগী] মফমদা হৃষীকেশ-না [শ্রীকৃষ্ণনা] মহৌশা মহৌশাগুম মোমোন মোমোন নোক্লুনা রাহৈশিংসি হায়রীখি :

# য়াইফবা ইবুংঙো

১১। রাবীফম থোক্লবশিংগীদমক্তা নহাক্না রাবীরি, অদুগস্সু নহাক্না লৌশিং লৈবগী রাঙাঙশিংস্সু ঙাঙলি। অশিংব-শিংনা অচঙবশিংগীদমক্তা রা-নদে; অদুগা মখোয়না লৈখি-দ্রবশিংগীদমক্তস্সু রা-নদে।

১২। **ঐহাকসিনা** লৈরমদে হায়বা মতম অমত্তা খক লৈখিদ্রি, নত্রগা নঙনস্সু নত্রগা মীওইবগী নিংথৌশিংনস্সু। অদুগা হৌজিক্কী মপোকসিগী মতুঙদা ঐখোয় পুম্বা লৈররোই হায়-বগী রাফমদি তশেংনমক নত্তে।

১৩। তুম্বা-নাইবা হকচাঙনুঙসিদা লৈন-লৈন, অঙাং ওইরিঙৈদা -মথোংকারকপদা-হনুশিল্লকপদা মথঙ মথঙ লান্দূনা চংপ-মক্কুম্না আত্মানা (অমনবা হকচাঙ অমদগী) অনৌবা হকচাঙ অমদা অমুক চোংশিল্লি: মসিদা মুনি [নুং-উবা-লাইনীংবা] অমনা করি অমত্তা চিংনদে।

১৪। অদুবু, ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী মচাকশিংগা শম্নকুবনা, হে কুন্তীগী মচানিপা [অর্জুন], অশাবা-অঙ্গংবা অমস্তুং নুং-ঙাইবা - অৱাবা পোকহল্লি। মখোয়শিংসিদি লাকই অমস্তুং চংখি অদুগা তুং-কোয়নদি অস্তুম লৈতে। থৌনা ফনা খাঙজ্ঞু, হে ভরত [অর্জুন]।

১৫। হে নিপা মরক্তগী অথোইবা [অর্জ্জুন]! ভশেংনমক, মখোয়-শিংসিনা মচী লেঙহনবা ঙমদ্রবা অহুগা মঙোন্দা অরাবা অমস্তুং নুংঙাইবা অনীমক চপ্ মান্নরবা মীশক অহু অমর (অম্রান খুভম) ফংবা মতিক চারে।

১৬। নৈতবা পোৎকীদি (তুং-কোইদবা পোৎকীদি = অসংকীদি = হকচাঙগীদি) তুং-কোইনা লৈবা মতৌ লৈতে; অরৈবা পোৎকীদি (সংকীদি = আত্মাগীদি) খম্না-লোইবা মতৌ লৈতে। (অরেপ্পা নাইদবশিংগীদি অরেপ্পা নাইরক্লোই; অরেপ্পা নাইবশিংগীদি অরেপ্পহু খমখিরোই।) অহুবু অনীসিগী লৈখোলদি অচুম্বা উ-ঙম্বা মখোয় অহুনা অসি অসিনি হায়বহু থাঙ্গশেংনা খঙই।

১৭। লেঙলি-পাল্লিবা পূম্নমক্তা শীন-থুংনা চঙহনা লৈরিবা মদুমদি অমাঙ-অতা লৈত্রবনি হায়রা খঙউ। কনা অম-তনা হোংদনা লৈরিবা অরেপ্পা অসিবু (আত্মাবু) থুগাই-কুবা ঙমদে।

১৮। শিব-নাইদবা অমস্তুং মাঙ-তাকহনবা ঙমদ্রবা শাবানবা য়াইবীগী (আত্মাগী) মহুম ওইরিবা হকচাঙশিং অসিদি মখোয় মখোয়গী মতম য়োরকপদা অরোইবা নাই হায়নৈ। মরম অসিনা, মথা চথরো নহাক্কী লান্দো, হে ভম্নতকী মশু-ইবুংঙো [অর্জ্জুন]।

১৯। **আত্মা অসিবু** অহাৎপনি হায়না লৌরিবা মহাক অমস্তুং **মসিবু** হাৎলে খল্লিবা মহাক-মখোয় **অনীসিমক্না** (আত্মাগী অশেঙবা ঈরূ) খঙদ্রে। **মসিনা** (আত্মানা) হাত্তে, **মসিবুসু** (আত্মাবুসু) হাত্তে (হাৎপা য়াদে)।

২০। **মসিদি হকচাঙগুম্না খক** পোক্কে, শিবসু **খক** শিদে; লৈরম্নগে **হায়হুনা** অমুক্তংবু চঙখ্রবদা **মসি** লৈবা অমুক লেপত্রে। **মসিদি খক** পোক্কে, লৈহুনতা অহুম লৈজবনি, হোংবা নাইদে, পথ-পুম্নথ লৈতে অমস্তুং কুইবদগী কুই-রবনি। **হকচাঙনা** শিবদা **মসিদি** শিদে।

২১। **মসিদি** মাঙহনবা ঙমদবনি, মতম পূম্নদা লেঙদনা লৈবনি, পোকপা নাইদবনি অমস্তুং কৈদৌনুংদা হোংবা নাইদবনি **হায়না খঙইবা কনাগুম্না** মীশক অহুনা করম্না কনাবু হাৎপা ঙমগনি, হে পার্থ (**অর্জ্জুন**), নত্রগা কনাদা হাৎহনগনি ?

২২। মীওইবনা মশাদা **শক্লিবা** অমনবা চৈরে হুন্দোক্লগা অহনবা অমা হোংবগুম, অহুমক হেক, আত্মানা কেম্নবা (শিরবা **হকচাঙ** থাদোকই অহুগা **মৌরিবা** অমদা চঙশিল্লি।

২৩। খুৎলায়না আত্মাসিবু ককপা ঙমদে, মৈনা **মসিবু** খক চাকথেকপা ঙমদে, ঈশিংনা **মসিবু** চোৎহনবা ঙমদে, নুংশিংনসু **মসিবু** কংহনবা ঙমদে।

২৪। আত্মাবু শোকহনবা (ককথংপা), চাকহনবা, চোংহনবা অমসুং কংহনবসু ঙমদে। মসিদি (হকচাঙনা শিগ্রবসু) মতম পুম্নগী ওইনা লৈহৌই, (পুম্নমক্তা) শীন-থুংই, মওঙ খঙ হোংদে, মচি খক লেঙদে। মসিদি ওইরিবা অতুতা ওইতুনা লৈ।

২৫। আত্মাদি অফোঙবা নত্তে, ৱাখলনা লাম্না ফংদে অমসুং ওন্থোক-ওনশিন নাইদে হায়নৈ। মরম অসিনা, মসিবু অসুম হায়না খঙলগা, নহাক্না নপুক্নীং ৱাকম থোক্কে।

২৬। অমরোমদা, মসি কাংব-লৈতনা পোকই অমসুং তত্তনা হেক হেক শি হায়না হেকমক মখল্লবদি, মতু ওইজরবা ফাওবদা, হে পাম্বোম কনব-ও (অর্জ্জুন), নহাক্না মতুগীদমক্তা অসুম্না ৱাকুফম থোক্রেনা।

২৭। মরমদি, কনাগুম্বা অমনা পোকপু পোক্লবদি শিবা হায়বসি লম্মন তোল্লে, অতুগা শিগ্রবশিং অতুগীনা মপোক অমুক তাল্লকপা হায়বসি শোয়দ্রবনি। খেৎপা য়ারোইদবা অতুগীদমক নহাক ৱারোইদবনি।

২৮। থৱায় -পানবা পুম্নমকসি, মখোয়গী অহানবা মরুদা (পোক্রিদ্রৈঙদা) মশক থুপাচিন্দুনা ( কোঙদোক্লনা ) লৈ; ময়াই থংবা থাক্তদি (পোক্লবা মতমদদি) মশক নাইরে

(ফোঙবা ওইরে), হে ভরত (অর্জ্জুন), অদুগা থাঙ্গৈশেংনমক মখোয়গী অরোইবদদি (শিরগদি) অমুক মশক থুপচিনখি।

২৯। কনা অমনা মসিবু অঙকপা ওইনা উই; অদুগা থাঙ্গৈশেং-নমক মদুগা মান্নবা, অতোপ্পা অমনা মসিগী মরমদা অঙকপা অমা ওইনা ঙাঙই; অদুগা অতৈ কনা অমনা মসিগী মরমদা অঙকপা অমা ওইনা তায়। মসিগী মরমদা তাবমখৈ তাখ্রবা মতুঙ ফাওবদা কনা অমত্তনা ময়েক শেংনা মসিবু খঙবা ওমদে।

৩০। থরায়-পানবা খুদিঙমক্তা চঙদুনা লৈরিবা আত্মা অদুদি মখোয় পুম্নগী থনুঙদা শিবা নাইদনা লৈ, হে ভরত (অর্জ্জুন), মরম অদুনা, অসিগুম্বা অহিংবশিং পুম্নমকসিগী-দমক্তা নহাক্না রাবীফম থোক্তে।

৩১। অদুগীসু মথক্তা, নহাক নশামক্কী তৌফম থোকপা নথৌ য়েংলুরগা, নহাক হুঞ্জানরোইদবনি; মরমদি ক্ষেত্রীয়মচা (লাল্লোয়) অমগীদমক্তদি অচুম্বা (ধর্ম্মগী মশক ওইবা) লাল অমা থেংনবদগী হেন্না য়াইফবা অমা লৈতে।

৩২। নোংদোল (— স্বর্গ) কা-নবগী হাংদুনা লৈরবা থোঙ অমগুম্না মশানা মদোম থোকচরক্লিবা অসিগুম্বা লাল অমা থেংনজবা ফংজবা ক্ষেত্রীয়(মচা)শিংসি কন্নাদা নুংঙাইজরেদো! হে পার্থ (অর্জ্জুন)!

৩৩। মসিগী ওন্নবদা, চুম্নবা লাল অসি নহাক্না থেংনদবা তারবা, অতুদগীদি, নশামক্কী নথৌ অমস্তুং মিংচৎপু খোল্লাউনরগা, নঙনা (পাপ) ফত্ত-মহৈঃ লঙশিনবা ওইগনি।

৩৪। নহাক্কী লোইবা নাইদবা মিংচৎথীবগী রাবু হৌজিক অমস্তুং লাকদবা মতমশিংদস্তু রারীনগনি। অতুগা ঈকায়-খুম্নরিবা মী অমগী মফমদদি, মিংচৎথীবা হায়বসি শিবদগী হেন্না ফত্তে।

৩৫। কিরতুনা নহাক লান-শোক্লবদগী চেনখ্রে হায়না অচৌবা দোলাই-তোংবা লাল্লোয়শিংনা খনখিগনি; অতুগা নহাকপু য়াম্না রাংনা খল্লম্বশিং অতুনা নহাকপু করিস্তু লৈতবা ওইনা লৌখিগনি।

৩৬। অতুগা নহাক্কী থৌনাবু কয়েম্নতুনা, নোক্লবা অমস্তুং চোপ্-হন্নিঙবগী উশিং-খৌওইদবা রাঙাঙ-শাঙাঙ শিজিন্নতুনা নহাক্কী য়েক্লবশিংনা নঙবু ঙাঙনগনি। মতুদগী হেন্না পুক্নীং না-নিংঙাই করি অমা লৈরি ?

৩৭। (লান্দা) শিরগনা, নহাক্না কোয়ৌ অরাংবরু (স্বর্গবু) ফংগনি; (লান্দা) মায়-পাক্লগনা, মালেম্বু নুংঙাইনগনি (মালেমগী ওইবা পোত্তা নুংঙাইবা ফংতুনা লৈগনি)। মরম অসিনা, হৌগৎলো, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জ্জুন), লাম্থেংনরগে হায়না চপ-চানা নপুক্নীংদা নীংতুনা।

৩৮। নুংঙাইবা-অরাবা, ভোংবা-মাঙবা, মায়পাকপা-মায়থীবা

চপ মান্নবা লৌরগা, অতুদগীদি লানগীদমক্তা শেম-শাম্নো।
অতুম ভৌম্নবদি, নহাক কত্ত-মহৈ: (পাপ) লঙশিল্লরোই।

৩৯। নঙোন্দা তাক্লিবসি সাঙ্খ্য দর্শনগী (রাংঙ্‌ম্নোলগী) লৌশিং অতুনি, হে পার্থ (অর্জ্জুন)। হৌজিক্তি যোগ অতুগী লৌশিং অমু হায়রগে মুন্না তাম্নো। নহাক্কী বুদ্ধিনা মসিবু লৌশিল্লবদি, নহাক্কা থবক্কী "অফা-অপুন" দগী লীৎথোকপা ঙমগনি।

৪০। লমদাং অমুদা চৎলকপদা, হোংনমন অমত্তা থক মাঙদে অমুগা খুদোংথীবন্স অমত্তা থেংনদে; অচুম্বা লীচৎ (ধর্ম্ম) মরীক অমনফাওবা (থবক তৌম্নগী) চাউম্নবা অকিবদগী (কনাগুম্নবু) কল্লি।

৪১। মসিদা, হে কুরু শাগৈগী মুংঙাইনীংঙাই ওইবও (অর্জ্জুন), অমত্তা ওইবা, লেপকদবা অমত্তদা লেপ্পা পুক্নীং (গী) চপ-ম্নুংবা অমদি চঙই। অমুগা পুক্নীং—ম্নুংবা ম্নাৎপা মীগী ম্নাথলশিংদি মফাং-মফাংই অমস্নুং মপান নাইদে।

৪২। বেদগী লৈছি চেল্লবা অথুম্বা ম্নাহৈশিংবু খোয়দাহুনা, অপঙবা মীশিংনা লৈসি-লৈথোল্লবা ম্নাঙাঙ ঙাঙই, হে অর্জ্জুন, অমুগা "মসি নত্তনা অতৈ কম্নিগু লৈত্রে," হায়না মখোয়না হায়।

৪৩। মখোয়গী মপূক্লীংশিংদি ওইজনাম পূজনাম খিবগী অপাম-মিহৌনা পীক থল্লে, অদুগা স্বর্গবুদি পুস্থ্রুং ওইনা মখোয়না থম্লি। তৌরুবা থবক্কী মহৈ: ওইনা অমুক হন্না পোক্লকই হায়বসি খঙহন্দুনা লৈসি-লৈথোল্লবা রাহৈশিংসি মখোয়না ঙাঙই, অদুগা মতিক-ময়াই (শক্তি) অমস্বুং সুংঙাইবা ফংনবগীদমক্তা তোঙান-তোঙানবা অথম্নবা ঈন্নাং থৌনি-রোল ময়াম য়াত্তুনা থমই।

৪৪। অচুম-অরানবু খন্দোক্কদৌরিবা মখোয়গী লোয়ন-লৌশিং (বুদ্ধি) অদুবু অদুগুম্বা লৈসি-লৈথোল্লবা রাহৈশিং অদুনা সেরান্নবা পুথোকপীগ্রবশিং অদুগা মতিক-ময়াই অমস্বুং হন্নাও সুংঙাইববু পামজবা মখোয়শিং অদুগী পুক্নীং অদুদা, 'থাজগদবা অমখক্তদা চেৎনা থাজবগী মতৌ' অদু নিং-থিনা তঙ-তানা লিংহুনা থম্বা হায়বদু ওইরকপা ঙমদে।

৪৫। বেদনা মহৌশা লাইরেম্বীগী মগুণ অহুম অদুবু নৈনৈ, অদুবু গুণ অহুম-সিদগী হেন্দোক্তুনা কাখৎলু (লাম্থোকউ)। হে অর্জুন, তাইবংগী "ওন্ন-ওন্নবা পুঙবাশিং" অদুদগী মশামক রাই শংউ, অদুগা লন-থুম তামশিনবা অমস্বুং মদুবু ঙাক-শেনববু থৌ-রা শাক্লদনা সত্ত্বগী গুণদা (অশেঙবদা, অকবদা) চেৎনা রৈশিন্দুনা অদুম লৈথ্রো; অদুগা নহাক মশামকী য়াইবীবু (আত্মাবু) নম্নল ওইযু।

৪৬। ঈশিংনা মফম খুদিংমক্তা রা-রা পাথোক্লবা পুখ্রি অমগী কান্নবা মকান্না অতুমমক্কি থবক ওইনা থঙলবা ব্রাহ্মণ অমগী মফমদা বেদশিংসিনা কান্নরিবসে ।

৪৭। নহাক্কী হক-তি নহাক্কী থবক তৌবথক্কুনি, অদুবু, মদু থবক্কুগী মহৈ:গদি মরী খক লৈনদে; থবক্কী মহৈ:বু নহাক্কী পুক্নীং শাদোঙ ওইহনগনু। থবক তৌদ্রিঙদবগী মতৌ অমত্তসু নঙঙোন্দা পোক্কবা ওইসনু ।

৪৮। যোগদা চেৎনা লৈদুনা, হে ধনঞ্জয় (অর্জুন), থবক্কী মহৈ:গা শম্নরুদনা অদুগা মায়পাকপা অমসুং মায়থীবা অনীমক্তা পুক্নীং খল-চাং মান্নবা থম্লগা, নহাক্কী নথৌ তৌ। পুক্নীং পাংদিং মান্নববু (অক্রম-অয়াং মান্নববু) যোগ কৌই ।

৪৯। হে ধনঞ্জয় (অর্জুন), থাঙ্গশেংনমক, মনাগী য়েংদুনা তৌবা থবক্কা বুদ্ধিযোগদা তৌবা থবক্কুগী য়াম্নমক মগুণ হন্থে। (মান্নবা উবা ঙম্বা) বুদ্ধিদা চঙজো। কয়াদা তোমগ্রবনো মথোয় মখোয়গী থবকপু মহৈ:গী য়েংদুনা তৌরিবা মীশিংসে !

৫০। অশেঙবা বুদ্ধিবু চেঞ্জরগা (পুক্নীংগী চপ-মান্নবা মিংয়েংবু মরল ওইজরগা) মী অমনা অফবা অমসুং কত্তবা থবক জাৎ অনীমকপু হুন্দোকপা ঙমই। মরম অসিনা, নশামক (কর্ম্ম-) যোগদা কথোক্লো। যোগ হায়বসি "থবক তৌবদা হৈ-শিংবা" অদুবুনি ।

৫১। বুদ্ধিহুবু মরল ওইজরবা অশিংবশিংনা মখোয়না তৌরুবা থবক্কী মহৈঃ য়েংদ্রগা অমসুং পোকপা অমসুং শিবগী লাংদগী নাস্থোয়রুগা 'অয়ান-খুভমগী লমদম' পাংই।

৫২। লান-না থাজরুবগী শূরুবা উমংবু নহাক্কী বুদ্ধিনা লাস্থোরু-বদা, মতুঙদদি নহাক্না তারুদবা অমসুং তাগ্রবা হীরম পূম্বদা করিমতা রারোইররোই।

৫৩। বেদগী লাইরিকশিংদা হায়রম্লিবা ময়াম অতুগা চান-দহুনা কোইঙাওনরকপা য়ারিবা নহাক্কী বুদ্ধিনা চোইদনা অমসুং লৈতানা আত্মাদা (সমাধিদা) কায়দোঙহুনা লৈররুবদা, অতুদগীদি নহাক্না যোগগী পম্বুং (আত্মা মশক খঙবা হায়বহু) ফংগনি।

## অর্জুন

৫৪। অচেৎপা লৌশিং লৈবা অমসুং অস্থুম্না সমাধিদা (মী-ওইবগী রাখল্লোনগী রাংমদা কাখত্তুনা লৈবদা) লূপ-শিন্নবা মীশক অতুগী মওঙ-মতৌ কমদৌবগে, হে কেশব (শ্রীকৃষ্ণ)? অথৌবা বুদ্ধি লৈবা মীনা কররম্না রা-ঙাঙই? মহাক কররম্না ফমই? মহাক কররম্না থোঙ্গ থাংই (খুৎচৎনা কয়ম তৌই)?

# য়াইফবা ইবুংঙো

৫৫। মপূক্লীংদা ঈহৌরকপা অপাম্বা পুম্নমকপু মী অমনা মপূংদা থাদোক্লবা, হে পার্থ (অর্জুন), অহুগা আত্মা অহুনা (মশা মতোমতনা) আত্মাতদা (মতোমতদা) পেঞ্জহুনা লৈরবা মতম অহুদা, অহুদগীদি মহাক অচেৎপা মবুদ্ধি লৈবা মীশক অমনি হায়নৈ।

৫৬। অরাবনা মপূক্লীং ওৎ-নৈত্রবা অমসুং হকচাঙগী ওইবা নুংঙাইববু খৌরাংলুত্রবা, অহুগা অপাম-মিহৌ লৈত্রবা, কিত্রবা অমসুং শাউত্রবা মী মহাক অহু মবুদ্ধি লৈতারবা মুনি কৌই।

৫৭। মফম মফম খুদিংদা মিতাবা পোক্রবা অহুগা হরাওসু হরাওক্লদনা নত্রগা তুকচসু তুকচরুদনা মহাক্লা ফংলরবা য়াবা অফবা অমসুং ফত্তবা হেকমখৈনা মপূক্লীং লেঙহনবা ঙমত্রবা কনাগুম্বা মী মহাক অহু মপূং মরৈ ফারবা বুদ্ধিদা চেৎনা পুনসিনগ্রবনি।

৫৮। খেজুনা মাগী কয়াৎশিংবু কুয়োমনুঙদা থুপচিনখিবগুম, মহাক্লী ইন্দ্রিয়শিংবু ইন্দ্রিয়শিংগী মচাকশিংদগী হন্দোকপা ঙম্নবা মী মহাক অহু মপূংফাবা নুং-য়াকায়রবা মতৌদা চেৎনা ফাজিন্দুনা লৈরবনি।

৫৯। পাম্বীত্রবা মীহুদগী ইন্দ্রিয়শিংগী মচাকশিংনা মমায় লৈদি-লৈথোকখি, অদুমওইনমক মখোয়বু ফংনীংলুবা অপাম্বগী ময়ায় (মহাও) অদুদি অদুম লৈহৌই। অপাম্বা অদু ফাওবা 'মরু-লেম্ফমু' (অথোইবা মহাক) উরগা (খঙলগা) হন্দোকখি।

৬০। লাকণ্ডম-ফাঙমত্রবা ইন্দ্রিয়শিংনা, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন), মখোয়বু লাকশিনগে হোৎনরিবা অশিংবা মী-মক্কী পূক্নীংবু নমহুনা কোয়পু পুথোকই।

৬১। মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু মপূংফানা লাকশিল্লগা ফাথরিবা, অদুগা ঐবু পূক্নীং চঙনা নীংহুনা যোগদা মরা চেংনা লৈরিবা কনাগুম্বা মহাক অদুবু অচেৎপা বুদ্ধি (নুংসিং) লৈবা মী অমনি হায়না খঙনৈ।

৬২। মী অমনা ইন্দ্রিয়শিংগী মচাকশিংবু খল্লুবদা, মখোয়দা চিংশিনবা মতৌ (মিতাবা) অমা মণোন্দা পোক্লকই। চিং-শিনবদগী ফংনীংবগী অপাম্বা পোক্লকই অদুগা অপাম্বদগী অশাউবা লাকই।

৬৩। অশাউবদগী পূক্নীংগী চমম্বা লাকই। পূক্নীংগী চমম্ব-বদগী নীংশিংবা মাঙলকই। নীংশিংবা মাঙবসিদগী অচুম-অরান খন্নবম্বগী পাঙ্গল মাঙখিবনা মীবু মাঙ-তাক-পদা চিংলকই।

৬৪। অদুবু ইন্দ্রিয়শিংগী (পামজবা) মচাকশিংনা তাঃহুনা শেন্নবা তাইবংপান অসিদা পূন্সী হি হোল্লিবা অমম্বুং হোন-না হোন-না ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিল্লিবা অদুগা মিতাবা অমম্বুং স্নেযৌনবদগী খ্রাই-শংলবা মীশক অদুনা পূক্নীং উন-খ্রাইমুক চীক্লা পোথাবা ফংই।

৬৫। অঁচীকপা অসিদদি, অথ্বা-অনা পূম্বা কেমহুনা মাঙখ্রে, পূক্নীং মোং-হাংব্রবশিংগী বুদ্ধি (ময়ৌশিং) অদু থীন্দনা ঙিংথিনা মউ লিংলে।

৬৬। ইন্দ্রিয় খূদুম চহ্রবশিংগীদমক্তদি, চপ-চাবা অশেঙবা বুদ্ধি (ময়ৌশিং) হায়বহু লৈতে, অদুগা মখোয়গীদমক্তদি (আত্মা অমদি ঈশ্বরদা) মুন্না খাথল তৌবা (হীয়া কোনবা) হায়বহু লৈতে। অদুগা খাথল মুন্না তৌদ্রবা মীশক অমগীদমক্তদি পূক্নীংগী অঙৈবা (শান্তি) লৈতে। অদুগা শান্তি লৈতনা (পূক্নীং ঙৈংদনা) পূক্নীং নুংঙাইবা হায়বহু লৈবা ঙমগনা?

৬৭। ভাওচংনরবা ইন্দ্রিয়শিংগী ঈথক-ঈপোমদা পূক্নীংনা থোয়দাহুনা তুঙইমক্নবদা; মসিনা মহাকী লৌশিংবু, নুং-শিংনা ঈথক্তা তাওথিবা হিবু হুমহুনা পুখিংবদা পুথোক-খীবগুম, কোইপু পুই।

৬৮। মরম অদুনা, হে পাম্বোম কনবও (অর্জুন), ইন্দ্রিয়শিংগী

পামজবা মচাকশিংদগী মহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংবু মপূংফানা লোইশিল্লবা (চিংথোক্লবা) কনাগুম্বা মীদুদি শোয়দনমক্কী 'মোং-হাদবা বুদ্ধি' চেনবা মীনি।

৬৯। জীব (থরায় পানবা) পুম্বগীদমক অহিং ওইবা অদু মশা-লাকশিঞ্জরবশিংগীদি (পুকচেল ফাবা মীশিংগীদি) হৌগৎপা মতমনি; অদুগা জীব পূম্বগীদমক হৌগৎপা মতমদনা মনুং-হুনজিন্না উবা ওম্বা মুনিদুগীদমক্তদি অহিংনি।

৭০। মপূক থল্ল-ফাওবদসু ইহোং-হোংদনা লৈবা সমুদ্রদা মায়কৈ খুদিংদগী ঈশিং ময়াম্না চেনশিল্লকপা অদুগী মওঙদা অপাম্বা পূম্বনা মঙোন্দা চঙশিল্লকইবা অদুগুম্বা মবুক হোংদবা মীশক অদুনা শান্তি ফংই, তৌইগুম্বদুং অসিগুম্বা অপাম্বশিংবু পেলহন্নবা লাক্লিবা মী মহাকপুদি নত্তে।

৭১। অপাম্বা পুম্বা থারবা, ফংনীংবগী পাম্লুবা লৈতনা, মশাগীনি হায়বা রাখল য়াওদনা অমম্লুং ঐনা মহেল্লে থনবা রাখল (রাপল) লৈতনা, পুন্সীগী হি কোয়হোল হোল্লিবা মী অদু — মহাক অদুগুনা অশেঙবা শান্তি (পুক্নীং ঈংবা) ফংই।

৭২। মসিদি ঈশ্বরগী ওইবা ফীভমহৃনি. হে পার্থ (অর্জুন),
মসিদবু য়োরবদা, কনা অমত্তা অপঙ-লাই চুদ্রে (নমথাক
চঙদ্রে)। মসিদবু পৃক্লীং লৈতানা লৈগ্রবদা, মালেমসিদা
পুন্সীগী অরোইবা পুংজামক্তদা ফাওবা, কনাগুম্বা অমনা
চীংঙ্ মসায়কোন্দা (ঈশ্বরগী লৈবাক্তা) চঙজবা ঙমজৈ
অমস্থুং মাগা অমত্তা ওইনা তিন্নজবা ফংজৈ।





# কর্ম্ম-যোগ

## ( থবক্কী কাওলোন )

### অর্জ্জুন

১। হে জনার্দ্দন (শ্রীকৃষ্ণ), জ্ঞান-না থবক্কগী মথক খোংই হায়বসি ইবুংঙোগী ৱাখল্লোন ওইরবদি, অদুগা করিগীদমক, হে কেশব ( শ্রীকৃষ্ণ ), অসিগুম্বা অকি-ভুজ্রুংলবা থবক (লাল) অসিবু তৌনবা ইবুংঙোনা ঐবু খৌজিনবীরিবনো ?

২। ঐগী পুক্নীং অসি পোলেশক্নম খঙহ্রে, মরমদি অদোমগী ৱাঙাঙশিংদা ৱাহন্থোক (=অর্থ) অনী লোঙবা ফাক-চংনবশিং (ইয়েং-য়েংনবশিং) ঐনা ফংজে। মরম অদুনা, করম্বা লম্বীনা ঐনা অথোইবদুবু ফংজবা য়াগনি হায়বদু ঐঙোন্দা শেংনা তাকপীয়ু।

# য়াইফবা ইবুংঙো

৩। মীওইপোকসিদা, পুন্সীগী লম্বী অনী লৈ, এনা নঙোন্দা হান্না হায়খ্রবদুনি, হে পাপ চেন্দবও (অর্জুন), – সাঙ্খ্যশিংনা (হীরি কোনবা মীশিংনা) চৎপা জ্ঞানগী লম্বী অমা, অদুগা যোগীশিংনা (থবক্তা কখোল্লবা মীশিংনা) চৎপা লম্বী অমা।

৪। চুম্নগী থবক তৌরুদবথক্তনা কনা অমত্তনা থবক্তগী মনীংতম্বা হায়বদু ফংবা ঙমদে, অদুগা চুম্নগী (থবক) থাদোকপথক্তনস্থু কনা অমত্তনা অথোইবা মপুংফাবা মতৌ (সিদ্ধি) ফংবা ঙমদে।

৫। মরমদি, থবক তৌদনা মিংকুপ অমফাওবা কনা অমত্তনা অস্থুম লৈথোকপা ঙমদে; মীপুম খুদিংমকসি মহৌশাদগী (—প্রকৃতিদগী) পোক্লকপা গুণশিংনা তঙ্গাইফদনা থবক শুহল্লি।

৬। থবক্কী কয়াংশিংবু ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্লিবা, তৌইগুম্বস্থং মপুক্কীংদি কায়াংশিংগী মচাকশিংদা শাদোংদুনা লৈবা কনাগুম্বদু —মহাক লান্না থাজরবনি (পঙথরবনি) অদুগা মহাকপু ওইদনা ওইবা শাজিন্নবা (চেঙজঙবা) মী কৌই।

৭। তৌইগুম্বস্থং, হে অর্জুন, (জ্ঞানগী) ইন্দ্রিয়শিংবু পুক্কীংনা লাকশিন্দুনা অমস্থং থবক্কী মহৈংদা পকশিন্নরুদবা ওইদুনা,

থবক তৌনবগী কায়াৎশিংবু শীজিন্নদুনা কর্ম্ম-যোগগী লম্বীদা থবক তৌরিবা কনাগুম্বহ্ —মহাক অদুনা মগুণ হেল্লে।

৮। নহাক্কী তৌফম থোকপা শিম্বা পাঙথোকউ, মরমদি থবক তৌবনা থবক তৌদবদগী হেন্না ফৈ অদুগা নহাক্কীদমক থবক তৌদবনদি হকচাঙ কাংলেন অদুবু তেঙ্ক-কায়দনা থম্বা ঙম্বা য়েংশিন-খোংচিনবফাওবসু ওইথোক্লরোই।

৯। থবকশিং অসি যজ্ঞগীদমক্তা (ঈশ্বরগীদমক্তা কথোকপা) থোদা ওইনা পাঙথোক্লবদি তাইবং অসি থবক্কী খুন্নৌ থাংদুনা লৈ। মরম অসিনা, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জ্জুন), থবক্কী মহেৎ য়াম্নক্কদনা, মরমছুগীদমক্তা (তাইবং মপুগীদমক্তা) থবক পাঙথোকউ।

১০। লৈশেম্বা হৌরকপদা, লৈশেম মপুনা (ব্রহ্মানা) কথোকপগা (যজ্ঞগা) লোয়ননা তাইবং মীশিং শেম্মী অমস্তং মথোয়দা য়াইক-থৌজাল পীবিথি, অদুগা হায়খি: "কথোকপনা (যজ্ঞনা) নথোয় মথং মথং শোয়দনা চাওখৎপা হেল্লকনি অদুগা নখোয়গী অনীংবা পুম্নমক হেনগৎ-হেনগৎনা ফংজগনি।"

১১। মসিগী (যজ্ঞসিগী) মতেংনা নখোয়না লাইশিংবু য়োকউ অদুগা লাইশিংকসু অদুদগীদি নখোয়বু য়োকখৎসনু;

অম্নুয়া মহৈ মহৈ য়োকখংনহুনা (চাওখংহন্নহনা), মখোয়না অখোইবা য়াইফববু শোয়দনা ফংগনি।

১২। নখোয়গী কখোকপনা (যজ্ঞনা) চাওখংহল্লবা লাইশিংনা মখোয় নখোয়গী অনীংবা পুম্নমক থুংবগী সুংঙাইববু মখোয়দা পীবিগনি। তাইবংগী য়াইফনবা যজ্ঞ তৌহনা লাইশিংদা কংপা তৌদনা, মখোয়গী থুদোল-পোংশিংহুবু মরম্নাই হৈনহুনা সুংঙাইখোকপা — মহাক অহু লেপ্নমক হুরানবা অমনি।

১৩। যজ্ঞগী অরেম্বু লাইগী প্রসাদি ওইনা ফংজরিবা অহুগুম্বা লাইনীংবশিংদি মখোয়গী লঙজরুবা (—পাপ) পুম্নমক্তগী লাপ্থোকই; তৌইগুম্বসুং মখোয় মশাখক্তগী মরম্নাই ওইনা লাঙজরগা থরায় তানা চাজরিবা শেংদবা (পাপ চেনবা) মীশিংহুদি ভশেংনমক পাপকী মশক ওইরবা চিঙ্গাক চাই।

১৪। চিঙ্গাক্তগী থরায়পানবশিংগী (জীবশিংগী) হকচাঙশিংসি ওইরকই; অহুগা চিঙ্গাক্তি মথক্তগী তারকপা নোংদগী থোকই। কখোকপনা (যজ্ঞনা) কোরৌ (স্বর্গ) দগী নোং পুরকই, অহুগা কখোকপা (যজ্ঞ) হায়বসিমক অশেংবা পুণ্য চেনবা, মীয়ামগী য়াইফনবগীদমক তৌরা থবক্তগী পোকই।

১৫। পুণ্য চেনবা অশেংবা থবক্কী (যজ্ঞগী অশেংবা মওংগী)

হৌরক্ষ-মক্তদি ব্রহ্মদা (বেদদা) লৈবগি থংউ অদুগা ব্রহ্ম (বেদ) হারম্বিবসিদি মাওবা নাইদবদগী (শিদবা উপালদগী) লাকপনি। মরম অসিনা, পুম্নমক্তা পুমথুং-খুংবা শীন্দুনা লৈম্বিবা (ব্রহ্ম) অদুদি তাইবংগী য়াইফনবা কথোকপদা (যজ্ঞদা) লেঙদনা অহুম কায়দোঙহুনা লৈ।

১৬। অন্দুম্বা কোয়দৈ লৈনা চংলিবা, যজ্ঞগী চাকাগী লীক্লম্বু মীওইপোকসিদা ইন্দুনা চত্তবা, মপুক্কী পাপ চেন্নবা অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংগী পেন্নবগীথক্তা হিংলিবা মহাক,— অসিগুম্বা মীওইসে, হে পার্থ (অর্জুন), থাজৈশেংনমক চন্নদনা অয়েন্বদা হিংই।

১৭। তৌইগুম্বস্তুং, আত্মাদতা হয়াও-নুংঙাইজবা অদুগা আত্মাদতা ওকচবা অমস্তুং আত্মাদতা নুংঙাইহুনা পেন্থোকচবা মী অদু—মহাক্কীদমক্তদি পাঙথোকনীংঙাই থৌ লৈত্রে।

১৮। (মশাবু থংজরবা মী) মহাক্কীদমক্তদি, তাইবং অসিদা থবক অমা পাঙথোকপগস্তু মরী লৈনদে, মরূপা পাঙথোক্তবগস্তু মরী অমত্তা লৈনদে। অসিগীস্তু মথক্তা, মহাক্কীদমক্তদি. মহাক মশাগী কান্নবা অমা অমগীদমক্তা কনাগুম্বা অমত্তদা তাংজবা লৈতে।

১৯। মরম অসিনা, থবক্কী মহৈ:দা মপ্পুদনা, তৌবা তারবা থবক্তি তত্তনা পাঙথোকউ; মরমদি, থবক্কী মহৈ:

পাম্বা লৈত্তনা মশাগী মখৌ পাঙথোক্লগা মী অমনা
থাজৈশেংবমক পুমথোই-থোইবা মরু-লৈম্ফম্দুবু ফংজৈ ।

২০। জনক নিংথৌ অমসুং অতৈ অতৈনা থবক তৌবগুকনা
মথম ওইহনা তশেংবমক মহৈং য়াবা (সিদ্ধি) ফংখি ।
পুম্নমকপু (সংসারবু) য়োকখৎপা ওয়বগী মিৎয়েং অমগা
লোয়নবা হিংলিঁডেদস্নু নহাক্না নখো পাঙথোকপা তাই ।

২১। মীথোই মীহেনবা (অচৌবা) মী অমনা পাঙথোকপা
থবক হেক মখৈ মীচম ময়ামসু মতৌ তম্মী । অদুগা
খুদম চাংদম ওইবা থবকশিংগী মতৈংনা মানা পুথোক্লম্বা
চৎন-লমদাং (ফিদম) হেক মখৈ মীচম অমনা ইল্লি ।

২২। ময়োল অছমমকন্নিদা, হে পার্থ (অর্জুন), ঐনা তৌনীং-
ঙাই কল্লিসু লৈতে, ফংদহনা লৈবা ফংনীংঙাইসু অমত্তা
লৈতে (হায়বদি, ঐগী লোইবা লৈবনা, ঐনা লৌরু-
নীংঙাই কল্লিসু লৈতে); অদুম ওইনমক ঐদি (লেপ্তুনা)
থবক তৌদুনত্তা লৈ ।

২৩। মরমদি, চোকথবা লৈতনা মতমচুপ্পা থবক তৌরিবসি ঐনা
কল্লিগুম্বদা হেক লেপথোকপ্রবদি, হে পৃথাগী মচানিপা
(অর্জুন), তাইবং মীওইবনা হীরম খুদিংমক্তা ঐনা
চংখিবা অতনবগী (থবক তৌদবগী) লম্বী অস্নিদা চুং-
ইল্লকনি ।

২৪। ঐনা থবক তৌদ্রবদি ময়োল পুম্নমক অসি মুৎকনি। অদুগা কাং-খোং চাইনা পানবা হায়বদুগী থৌবু অদু ঐনা ওইবা তারকনি অমস্তুং লৈরিবা খিবিকসিবু মাঙ— তাকহল্লগনি।

২৫। অপাঙবা মীশিংনা থবক্কী মহৈঃ চানীংবগা লোয়নননা থবক তৌবগুম, হে ভরত (ভরতকী মশু-মচা ওইবা অর্জ্জুন), অশিংবশিংনা থবক্কী মহৈংগা পক্লদনা, তাইবংপানবসিগী য়াইফবদুবু খন্দুনা থবক তৌগদবনি।

২৬। অশিংবা মীশিংনা মরল্লাই কান্নবা থবক শুজরিবা অপাঙবশিংগী মপূক্লোং চোইহনগুমসি। অশিংবশিংনা, কখোকপগা লোয়নমা থবক কল্লা শুদুনা, অতৈবুস্তু অফবা থবকশিং তৌহনগদবনি।

২৭। থবক মখল পুম্বসি প্রকৃতিগী (মহৌশাগী) গুণ (লীচৎ) অদুমথক্কনা তশেংনমক পাঙথোকই। নাপল্লা পূক্লোং শুঙ্কৎপ্রবা কনাগুম্বা অমনা "ঐসি থবক তৌবা মীনি" হায়না খল্লি।

২৮। তৌইগুম্বস্তুং, হে পাম্বোম লিংবও (অর্জ্জুন), প্রকৃতিগী তোঙান-তোঙানবা গুণশিং অমস্তুং মখোয়শিং অদুনা পাঙথোক্লকপা থবকশিং অদুগী অওইবদু (অচুম্বদু) মুক্না খঙবা মীনা, ইন্দ্রিয়শিংনা ইন্দ্রিয়শিংগী পামজবা

মচাকশিংদা তোংহুনা লৈজবগুম. গুণশিংনা গুনশিংদা তোংহুনা লৈজখনি খন্দুনা থবক্তা মশানা পকশিন্নবক্তে ।

২৯। প্রকৃতিগী গুণশিংনা ( কাইদাশিংনা ) লাম্না লমজিংলবা মীশিংহুদি গুণশিংগী তৌথোন্নকপা থবকশিংদা হুকচিন্না পকশিন্নৈ । পুম্নমক অহুবু খঙলবা অশিংবশিংনা পুম্নমক অহুবু খঙদবা অপঙবশিংবু মথৌদা অপাবা পীম্নোইদবনি ।

৩০। আত্মাদা হেন্দোকহন্দনা থম্নবা পুক্নীংগা লোয়ননা থবক পুম্নবু ঐঙোন্দা কখোক্তুনা, অপাম্বা অমসুং নাপনদগী ন্নাই-শংনা, অহুগা পুক্নীং লাইহৌ য়াওদনা ( লাঙ-তকুদনা ); নঙনা লাল শোক্কৌ ।

৩১। থাজবগা লোয়ননা অমসুং অশোয়বা থিগত্তনা ঐগী লাইনীং-লীচংকী পাউতাকপু মতম খুদিংদা ইল্লিবা অহুগুম্বা মীশিং অহু — মখোয়সু থবকশিংগী খুন্নৌদগী নাম্থোন্নকই ।

৩২। অহুগা, মসিবু হুন্নান্দুনা ঙাঙলগা; ঐগী পাউতাকপু ইন্দ্রবা মীশিং; মখোয় অহু লৌশিং পুম্বা উথিন্নবনি, ন্নাখল য়াওদ্রবনি অমসুং মাঙ তাকউ হায়না মন্নায়বক্তা তম-লবনি খঙউ ।

৩৩। 'লৌশিং লৈন্নবা মীমক্নফাওবা মহাক মশাগী হৌনশাগী মতুঙইন্না থবক তৌই । থন্নায়পানবা পুম্বা মহৌশাগী নিয়ম্ন্ ইল্লি । ( অহু ওইন্নবদি, ইন্দ্রিয়শিংবু ) কাজিন-

পুনশিল্লবগী (লাকশিল্লবগী) কন্নিদি কারৈ ?

৩৪। ইন্দ্রিয়শিংনা পাম্বা মচাকশিংবু খোয়দাক্লবা অমম্মুং পাম-লবশিংবু হক্লোইরুবা হায়বসি ইন্দ্রিয়শিংদুদা লৈ (প্রকৃতিগী পোংশিংবু তুকচবা অমম্মুং মিতাবা হায়বসি মীওইবগী অনেম্বা মরমচত্তা মন্না তা-দুনা লৈ)। কনা অমত্তনা মখোয়গী শক্তিগী মখা থাবা ওইদসনুঃ মরমদি, মখোয়শিংসি য়েক্লবা অনীহুনি (অকবগী লম্বেলনা খুদি—খিকমশিংনি)।

৩৫। কনাগুম্বা অমগী মশামকী মথৌ-দুনা থাক হন্থবা ওই-জরবসু, অতোপ্পগী নিংথিনা পাঙথোক্লবা মথৌদগী মথক থোংই। মশাগী মথৌ পাঙথোক-পাঙথোক্লা শিবনা হেন্না ফৈ, তৌইগুম্বসুং অতোপ্পা অমগী মথৌবু তৌরুবা হায়বসিদি খুদোংথীবা পোক্লীংঙাইনি।

## অর্জ্জুন

৩৬। করম্বা শক্তি ওইরিগবা, হে বাষ্ণেয় (বৃষ্ণিগী শাগৈদা পোকপা শ্রীকৃষ্ণ), মশানা য়ানীংত্রবকাওবদা, নম-হাবগুম, মীওইববু পাপ তৌ হায়না ইনশল্লিবসিবো ?

## য়াইষ্কবা ইবুংঙো

৩৭। মহ্ রজঃ গুণদগী (মী-লৈখোলদগী) পোক্লকপা মিহৌ-চাউবা অপাম্বনি অমম্মুং অশাউবনি; থীবোঙ লাওনি

(করাম-চাউবনি) অমস্তুং খাইদগী হেন্না পাপ চেনবনি। মসিবু মকম অসিদা (তাইবং অসিদা) য়েক্লবনি হায়না খঙউ।

৩৮। মৈবু মৈখুনা কুপশিনবগুম, মিংশেলবু উফুলনা কুপশিনবগুম, নাউরা-বু (পূকুংগী অঙাংবু) নাউয়োম্না য়োম্বগুম, মহুনা (অপাম্বনা) মসিবু (লোশিংবু) কুপশিন্দুনা থমই।

৩৯। হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন), অশিংবশিংগী মতম পূম্বগী ওইনা লৈরবা য়েক্লবা অসিনা, মৈগুম পেনবা (মপূকথনবা) নাইত্রবা অপাম্বগী শক্তম লৌহুনা, লৌশিংবু লৈচিল থাংজিলহল্লি।

৪০। ইন্দ্রিয়শিং, পূক্লীং অমস্তুং বুদ্ধিনা অপাম্বসিগী কায়—দোঙফমশিংনি। মসিনা (অপাম্বনা) মহাক্কী লৌশিংবু য়ুখল খজিন্দুনা শাবানবা জীববু মমিং তাংহল্লি (পঙহল্লি)।

৪১। মরম অসিনা, হে ভরতকী মচা-মশুলক্তা অথোইবও (অর্জুন), ইন্দ্রিয়শিংবু অহানবদা লাকশিল্লু অহুগা খঙজরকপবু (জ্ঞানবু) অমস্তুং হৈজরকপবু (বিজ্ঞানবু) মাঙহল্লিবা ফত্ত-মহৈংনা (পাপ্পা) থল্লবা অপাম্বা অসিবু হাত্তোকউ (থাদোকউ)।

৪২। ইন্দ্রিয়শিংনা (হকচাঙদগী) মথক থোংই হায়না মথোয়না (অশিংবশিংনা) হায়; অদুবু ইন্দ্রিয়শিংদগী হেন্নমুক থমক থোংবদি পূক্নীংনি, পূক্নীংদগী অমুক মথক থোংবদি বুদ্ধিনি অদুগা বুদ্ধিদগী অমুক মথক থোংবদি মহাক অদুনি — মীওইবদা অমম্বুং পুম্নমক্কা লৈম্বিবা আত্মাদো।

৪৩। বুদ্ধিগী মথক্তা লৈম্বিবা মহাকপু (আত্মাবু) অম্বুম্না খঙলগা, অমম্বুং আত্মা খঙবগী অশেঙবা বুদ্ধিনা হন্থবা পূক্নীংবু লাকশিল্লগা; মাঙহল্লো, হে পাম্বোম কনবও (অর্জুন), নমথবদা য়াম্বা অপাম্বগী শক্লোন লৌম্বিবা শক্তি লৈয়বা য়েক্লবদো।



# ৪

## জ্ঞান যোগ

( লৌশিংগী লম্বী )

### য়াইফবা ইবুংঙো

১। অমুম অমাঙ-অতা নাইদনা লৈরবা যোগ অসি মঙালগী মপা সূর্য্যদেব (নুমিৎ) বিবস্বান্দা এৈনা পুথোক্লুনা উৎপ্রে; মহাক্কা মহুবু মথঙদা মীওইবা জাতিগী ( কাঙলুপকী ) মপা, মহাক্কীদি মচানিপা মনুদা উৎলম্মী; মনুনা মহুবু অমুক মহাক্কী মচানিপা লাইনীংবা নিংথৌ ইক্ষ্বাকুদা তাকথখি ।

২। অমুম্মা মীয়োল মথাং য়ৈনা লত্তনা পীথরক্লুনা, ঋষি ওইরবা নিংথৌশিংনা মসিবু খঙখি । অদুবু তাইবং অসিদা যোগ অসি মতম শাংনা তৎলবদগী মাঙপ্রে, হে পরন্তপ ! (নুমিৎকুম্মা য়েক্লববু চাকথেক-ঙম্বা হে অর্জুন !)

৩। য়েলহৌভৈগী (য়াম্না লিরবা) যোগ অহূমক্, ঐনা ঙসিদি নহাক্তী নকমদা তাক্লবনি, মরমদি নহাক অসি ঐবু নীংজবা ইনাইনি (ভক্তনি) অমস্তুং মরূপস্তুনি; অদুগা মহূনা মরম ওইদুনা নহাক্তা যোগদুগী অথোইবা অথূপ- পবু খঙবা ঙমগনি ।

## অর্জ্জুন

৪। ইবুংঙোগী মপোক্তা বিবস্বানগী (নুমিৎকী) মপোক্তগী কোনবনি, নহাক্তী মপোক্তা অদোমগীদগী হান্নি। অদু ওইরবদি, অদোম্না মহাক্তী (নুমিৎকী) অকমদা যোগ অসিবু অহৌবদা তম্বীখিবনি হায়রিবসিবু ঐনা মতৌ করম্না খঙ-ঙসিগে ?

## য়াইফবা ইবুংঙো

৫। ঐহাক কয়ায়ক হন্না পোকপ্রবনি, হে অর্জ্জুন, অদুগা নহাকস্তু অহূম্না মপোক কয়ায়ক পোকপ্রবনি। ঐগী মমাঙগী মপোকশিংবু ঐনা নীংশিংঙি, নঙদি নহাক্তী কাওপ্রে, হে পরন্তপ (অর্জ্জুন)।

৬। ঐদি পোকপা নাইদ্রবস্থু, মাণ্ডব-নাইদ্রবা ইহৌশা ওইজ্ব-রবস্থু, অদুগা পুম্নমকী মবুংঙো (মপু) ওইজরবস্থু, অদুম ওইরমক, ঐ ইশামক অসি ইশামক্তী ওইরিবা হৌনশাদা অস্থুম নৈনা নৈনা, ইশামক্তী মায়াগী অঙকপা শায়োল-শাঙ্গলগী-পাম্বৈবা ঐনা লাংওল্লি ।

৭। অচুম্বা লীচংনা (ধর্ম্মনা) মরায় চায়থরকপা অদুগা অরানবা লীচংনা (অধর্ম্মনা) মরায় হাইগংলকপা খুদিংদা, হে ভরত (অর্জ্জুন), — মতমদুদা ঐ ইশামক নোংগুম্মী (লাংওল্লি) ।

৮। অফবশিংবু ঙাকুবগীদমক, ফত্তবশিংবু মাঙহন্নবগীদমক অমদি লাইনীং লীচংপু (ধর্ম্মবু) অমুক হন্না লীংন-বগীদমক, ঐনা যুগ যুগ (চক চক) খুদিংদা ভাইবংসিদা অবতার তৌরি ।

৯। অম্থুম্না ঐগী খোইমুম লাংওল অমম্থুং ঐগী ভাইবংগী য়াইফনবা ইথৌশিংবু খাঙ্গেশোংনা থঙবা মীশক অদুদি শিবা নাইবা হকচাঙদুগা থাদোকুরবা 'তুঙদা পোক্ল-শিরা পোক্ল-শিরা অমুক তৌত্রে, মরমদি মহাক অহ্ল ভগোংনা ঐ তান-না লাক্লে, হে অর্জ্জুন ।

১০। সংসারগা মরী থম্নবা, অকিবা অমম্থুং অশাউবা হায়ব-শিংদুদগী লাম্থোক্লবা, ঐভোন্দা পুক্নীং ল্পশিজরবা,

অমস্মুং ঐগোন্দা চঙজয়বা মী য়ায়্যা, জ্ঞানগী মৈনা ইক-থোক্কুনা থম্মোয় শেংহল্লগা, ঐগী ওইরিবা লাইগী ফীভম অসি ফংজবা ঙমই ।

১১। ঐগোন্দা মীওইবনা মাদা মানা হায়জ-চঙজরকপা মওঙ-তুগী মতুঙ ইন্না ঐনা মওঙ অহুমক্তদা মখোয়বু থৌজানবী । মীওইবনা লাইনীং-লীচৎ পুম্নমক্তা ঐগী লীক্রম ইল্লকই (ঐগী লম্বীনা লমজীঙ ওইবৈ), হে পৃথাগী মচানিপা ( অর্জ্জুন ) ।

১২। মালেম নৈকোয়পুঙসিদা মখোয় মখোয়না তৌরবা থবক্কী মহেঃ চাবা পামজবশিংনা (হঙ্গবা) লাইশিংবু (দেবতা-শিংবু) মকমসিদা ঈরাংবৈ । মরমদি, মীয়ম্নেন অসিদা, থবক তৌরগা ওইরকপা মায়-পাকপদি থুনা থুনা লাকই ।

১৩। মখোয় মখোয়গী হৌনশাশিং (গুণশিং) অমস্মুং (মখোয়-তুগা মরী লৈনবা) মখোয় মখোয়গী থবকশিং (কর্ম্মশিং) খেন্নবগী মতুঙইন্না সমাজগী মীথোক লুখায় মরি অহু (হায়বদি— ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমস্মুং শূদ্র বর্ণ মরি অহু) ঐনা শেমখিবনি । ঐনা মসিবু শেমখিবগী থৌবু ওই-জরবস্মু, অহুকাওবদা, ঐসে থবক্তা করিস্মু তৌবা য়াওদবা অমস্মুং হোংবা নাইদবা অমনি হায়না খঙউ ।

১৪। থবক্কী য়োহিলংদা ঐদি পুন্দুনা লৈতে, মরমদি ঐনা

তৌবা থবকশিংগী মহৈঃবু ঐনা পামু্রা লৈতে। ঐবু অদুগুম্বা খঙলিবা কনাগুম্বা অহুদি থবকশিংবা ফা-পুনবা ওইদ্রে।

১৫। মসিবু খঙলগা থবকী লীপুন্দগী নাম্থোক্নবা খিবা থাইনগী মীতাশিংনসু থবক কয়া পাঙথোকখি। মরম অদুনা, থকী অহল-লম্মশিংনা হান্না মমাঙদা মখোই পাঙথোকখিবগুম নঙসু নখোই অদুমক পাঙথোকদবনি।

১৬। থবক হায়বদুনা করিনো? থবক নত্তবা (অকর্ম্ম) হায়বদুনা করিবুনো? — মসিদা মহৌশিং-চাউবা মীশিং ফাওবা চমৈ। মরম অদুনা অশেংবা থবকী অচুম্বদু ঐনা নঙোন্দা তাকপীগনি, অদুগা মসিগী অচুম্বা অসিনা নহাকপু সংসারগী থুৱোদগী (লাংদগী) শেংয়দনা নাম্থোকহনগনি।

১৭। মরম অসিনা থবক থবকী অচুম্বা মওং হায়বসি করিনো হায়বদু চুমনা খঙউ, অদুগা তৌহৈদবা থবক হায়বদুনা করিনো হায়বদুসু খঙউ। অদুগা অমুক থবক তৌদবনা করিনো হায়বদুসু খঙউ। খঙবদা য়ার্বাদি থবকী লমদাঙ হায়বসিনি।

১৮। থবক তৌবদা থবক তৌদবা (কর্ম্মদা অকর্ম্ম) ওইনা, অদুগা থবক তৌদবদা থবক তৌবা ওইবা উবিবা

করাগুম্বা মহাক অহু মী মরুক্তা অশিংবনি ; অতুগা মশিংগী মীওই অমি অচুম্বক মোৎমী মঙ্গি মরুম্মুং মাগী থবক পূম্বক পাংথোক্লবা মীনি ( মহাক্কী থবক মথল পূম্বা তৌবদা মহাক্না শান্তি ফংই ) ।

১৯। মহাক্না পাম্বফংলকপা থবকশিংদা অপাম্বী-ঈথিল অমত্তুং ভাবনা শাবা ওইদবা মাথলশিং মাওদ্রবা, অতুগা মহাক্কী থবক পূম্বা মপুং ফাবা জ্ঞানগী মৈদা ইথোক্লগা লেং-হল্লবা কনাগুম্বা মহাক অহুদি, — মহাকপু অশিংবশিংনা খঙ-হৈবা মী (পণ্ডিত) হায়না কৌই ।

২০। থবকশিংগী মহৈঃশিং মিতাবরু থাদোক্লগা, মাম্বা তৌক-তৌক্লবা থবক খুদিংদা অহুগুম্বা মীশক অমনা তশেংনা শান্তি ফংইঃ মহাক অহুদি মতম পূম্বদা ইপেম্বা লেন-থোক্লুনা লৈ, মহাক কম্বি কনাবসু ভাংদে, অতুগা মহাক্না থবক তৌহনবা লৈরবসু মহাক কম্বিম্ব তৌবা নত্তে ।

২১। কাম্নদবা আশা মাওদবা, অতুগা পুক্নীংনে অমত্তুং মশানে মপুংফানা লাকশিল্লগা, মহাক্কী লৈজবা পূম্বা পীথোক্লগা (থাদোক্লগা), ( পূক্নীগী ইচঙমক চঙদবা মাথ্রকশিংথকী-দম্বক) হকচাংগী থবক তৌজবা, মহাকক্ু পাপ লৌশিন্দ্রে ।

২২। মিক্লদনা ঈশ্বরনা পীনবিরকপা খুদিংদা লেজবা, ওম্ন-তৈনবা লোংপাশিংদগী (তুখাশিংদগী) মীংতম্ববা, কম্বক-

মিহোৱা য়াওব্রবা, মায়পাকপা অমসুং মায়থীবা অনী-মক্তা পূক্নীং-ঈছল মান্নবা লৈবা কনাগুম্বা মহাক অহ্নদি. — অসিগুম্বা মীশক অসিনা থবক তৌরক্কাওবদা, মহাকপু (থবক্না) ফাজিন্দে ।

২৩। থবক্কী মহৈ:দা মিতাক্নবা লৈত্রবা, থবক্কী মীনাই ওইদ্রবা, জ্ঞান্দা মপূক্নীংহু তঙ তাগ্রবা, কথোক্নবগীদমক (ঈশ্বরগী-দমক) থবক তৌরবা কনাগুম্বা অমগী মকমদদি, থবক পূম্বহু ময়াই তাকখি ।

২৪। ব্রহ্মনা মৈ-ঈরাংকী পোংলমহুনি, ব্রহ্মনা ঘীহুনি; কংলিবা অহুম্ব ব্রহ্মনা ব্রহ্মগী মৈদা কংলি । মহাক্কী থবক পূম্বমক্তা ব্রহ্মবু মতমলৈবখিবিক্তা উবা ঙম্বা মী মহাক্না ব্রহ্মতবু লেপ্পমক ফংগদবনি ।

২৫। যোগী খরনা খোইয়ুম লাইশিংগী (দেবতাশিংগী) মকম-দতা ঈরাং-পোংলমশিং (যজ্ঞ) কংলি; অমরোমদনা, অতৈ অতোপ্পা খরা অমনা (আত্মা শঙবশিংনা) মখোয় মশা-মকী আত্মা অহুমকপূ ব্রহ্মতগী ওইবা মৈগী কোমদা (কুণ্ডদা) ঈরাং-পোং (যজ্ঞগী পোং) ওইনা কথোকই ।

২৬। খরনা অমুক নাকোঙ অমসুং অতৈ ইন্দ্রিয়শিংবু পূক্নীং বারক্কী মৈদা যজ্ঞগী পোং ওইনা কথোকই; অতৈ অতোপ্পা খরনা অমুক খোঙেল অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী

মচাক ওইবা অতোপ্পা পোংশিংবু ইন্দ্রিয়শিংগী (যজ্ঞগী) মৈদা যজ্ঞগী পোং ওইনা কংলি ।

২৭। অতোপ্পশিংনা অমুক মখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংগী মথৌ-মওম পুম্বা অমসুং মখোয়গী থবায়-নিংসা (প্রাণ) গী থবকশিংসু জ্ঞানগী চুথংলবা ইশা-লাকশিনবা যোগগী মৈদা কংশিন্দুনা যজ্ঞ তৌই ।

২৮। অদুগা কনা কনাগুম্বা থবক অমুক মখোয়গী লৈজবা মাল-চাংবু (মঙ্গল-মগুম) নত্রগা মকচাঙবু শাথিনা বাহনবা লাইনীংশিংবু (তপস্যাশিংবু) নত্রগা মখোয়গী যোগ শাস্ত্রগী হৈনবীবু যজ্ঞ ওইনা কথোকই, অমরোমদনা অতৈ রায়ক-চেংপা অমসুং রাশক-কনবশিংনা মখোয়গী মহৈ (ধর্ম্মগী লাইরিকশিং পাজ-তমজবগা শেংনা নৈনজবা) অমসুং মতুগী জ্ঞানবু যজ্ঞ ওইনা কথোকই ।

২৯। থুয়না মখোয়গী হোন্দোয়কপা খুংশাসোয়বু (প্রাণবু) হোজিনরকপা সোয়দা (অপানদা) কংলি ; থবকা, অমরোমদা অমুক, হোজিন্নিবা সোয়বু হোন্দোয়কপা সোয়দা কংলি : থয়না প্রাণ অমসুং অপান অনীগী খোঙচংপু থিংদুনা প্রাণায়াম (নিংসা-কাঙলোন) তৌই ।

৩০। অতৈ অতোপ্পশিংনা, মখোয়গী চাব-থকপা নিয়ম নাইরগা, মখোয়গী থবায়-নিংসাবু (প্রাণবু) থবায়-নিংসাদা

(প্রাণদা) ভিলহন্দুনা যজ্ঞ ওইবা কংলি। মখোয় পূম্নমক যজ্ঞ মশক খঙবা ঙাক্তনি অদুগা মখোয়গী লঙ-জক্রুবশিংবু (পাপশিংবু) যজ্ঞতনা মাঙহল্লি।

৩১। যজ্ঞগী 'ভুঙদা লেম্নকপা অশেঙবা শিদয়েলবু (অমৃতবু) শূজ্ঞরিবশিংনা লেঙদ্রবা ব্রহ্মবু (মিয়েল শিদববু) ফংজে। যজ্ঞ পাঙথোক্রুবা মী অহুগীদমক্তদি মীয়মলেমসিদা খোঙদাকম লৈতে; অদুনদি মথঙগী মপোকীদি কমদৌবা, হে কুরু শাগৈগী অথোবও (অর্জ্জুন)?

৩২। অস্নুম্না, যজ্ঞগী তোঙান-তোঙানবা মখলশিং অসি বেদ-গী মচীন্নাম্না শন্দোক্তুনা লৈ (বেদনা হায়বা ঙাক্লি)। মখোয় পূম্নমক অহু থবক্তগী পোক্লকপনি খঙউ। অস্নুম্না খঙলগা, নহাক্না অয়ান-খুভম ফংবা ওইগনি।

৩৩। পোৎচং য়াওবা অচম্বা যজ্ঞদগী অশেঙবা জ্ঞানগী যজ্ঞনা হেল্লি। হে পরন্তপ (হে য়েক্লববু মাঙহনবও — অর্জ্জুন), থবক পূম্নমক লৈতক্না মমৈদা জ্ঞানগী থাইদগী ৱাংবা থাক্তা য়োই।

৩৪। চৈত্ত তাবগুম দণ্ডবৎ তৌহনা খুক্লমজবনা, নোল্ল ক্লা হংজ্ঞ-খোৎচরুবনা অমস্নুং সেবা তৌজক্লবনা অচুম্বদুবু খঙলবা অশিংবশিংনা জ্ঞান অহু নঙোন্দা তাকপীরকনি খঙউ।

৩৫। জ্ঞান অমু নহাক্কী ওইজরবদা, হে পাণ্ডব (অর্জুন), নহাক কৈদৌগুণ্ডদসু অমুক চমমনরোই; মরমদি জ্ঞান অসিগী পাম্বনা লৈরিবা খিবিকপু চিথদনা নহাক্কী আত্মাদা অদুগা ঐঙোন্দা নহাক্না উরগনি।

৩৬। পাপ চেন্বা পুম্নমক্কী মহাক্না খাইদগী হেন্না ফত্তবা পাপ চেন্বা ওইজরবা ফাওবদা, অদুমওইনমক, মহাক্না জ্ঞানগী মশক ওইবা পোংগী মতেঙনা ফত্তবা পুন্সবু (পাপকী ঈপাকপু = মহাসাগরবু) লাপ্লোকনি।

৩৭। হে অর্জুন, অচাকপা মৈ-না শীং পুন্সবু চাকথেক্লবা তাঙ্গোয় তাহনবগুম্না, জ্ঞানগী মৈ-না থবক্কী অফা-অপুন পুন্সবু চাকথেক্লমা উং ওনহল্লি।

৩৮। থাক্লেশেংনমক, মালেমসিদা শেংবদগী শেংবদা জ্ঞানগা মান্নবা শেংবা কল্পি অমত্তা লৈত্রে। যোগগী পাম্বনা মপুং ফারক্লবা কনাগুম্বা মী অমনা মাগী মতমদু য়োরগা মশানা মশানুংদা মসিবু (আত্মা-জ্ঞানবু) ফংজৈ।

৩৯। থাজবা লৈবা, মসিদা (হায়রিবদি জ্ঞান-দা) পূক্নীং লুপ্লবা অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু কন্থরবা মী অমনা জ্ঞান ফংজৈ; অদুগা মসিবু ফংজরবদা, থীন্দনা মহাক্না পুমথোই থোইবা শান্তি হায়বদু ফংজৈ।

৪০। তৌইগুম্বসুং খঙবসু খঙদবা (অপংবা), থাজবা লৈতবা

অদুগা চিংন-পুকচেল লৈবা মী অদুদি মাঙলবনি ।
ঋষিমদি চিংনগনবা মীত্তা অদুগীদমক্তদি. হন্দক্নী মপোক-
সিন্দু, অদুগা মথঙ্গুহন্দু ( ক্লাকদবা মথঙ্গী মপোক্তুন্দু ),
অদুগা মুংঙ্গাইবা অমত্তন্দু (মাগী) তুকওই ওইদে ।

৪১। হে ধনঞ্জয় ( অর্জ্জুন ). যোগগী মতেঙনা ( জ্ঞানগী লম্বী
চত্তুনা) মাগী থবকশিংগী মহৈ:শিংবু থাদোক্লবা (ঈশ্বরদা
কথোক্লবা ), জ্ঞান-না মহাক্কী চিংনবশিংবু মাঙহল্লবা
অদুগা আত্মাদা চানমক্কী মপুক্কীং লুপত্নুনা লৈরবা মহাক
অদুবুদি থবকশিংনা কা-পুন্দুনা থমদে ।

৪২। মরম অসিনা, পাঙবদগী পোকপা নথন্নোয়নুঙদা লৈরিবা
চিংনবা অদুবু ( আত্মা — ) জ্ঞান-না থাংশাং-খুৎলায়
ওইরগা কক্তুনা হাত্তোক্লো. অদুগা যোগদা চঙজরো
অমস্থুং হৌগংলো, হে ভরতকী মশু ( অর্জ্জুন ), অদুগা
লাম্বেংনরো ।





# সন্ন্যাস যোগ

( অচুম্বা থাদোকপা )

## অর্জ্জুন

১। থবকশিং থাদোকপবু মহাক্না থাগৎপীরি, হে কৃষ্ণ, অদুগা অমুকন্থ পুণ্য ওইবা থবকী যোগ অদুবুস্থ থাগৎপীরি। অনীসিগী মরক্তা করম্বনা হেন্না ফরিবনো হায়বদু তাং-দাংবা অমা থঙনবা ঐঙোন্দা তাকপীরো।

## য়াইফবা ইবুংঙো

২। থবকশিং থাদোকপা অমস্থুং অশেঙবা থবকী যোগ অনী-মক নীংতম্বা ( মুক্তি—অয়ান-খুভম ) ফংবগী মায়কৈদা লমজীংই। অদুবু অনীসিগী মরক্তা, অশেঙবা থবকী যোগনা থবকশিং থাদোকপদগী হেন্না কৈ।

৩। অপান্বা মরূপ্গা হঙ্গোইবা নাইদ্রবা মহাক অদু লেঙদ্রবা সন্ন্যাসীনি (থাদোক্লবা মীনি) হায়না খঙনগনি, মরমদি, অফ-ফত্তু হায়দুনা লৈরিবা পাবোংশিংদগী (ওন্ন-তৈনবা অনী-অনী লৈরিবা তুমাশিংদুদগী) নীংখা-তম্লগা, হে পাম্বোম কনবও (অর্জ্জুন), অসিগুম্বা মীতা অসিনা ইরায়-লায়না তাইবং সংসার লাংদগী নাম্থোকই ।

৪। সাঙ্খ্যানে (থাদোকপনে) অমসুং (কর্ম্ম-) যোগনে (ময়ামগী য়াইফনবা অশেঙবা থবক পাঙথোকপনে) অনীসি তোঙান তোঙানবনি হায়না মী অপঙবশিংনা হায়, তৌই-গুম্বসুং মী অশিংবশিংনদি হায়দে । অনী অসিগী মরক্তগী অমত্তুংবু চঙথোম্না হৈনবী ওইনা পায়থংলিবা মহাক অদুনা অনীমক্কী মহৈঃ অদু অদুম ফংই ।

৫। সাঙ্খ্যশিংনা (কথোক্লবা মীশিংনা) য়ৌখিবা খুভম অদু যোগীশিংনসু (য়াইফ-থৌ তৌবা মীশিংনসু) য়ৌনৈ । অশেঙবা থবকশিংগী অমসুং থাদোকপগী লম্বীশিংসি অমত্তনি হায়না উরিবা কনাগুম্বা অমা — মীশক অদুনা তশেংনমক অচুম্ববু খঙই ।

৬। অদুবু থাদোকপা হায়বসি, হে পাম্বোম কনবা (অর্জ্জুন), ময়ামগীদমক কথোক্লবা অশেঙবা-থবকী যোগ য়াওদনদি ফংবা লুই। যোগ পক্ক-থাইনরবা মুনি অদুনা পম্দনা

ব্রহ্মগী মকাদা চংলি ।

৭। থবক্তী লমদা কখোক্লবা, মপূক্লীং য়াম্না লূৎবা, মশাবু ঙম্লবা, মহাক্তী ইন্দ্রিয়শিংবু খুঠম চল্লবা অমস্তুং থবায়-পানবা পূম্বদা লৈরিবা আত্মা অমসুং মাপী আত্মা ওইনা খঙলিবা মহাক অহূ, মতম পূম্বদা থবক তৌরবস্তু, থক খুয়ো থাংদ্রে ।

৮। অচুম্ববু উম্বিবা, কখোকপগী থবক্তা নিংথিনা চুশিন্নগ্রবা মীশক অহূনা "ঐদি থবক অমত্তা তৌবা য়াওদে," হায়না খনজৈ, ময়মদি য়েংবদা, তাবদা, শোকপদা, মনম-নম্বদা, চাব-দা, চৎপদা, তূম্বদা, নিংসা-হোনবদা,

৯। য়া-ঙাঙবদা, থাদোকপদা, পায়শিনবদা, মিৎ-প্যাঙথোকপা অমস্তুং উইশিনবা ক্ষাওবদা — (তৌয়িবা থবক পূম্নমক অসিদি) ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয় মখোয়গী মরী লৈনবা মচিঙাক ওইয়িবা পোৎচাকশিংগী মরক্তা লেঙজ-খোৎচহুনা লৈজবনি হায়বহূ খঙহল্লি ।

১০। থবক পূম্নমকপু ব্রহ্মগী ( ঈশ্বরগী ) মফমদা কখোক্তুনা অমস্তুং থবক্তী মহৈংগা শম্নবহূ থাদোক্তুনা থবক তৌরিবা মী অহূবু, ঈশিংনা থম্বাল লৈনাবু (থম্নাবু) চোংহনবা ঙমদবগুম, ক্ষত্ত-মহৈংনা (পাপ্না) চুহনবা ঙমদে ।

১১। হক্লা পামশিনবা থাদোক্তুনা, যোগীশিংনা (অশেঙবা থবক

তৌহুনা লৈবা মীশিংনা), থম্মোয়বু শেংদোক্লবগীদমক্তা, হকচাঙ, পুক্নীং, বুদ্ধি অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংভনা থবকশিং পাঙথোকই ।

১২। থবক্কী কলবু থাদ্রগা, যোগদা চুনরবা মীওই ( যোগী ) অমনা অশেঙবা শান্তি ফংজৈ: অমরোমদনা লাইগা লীতিন্নরবা, অহুগা থবক্কী মহৈ:শিংগীদমক্তা মিহৌ-চাউরবা অহুঙ্গা শিঙ্গানদ্রবা মী অহুদি তাইবং সংসার-লাংদা পুনশিল্লকই ।

১৩। থবক পুম্নবু পুক্নীংনা থাদোক্লবদা অমস্তুং ইশা-ইদোম লাকশিঙ্গরবদা, হকচাঙনা য়োমশিন্দুনা লৈরিবা মশক উদবা পোৎশক (য়াইবী— আত্মা) অহুদি, মশানস্তু থবক তৌদনা অহুগা অতোপ্পবুস্তু তৌহন্দনা, থোঙলোন মাপল পানবা সহরদা (তাইবং হকচাঙমুঙদা) মনীং-ভয়া লৈ ।

১৪। য়াইবীরেন শিদবনা (পরমাত্মানা) মীওইবগীদমক মী-শিংবু থৌবু ওইনবা শিন্দে নত্ত্রগা থবকশিংস্তু শেমদে; অহুগা অরা-নুংঙাইগী মশক ওইবা থবকশিংগী মহৈ:-শিংগা মরী লৈনবা মতৌ অহুস্তু শেমদে । তৌইগুম্বস্তুং থবক তৌরিবদি মহৌশাননি (প্রকৃতিননি) ।

১৫। চীংঙু মপুরেননা ( পরমেশ্বরনা ) কনাগী পাপ্পু নত্ত্রগা পুণ্যবু লৌদে । মথোয়গী অশেঙবা জ্ঞানবু মমশিলহল্লিবা

অপঙবা (খঙদবা) হায়বতুনা মরম ওইতুনা থরায়-পান-বশিংবু কক-চাওনহল্লি ।

১৬। অদুবু আত্মাগী জ্ঞান-না অপঙবা ( খঙদবা ) মতৌবু মাঙহনগ্রবা মীশিং অদুগীদমক্তদি, নুমিৎনা চান্দুনা উহনবগুম, মখোয়গী জ্ঞান-না অমম্বা কোকহন্দুনা খ্বাইদগী অথোইববু (ব্রহ্মবু) উহল্লি ।

১৭। মখোয় মখোয়গী মবুদ্ধিনা মদুদা (ব্রহ্ম'দুদা) ল্‌পশিন-জরবা, মখোয়গী আত্মানা মদু ওইজরবা, মদুদা-খাজবদা হোংবা লৈতরবা, মদুবু মখোয়গী খ্বাইদগী অরোইবা পম্ভ্রংক্রম ওইনা লৈজবা, — মখোয় অদুনা অমুক হন্না থক পোক্লক্রোইদবা (হল্লক্রোইদবা) লম্লেন অদু য়োই, মরমদি মখোয়গী জ্ঞান-না পাপতগী মখোয়বু শেংহল্লে !

১৮। মহৈমশিং হৈবগা অমস্যুং নোল্লুকপগমা তিন্দুনা লৈতেং-লবা ব্রাহ্মণ অমদা, যণবী অমদা, শামু অমদা, অদুগা হুই অমদা অমস্যুং সমাজদগী তাম্থোক্লবা মী অমদা কাওবদস্যু মুনি-ঋষিশিংনা চপ মান্নবা মিৎয়েংদা য়েংই ।

১৯। মকমসিদা (মালেম লৈকোয়পুঙসিদা) কাওবদা, মপুক্লীং-শিংদু মান্নবা চাংদম অমদা তঙ-তানা থম্লিবা মখোয়দুনা তাইবংপান (পোক্ল-শির নাইবা কীভম) অদিবু ঙমজে । ব্রহ্মাদি (ঈশ্বরদি) পুন্নমক্তা অজ্ঞানি অমস্যুং অমকপা

(দোষ) লৈত্রবনি, মরম অসিনা ব্রহ্মদা মখোয়না তিন্দুনা লেংদনা লৈজৈ ।

২০। লেঙদবা বুদ্ধিগা লোয়নবা অমসুং খিভুলা চুননা (কক-ঙাওনদনা) ব্রহ্মদা লৈরগা, ব্রহ্মবু খঙবা মীহুনা নুংঙাইবা হায়বহু ফংলগা হরাওবসু তৌদে অদুগা নুংঙাইতবা হায়বহু ফংলগা তেংথাবসু তৌদে ।

২১। কনাগুম্বা অমনা মপান্থোংগী মচাকশিংগা শম্বন্ধুবা মতমদা, মহাক্তনা থনুঙদা লৈরিবা লাইগী ওইবা নুংঙাইবহু হক-থেংননা ফংই। ব্রহ্মতগী মকমদা হীরী কোনবদা মথম্মোয়বু লুপচরিবা অদুগা ব্রহ্মগা অমত্তা ওইজরবা অসিগুম্বা কনাগুম্বা মী অমনা মপান্নাইদবা নুংঙাইবা হায়বহু ফংজৈ ।

২২। মপান্থোংগী ওইবা পোংশিংগা শোক্ক-শমুক্তবদগী পোক্তকপা নুংঙাইবশিংদি তশেংমমক অরাবগী হৌকম ওইবনা অমদি অহোবা অমসুং অথম্বা লাইবনা, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন); মী অশিংবদি মথোয়শিংতুনা নুংঙাইক্রদে ।

২৩। থরায়গী হকচাঙগা থাইমত্রিরভেদা, কনাগুম্বনা, তাইবং-পান অসিমক্কদা হিংলিভেদা, অপান্থা অমসুং অশাউবগী শাফুকনা চেমবা ইচেলবু থিংবা ( থাঙবা ) ঙম্নবদি, অসিগুম্বা মীসি যোগী অমনি; অসিগুম্বা মীসি নুংঙাইরবনি ।

২৪। মাগী নুংঙাইবদি খন্নুংদা লৈজবা, খন্নুংদা মামা হৱাওজবা, অদুগা খন্নুংদতা মাগী মঙাল লৈজবা (ফংজবা) কনাগুম্বহ — মদুগী যোগী অদুবা মশামক ব্রহ্ম ওইরক্লগা ব্রহ্মদা তিনজবা ফংই (অরাম-খুদম ফংই)।

২৫। পাপশিং লৈরক্রবা, চিংনবশিং লাঙ্থোক্লবা, মশা লাকশিঞ্জনবা মদোম ৱারকচরবা, খরায়-পানবা খিবিক্কী য়াইফনবা তৌদুনবতা লৈবা মুনিশিংনা ব্রহ্মদা তিঞ্জবা (ব্রহ্মনির্ব্বণ) ফংজে।

২৬। অপাম্বা অমস্তুং অশাউবা লৈত্রবা, মখোয়গী ৱাখলশিংবু লাকশিঞ্জরবা অদুগা আত্মাবু মশক খঙলবা যতিশিংগী (সাধুশিংগী—অৱাবা খাঙনা লাইনীংবশিংগী) মফমদদি য়েংখি য়েংখি মায়কৈ পুম্বদা ব্রহ্ম-নির্ব্বণ লৈ।

২৭। মপানগী ইন্দ্রিয়গী ওইবা মতাকশিংবু খত্তোক্লুনা, মিংয়েংনা পিতুম অনীগী কারকা (লাংতুমদা) থমদুনা, নাতোন মখুনশিংদা হোন্দোক-হোঙ্গিন তৌরিবা নিংসাবু গায়হন্দুনা,

২৮। অদুগা ইন্দ্রিয়শিং, পুক্নীং অমস্তুং বুদ্ধিবু অস্তুম্না খুদুম চন্দুনা, অয়ান-খুদমবু অথোইবা (অয়োইবা) পন্থুং ওইনা মপুক্নীং লেপচবা ঋষিদুদি অপাম্বা, অকিবা অমস্তুং অশাউবা লৈরক্রে। অসিগুম্বা ফীভমসিদা মতমলৈব-

খিবিক্তা লৈরবা মহাক্তো থাঙ্গেশেংনা মতম পূম্বগী ওইনা মনীং তন্নবনি (অয়ান-খুতম ফংজয়বনি)।

২৯। অতুগা ঐবু মজ্ঞ অমস্যুং তপস্যা পূম্বগী মহেংচাবনি, ময়োল পূম্বগী মপুরেন্নি অমস্যুং জীব পুম্বগী মরূপনি হায়না খঙলগা, কনাগুম্বা অমনা সংসারগী (মীয়ম্নেনগী) মৈচাকশিংদগী পোথাবা ফংজৈ ।



৬

# ধ্যান যোগ

( হীরী লোল )

## য়াইফবা ইবুংঙো

১। থবক্কী মহৈ:গী মথা পোন্দনা মহাক্কী তৌফম থোকপা মথৌ ওইবা থবকপু পাঙথোক্লিবা মীওই অমা — মহাক অদু সন্ন্যাসীনি, মহাক যোগীনি: ঈরাৎ-মৈ ছোৎ- দবা (অগ্নিহোত্র পীদবা) অমসুং থবক তৌদবা মহাক্তদি নত্তে ।

২। 'থাদোকপা' হায়না ময়াম্না হায়নরিবা অদু যোগবুনি হায়না খঙউ, হে পাণ্ডব (অর্জুন), মরমদি ফংনীংলুবগী আশাবু হেক থাদোক্তিমধেদি কনানম্থু কৈদৌঙুংদা যোগী অমা হায়বদু ওইগদে ।

৩। (ধ্যান) যোগদা কাপংনীংবা (চঙশিলনীংবা) খঙল-উরবা মুনিহুগীদমক্তদি, মহৈঃ য়েংদবা থবক্তনা উপায়নি হায়না সাস্ত্রনা হায়রৈ। মীশক অহুগীদমক্তদি, ধ্যান যোগদা কাখংলবা মতমদা, সংসারগী ওইবা থবক লেপ্পতনা যোগগী উপায়নি হায়রৈ ।

৪। তাইবংগী ওইবা পোৎ খুদিঙবু ফংনীংবগী রাখল থাদোক্লগা, ইন্দ্রিয়গী পোৎলমশিংদা নত্রগা মহৈঃ চাগদবা থবকশিংদা মী অমনা পকশিন্নরুদ্রবদা, অহুদগীদি, মহাক অহু যোগদা লৈতারে হায়রৈ ।

৫। মী অমনা মশানা মশাবু কননজগদবনি, মী অমনা মশানা মশাবু চিংথজবা (থাক হন্থহঞ্জবা) ওইদসনু; মরমদি মশামকসি তশেংনমক মশাগী মরূপ্নি, (অমুকস্নু) মশামকসি তশেংনমক মশামক্তী য়েক্লবনি ।

৬। পূক্লীংবু জয় তৌবা ঙম্লবা মী অমগীদমক্তদি, পূক্লীংহুনা মরুপ্লক্তগী থ্বাইদগী ফবা মরূপ্নি; অহুবু অস্নুম্না তৌবা ঙমদবা কনাগুম্বা মী অমগীদমক্তদি, মপূক্লীং অহুমক্লা পান-গী য়েক্লবগী পাংথক্লম্না সুং-দগী মাঙনবা তৌরকনি।

৭। মশাবু লাকশিঞ্জরবা অমস্নুং মপূক্লীং উন-রাইমুক চীকপ্রবা কনাগুম্বা মী অমগী য়াইবীরেন (পরমাত্মা) অহুদি অঙৈং-অশা, অরা-নুংঙাই অমদি চোপ্প-লেম্বদস্নু পাংদিং

চপ মাগৈ ( খল-চাং মাগৈ ) ।

৮। আত্মাগী জ্ঞান অমস্থুং লৌশিংদা পীবুকপু পেঞ্জরবা, পূকচেল লেঙদমা লৈরবা অমস্থুং মাগী ইন্দ্রিয়শিংগী মপু মহাক্না ওইরবা (হায়রদি ইন্দ্রিয় খুহুম চন্নবা), অহুগা মঙোন্দা লৈতুম অমা, নুঙহুম অমা অমস্থুং সনা-মচেং অমা অমত্তা ওইজরবা ( চপ মান্নরবা ) যোগী অহু যোগদা চুংশিল্লে হায়নৈ ।

৯। মরূপশিং, লোয়নবশিং, য়েক্নবশিং, মরায়-লেপ্পাশিং (কনাগীস্থু মীচঙ-ওইদবশিং), মরুক-চেনবশিং. তিনশিং-খাশিংনবশিং (তুক্কচবা মীশিং), শাগৈ-নাতৈশিং, ঈশ্বরবু লুনা নীংজ-বশিং (সাধুশিং) অমস্থুং পাপীশিংগী মফমদা পাইমা পুক্নীং ইমান-মান্নরবা মী (যোগী) অহু খোইদোক-হেন্দোক্লবনি ।

১০। ফংনীংবা অমস্থুং মপু ওইনীংবা য়াওদনা, পুক্নীং অমস্থুং হকচাংবু লাকশিন্দুনা, নাইতোম মথন্তা, মীয়াওখোল তাদ্রবা অচীকপা মফম অমদা লৈরগা, যোগী অমনা অথোইবা অহুদা অরুংপা লৈতনা মপুক্নীং থিংজিনগদবনি ।

১১। মথা ইথং-থংবদা কুশ-মনা, মথক্তা ( কৈ/শজি ) মউল, মহুগী মথক্তা অমুক অমোনবা ফি-না মথং-মনাও নাইনা অমনা অমগী মথক্তা কুপ্পুনা শেম্না, হাক্লস্থু য়াংদবা নক্লগা হাক্লস্থু নেমদবা খুভম চেংপা মহাক মশামক্তী

লাইনীং তাংবল অমা নিংথিবা তক্ক-তক্কবা মকম অমদা থাম্বগা,

১২। (অদুগা) খুদাদুদা ফম্বগা, লেঙদনা পান্দম অমত্তদা পুক্লীং থমদুনা, অদুগা মহাক্কী পুক্লীং অমস্থং ইন্দ্রিয়শিংবু লাক-শিন্দুনা, যোগী অদুনা থম্মোয়-শেংদোক্নবগীদমক্তা যোগ (লাইনীং-লীক) শাম্নগদবনি ।

১৩। হকচাঙ মউ, কোক অমস্থং ভকপু পয়েং ওইনা চুমদ্রিং-চুম্না থম্বগা, মশাগী মনাতোন মত্তোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা — অদুগা কোয়য়েং য়েং-দনা ;

১৪। তয়াং-তশোয়দবা পুক্লীংগা লোয়ননা, অকি-অথঙ অমত্তা লৈতনা, ব্রহ্মচারী অমগী ভাকফম-থোকপা য়াশক অদু চেংশিন্না ভাক্লুনা, অদুগা ঐবু মাগী অথোইবা পন্থুং ওইনা লৈয়গা, পুক্লীং খুদুম চম্না ঐত্তোন্দা পুক্লীংদু চেংনা লেঙদনা থম্নগা, মহাক্না ফমদুনা (যোগ শাম্নগা) লৈগনি ।

১৫। মত্তৌ অস্থুম্না মহাক মশাবু কাঙলম চাহন্দুনতা থম্বগা, পুক্লীং ফারবা যোগী অদুনা ঐগী ইফম-লাঙদা লৈবা অথোইবা শান্তি ওইবিবা নির্ব্বানাগী (ঐত্তোন্দা ত্তিঙবগী) শান্তি অদু ফংই ।

১৬। অদুবু, হে অর্জ্জুন, যোগ অসে কা-হেম্না পঙচা-চাশিনবা

কনাগুম্বা মীওই অমগী মফমদস্থ, শুকচানব কাম্রবা মী-ওই অমগী মফমদস্থ ওইখোক্লে ; হায়রিবসি কা-হেন্না ছুমগনবা অদুগা শেংবা। কা-হেন্না ছুমগদবা মীওই-শীন্থুনি

১৭। চাবা অমস্তুং লেপ্প-শংপদা নিয়ম লাইখিবা, ত্বক-ইনথাঙ লোম-মীকপনবশু লাইমনপ ওইবা (কা-হেন্দবা); অদুগা তুম্বা অমস্তুং লাহোৎবশু চাং লাইখিবা (মতম চাহল্লিবা) মী মহাক্তী অম্বাখবু লাওহল্লবা মলক অদু যোগ হায়ব-সিনা ওইরকই ।

১৮। অশাম্বা পুম্বা কোক্কুলা, মপুং ফানা হেল্লবা পুক্নীংনা মশাগী আত্মাদতা কায়দোওনবনা, — অদুদগীদি "মহাক্তু আত্মাদা তিনশিল্লে" হায়নৈ ।

১৯। মালঙ মথিল নাইদবা মফমদা থাওমৈগী মৈখীবা হাই-ছুমদবগুম, আত্মাগা শীতিন্নবা (অমত্তা ওইশিন্নবা) হোৎনরিবা পুক্নীং কাজিল্লবা যোগীহুদি মহাক্তী ধ্যান্দা অদুম লেপ্পনা লৈ ।

২০। যোগ শান্নহুনা কাজিল্লবা পুক্নীং অদুনা যোগ তৌহুনা ঈশ্বরবু খুক্কুমজবগী ইচিক ছুনবা অদুদা পোথাল্লবা মতমহুদা অদুগা মশানা মশাগী আত্মাহুবু শংশঙনা উরবা মতমহুগক্তদা, মহাক্তা আত্মা অদুথক্তদা পেল্লুনা লৈ ।

২১। মক্লুবা অশেঙবা বুদ্ধিতনা লৌশিনবা ঙম্বা অদুগা ইন্দ্রিয়-
শিংগী মঙনগী রাংমদা লৈগ্রবা অদুগুম্বা ঙমখৈ লৈতবা
খ্বাইদগী পুমথোই থোইবা নুংঙাইবা অদুবু যোগী অদুনা
মপুক্কীংদা ফাওজবা মতমদা অমস্তুং মতৌ অস্থুম্বা ফীভম
চেংনা শাগৎচরবদা, মহাক অচুম্বদগী থক হন্দোক্রে ।

২২। অতৈ পোৎ অমা ফংবনা মহুদগী হেল্লি হায়না কনা অমনা
খল্লবা পোৎশক অদু ফংলগা; অমস্তুং অদুগুম্বা ফীভম
অমদা লৈরগা, খ্বাইদগী অহকপা অরাবনা ফাওবস্থু মহাকপু
লেঙহনবা ঙমদে ।

২৩। যোগ হায়নরিবদো অরাবগা শম্নবদগী মরী কক্লবা অদু-
বুনি হায়রবসি মহাক্লা খঙগদবনি । মদুগী যোগ অদু
নীংহৎমদবা পুক্কীংগা লোয়ননা অমস্তুং অখাং-কনবগা
লোয়ননা শাম্নবা তাই ।

২৪। ওইদবা রাখল অমস্তুং ভাবনা শাবদগী পোক্লকপা অপাম্বা
পুম্নবু চিথবা লৈতনা থাদোক্লুনা অদুগা পুক্কীংনা ইন্দ্রিয়
পুম্নবু মাইকৈ পুম্নদগী লোইনা থিংজিন্দুনা ;

২৫। অস্থুম অস্থুম, তপ্পপ তপ্পপ, চেংনা লৈতানা লৈগ্রবা
বুদ্ধিগী পান্বেনা, মহাক্লা অচীকপা অদুবু ফংগৎলকপা
ঙমসন্নু; অদুগা পুক্কীংবু আত্মাদা লেঙদনা ফাজিল্লগা
অতৈ অমা অমগী রাখল হেক মখৈ মহাক্লা খল্লক্লবা
ওইসন্নু ।

২৬। পুক্লীংগী ইথক-থকপা অমস্তুং তম্নাং-তশোইবা হৌনশাম্না মম্নম ওইহনা পুক্লীংনা ঙাওচংনম্নকপা মত্তাঙ-মতাঙহদগী হৌহনা যোগী অহনা পুক্লীং কাথগদবনি অমস্তুং মশাগী আত্মাগী মথাদা থ্ হুন চন্দুনা মসিবু পুশিল্লকদবনি।

২৭। মপুক্লীংহ মপুংফানা ঈংলবা, মহাক্কী অশাম - ঈথৌবু ( বজঃগী গুণবু ) তপথহনগ্রবা, মহাক্লা ( হিংনা হিংনা ) ব্রহ্মগী শক্লোন লৌন্নক্লবা অমস্তুং প্যাপ্তগী ৰাই-শংলবা যোগী অহগী মফমথক্তদা পুমথোই-থোইবা নুংঙাইবহ লেপ্পমক লাকই।

২৮। মপুক্লীংবু অস্তুম্না মতম লৈবথিবিক্তা (যোগ সাধনা শান্ন-বদা) থিংজিন্দুনতা লৈম্নিবা, পাপ্তগীন্থ শেংলবা যোগী অহনা ব্রহ্মগা-শম্নবগী (ব্রহ্মদা তিনবগী) চাংজৌ নাইত্রবা নুংঙাইবদু ইকোম কোম্না ফংই।

২৯। যোগনা মম্নম ওইহনা আত্মাদা মপুক্লীং লূপশিল্লবা, অহগা মফম খুদিঙদা ইমান মাম্নবগী শক্লোন উম্নবা যোগী অহনা থৱায়-পানবা পুম্বদা মহাক্কী আত্মানা লৈবা অহগা মহাক্কী আত্মাদা থৱায়-পানবা পুম্বনা লৈববু উই।

৩০। অহগা মহাক্লা পুম্নমক্তা ঐবু উম্নবা অমস্তুং ঐঙোন্দা মহাক্লা পুম্নমকপু উম্নবদা, অহদগীদি ঐনা মাবু থক

থাদোক্তে অচুগা মহাক্লস্থ ঐব্লু কৈদৌন্নুংদা থাদোক্তে ।

৩১ । সুংশিবগী অমত্তা ওইবা শক্তমদা তঙ-তাহল্লগা, থরায়-শানবা পুম্নমক্কী মফমদা যুমলিঙচুনা লৈবা ঐব্লু ঈরাং-শিবা যোগী অহু — কীভম পুম্নমক্তা ( লেম্লীংবা পুন্সী মরেল অমা হেক্তা ওইসনু) মহাক্তি মতম পুম্বগী ওইনা ঐগোলনা (ঙিক্লুনা) লৈ ।

৩২ । অচুগা অরাবদগু ওইথে শক্রগা নুংঙাইবদগু ওইরে, হে অর্জুন, মশামক্তা চাংদম্নচুনা থরায়-শানবা পুম্নমক চপ মান্নে হায়না উবিবা মহাক অহুবু অথোইবা যোগীনি হায়না লৌই ।

## অর্জুন

৩৩ । ইবুংঙোনা তাক্পীখিবা লেঙদ্রবা অমত্তা ওইবগী যোগ অসি, হে মধুসূদন (শ্রীকৃষ্ণ), পুক্লীংগী লৈত্তাদবা মতোনা মরম ওইদুনা, মসিগী কজোম্র-কয়াঙ তৌদনা চথরকপগী মুওঙ অদুদি ঐনা উক্তে ।

৩৪ । মরমদি, পুক্লীং হায়বসি থাক্লেংলেংকমক পোথাবা লৈতে, ন্নাকঙম-কাঙমদে, মপাঙল কল্লি অমসুং মঙক-কল্লি, হে কৃষ্ণ: পুক্লীংবু ফাজিনবা হায়বসি নুংশিং ফারগুম্না লু-না থোকই হায়না ঐনা থল্লি ।

## য়াইক্লবা ইবুংঙো

৩৫। চিংনমীংঙাই নৈতনা, হে পাম্বোম-লিংবা অর্জ্জুন, পুক্নীং হায়বসি খূত্থম চনবা য়াই অমসুং পোত্থারা নৈতে । অদুবু, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন), পুক্নীং হায়বসি, অচুম্বমক, তত্তবা শাজেলনা অমসুং পান-পা শয়হন্নবনা উপায় ওইয়গদি লাকশিনবা ঙমই ।

৩৬। পুক্নীং রারক্তবা মী অমনদি যোগ অসি ফংবদা লুনা খোকই; তৌইগুম্বসুং পুক্নীং য়ারক্লবশিংনদি অচাবী পাম্বৈনা হোংনহুম্বা মসিবু ফংবা য়াই হায়বসি ঐগী অরেপ্পা ৱানি ( মত-নি ) ।

## অর্জ্জুন

৩৭। হে কৃষ্ণ, থা-দি থাজয়বস্তু, মশামকপু লাকশিঙবা ঙম-দ্রবা অমহেক্তি মপুক্নীংনা যোগদগী কায়োরক্লনা ফৈবেংননা চংশ্রবা মহাক অহুনা, যোগদা মপূং-ফাবা হায়বতু ফংদ্রগা, করি করম্না পন্থুংফম মহাক্না ফংবগে ?

৩৮। হে পাম্বোম কনবা ( শ্রীকৃষ্ণ ), করিগুম্বা য়ানফম (ভাক্লো) অমত্তা নৈতনা অনীমক্তগী (কর্ম্ম অমসুং যোগ

অনীগী লম্বীশিংবু অমস্তু অমশু পাংহৌদনা মীরমলেন অমস্তুং লাইরমলেন্দা চন-নকম লৈতনা) তামক্লগা অমস্তুং ব্রহ্মবু ফংনবা লম্বেলদগী লম্মুক্রমগা, মহাক অতুনা লৈচিন সেনক্রাগুম মাঙলোইদ্রা ?

৩৯। ঐগী অসিগুম্বা চিংনবসে, হে কৃষ্ণ, ইবুংঙোনা পূম্নাঙ-মাঙহনবীয়ু ; মরমদি ইবুংঙো মত্তনা চিংনবা অসিবু কোকহনবা ঙম্বা অতৈ কনা লৈতে ।

## য়াইফবা ইবুংঙো

৪০। হে পার্থ (অর্জুন), হন্দক্কী মপোকসিদস্তু নত্রগা মতুঙগী মপোক লাংওন অমদস্তু মহাক্কীদমক্তদি অমাঙ—অতা লৈতে ; মরমদি অফবা তৌবা মী-না, হে ঐগী চান্নবা মরূপ, অরা-অনাগী লম্বেলদা খোঙ থক থাদে ,

৪১। অফবা তৌরম্বা মীশিংগী নোংখৌ (স্বর্গ) অতুবু ফংতুনা অদুগা মফমদুদা চহি খিঙমদনা লৈরম্লগা . যোগদগী খোঙকম নাম্থোক্লবা (যোগদা মপূং ফাহৌদ্রবা) মী অদুনা ঈশ্বরবু লুনা নীংজবা অমস্তুং মুংঙাই-য়াইফবা ইমুঙদা চঙদুনা অমুক হন্না পোক্লরৈ ।

৪২। নত্রগা মহাক লৌশিং লৈবা যোগীশিংগী ইমুং-মনুঙদা পোক্লকপা য়াই। মখল অসিগী অসিগুম্বা মপোকসিদি তাইবংসিদা থাঙ্গেশেংমক পঙনা থোক্কবনি (অত্যাঙবনি)।

৪৩। অদুগা, হে কুরু শাগেগী হয়াওনীংঙাই ওইবও (অর্জুন), মহাক্কী অনৌবা পূর্ন্সীদি মমাঙগী মপোক্কা তানখিবা লৌশিংদগী হৌই; অমস্তুং মহাক্কা যোগ মতোল লোম-লবগীদমক হান্নদগী হেন্না অমুক হন্না মপুংফানবগীদমক কনশিন্না হোৎনবা হৌই ।

৪৪। মমাঙগী মপোক্কা মহাক্কা তৌজন্ম্বা যোগগী শাজেল অহুমক্কুনা, মশানা নীংউ-তৌক্লদ্রফাওবদা, মহাকপু (যোগগী লম্বীদা) খিংবা ঙমদনা পুই (চিংশিল্লি)। চুম্নগীদা যোগ অসিবু খঙগে হায়দুনা নীংত-নীংলুবা মহাক ফাওবনা বেদ-না তাকপা ঈরাৎ-থৌনিগী মহৈঃশিং-দগী হেন্দোকই ।

৪৫। অহুম ওইনমক, উইন কন্না হোৎনদুনা, লঙজক্কবা পাপ্পগী শেংদোক্লক্লুনা (কোক্লক্কুনা) অমস্তুং মপোক মপোক কয়ামুক্কী হোৎনমন্না মপুংফাবা হায়বহ্ ফংলক্কুনা, যোগী অদুনা পস্থুং অথোইবা য়ৌই ।

৪৬। য়োগী অসিনা হকচিনা লমচৎ-সুংচৎ তাকপা মীশিংদগী (তপস্বীশিংদগী) হেন্না মতিক মগুণ লৈ ; মহাক অহুবু শাস্ত্র লৈবরা মীশিংদগী কাওবা হেক্লি হায়বা লৌনৈ ; লাইগী ওইবা অশেংবা থবক তৌবা মীশিংদগীসু মহাক্না মথক থোংই। মরম অসিনা, হে অর্জ্জুন, নহাক য়োগী অমা ওইয়ু।

৪৭। অদুগা য়োগী পুম্নমক্কী মনুংদা, ঐগী হকমদা মপূক্কীং চেংনা থমহনা থাজবগা লোয়ননা ঐবু নুংশি-থোগন্দুনা লাংপা কনাগুম্বা মী —— মহাক অহুবু ঐনা য়োগীশিংগী মনুংদা খাইদনা হেনবনি হায়না লৌই।



# ৭

## জ্ঞান-বিজ্ঞান যোগ

( লৌশিং অমসুং অপাম্বনা খঙবগী কাঙলোন )

### য়াইফবা ইবুংঙো

১।  তারো হৌজিক্তি, হে পার্থ (অর্জুন), মপূক্নীংহু ঐঙোন্দা মপূংফানা লূপশিন্নগা, যোগবু শাম্নহুনা অমশুং ঐঙোন্দা চঙজফম লোয়্হনা, নহাক্না চিংনবা লৈতনা ঐবু কময়া মপূংফানা খঙগদগে হায়বদো ।

২।  অপাম্বনা খঙবগা শাগোম্নয়বা ( অথ়্ম্না ) জ্ঞান অসিগী মরমদা ঐনা নঙোন্দা মনীক চুম্না তাকফি। মসিবু খঙ-লবদা, জগৎসিদা অমুকহেন্না খঙলুনিঙঙাই চিথহৌবা অহেনবা করি অমত্তা লৈত্রে ।

৩। মীওই লিশিং-লিশিংগী মরক্তা, তাডনা মী অমগুম্বনা মপূংফাবা মতৌ (সিদ্ধি) ফংনবা কন্না হোংনৈ ; অদুগা সিদ্ধি ফংগ্রবলক্তগী, কনাগুম্বা অমতনগা লাইবক ফক্কৎনা ঐবু অচুম্বা মওংদা খঙই ।

৪। ঐগী মহৌশাগী (প্রকিতিগী) মখেক শেংনা উ-ছক্না মওং-শিংদি নিপাল্লি : লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, অতিয়া (নোংথৌ), পুক্নীং, বুদ্ধি অমস্থং এনা মহেক্লে হায়বা ওইদবা রাখলসিগা ।

৫। মসিনা ঐগী হন্থবা মহৌশানি, হে পাম্বোম লিংবও (অর্জ্জুন)। মসিদগী রাংবা হেনবা, জীবগী মশক ওইরিবা অমস্থং তাইবংপানবা আসবু পুরিবা ঐগী অতোপ্পা মহৌশা (পরা প্রকৃতি) অদুবুস্থ খঙও ।

৬। থরায়-পানবা পুম্বসি প্রকৃতি অনীসিদা পোক্লকফমনি হায়বসি শোয়দ্রে খঙউ। মরম অসিনা জগৎ পুম্বগী ঐনা হৌরকফমদুনি অমস্থং লোইশিনফমদুস্থনি ।

৭। ঐমক্তগী হেন্না রাংবা অতৈ অতোপ্পা অমা লৈত্রে; হে ধনঞ্জয় (অর্জ্জুন)। লংস্থংদা মুক্তা ময়াম লেংশিনবগুম, পুম্নমকসি ঐওোন্দা থাংস্থং তাসিন্দুনা লৈবনি ।

৮। হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জ্জুন), ঈশিংগী মহাও ঐনি, কোন্নৌ নুমিৎ অমস্থং থাজগী মঙাল ঐনি ; বেদমন্ত্রদা

য়াওবা ঈশ্বরগী মিংশৈ ওইবা অশেংবা রাহৈ "ওঁ" (অউম), নোংথোদা লৈবা ঈরায়-ঈথিল (শব্দ) অমসুং মীওইবদা লৈরিবা কন-থোবগী মতিক্তু ঐনি ।

৯। লৈবাক্কা ঐনা অশেংবা মনমহুনি, মৈত্রেংদা (মৈদা) ঐনা অয়াবহুনি (অরংবা মঙান্দুনি), অহুগা হিংহুনা লৈরিবা থরায়-পানবা পূম্বদা ঐনা পুন্সীহুনি (অহিংবহুনি), অমসুং থাওবা কয়া লাইনীং-পৈরেচেংপশিংদা (তপস্বী-শিংদা) ঐনা লাইনীং-থুংচেং (তপস্যা) অহুনি ।

১০। হে পার্থ (অর্জ্জুন), হিংলিবা (থরায়-পানবা) পূম্নমক্কী হাম-বা নাইত্রবা মরূহুনি হায়না ঐবু খঙউ; বুদ্ধি থোবশিংগী অথোবা বুদ্ধিহ ঐনি; চীংলেম্বশিংগী চীং-লেম্বা অহ ঐনি ।

১১। মপাঙ্গল কনবশিংগী অপাম-থোয়াং পক্রবা পাঙ্গল অহু ঐনি; অহুগা থরায়-পানবা পূম্বদা লৈরিবা অচুম্বা লীচংকা (ধর্ম্মগা) মক্রদবা অপাম্বা হায়বহু ঐনি, হে ভরত—শাগৈগী মবুংঙো (অর্জ্জুন) ।

১২। সত্ত্ব গুণনা শেম্বা থুদিঙমক, রজঃ নত্রগা তমঃ গুণনা শেম্বা থুদিঙমকসু,— মখোয় পুম্নমক ঐঙোন্দগীতনি হায়বসি খঙউ। অহুম ওইনমক, ঐনা মখোয়গী মনুঙ

চন্না লৈতে ( ইমীং তম্বনি ) ; মখোয়সিনা ঐঙোন্দা লৈজবনি ।

১৩। গুণ অহুমসিদগী ওইরকপা পোৎশিং অসিনা শুঙ্কংখিহুনা, তাইবং পুম্বনা মখোয়গী মথক্তা লৈপ্রবা অমম্বুং মাঙ-তাকপা লৈত্রবা ঐহাকপু খঙদে ।

১৪। গুণ অহুমসিনা শাবা ঐগী চীংঙু ইতিক (মায়া) অসিবু লাম্থোকপদি লুই ; অদুবু ঐঙোন্দতা চঙজক্‌ম লৌবা মখোয়হুনা মায়া (লাং) অসিবু লাম্থোকই ।

১৫। মীওইবলক্তা খ্বাইদগী তোম্থরবা, মখোয়গী জ্ঞানবু মায়ানা হুবিপ্রবা ( মাঙহনপ্রবা ), অদুগা আস্থরগী (হিংচা-য়াই-তম্বগী ) লীচৎ চংলবা পঙ-ফত্তশিংনা ঐঙোন্দা চঙজক্‌ম লৌদে ।

১৬। অফবা থবক তৌবা মীওই মথল মরিনা ঐবু লুনা লাং-লি, হে অর্জুন, অদুগা মখোয় অহুদি অরা-লাঙফম তারবশিং, খঙন-লৌশিং ( জ্ঞান ) তাম্লিবশিং, পুক্কৈ-লনগৈ তাম্লিবশিং অমদি লৌশিং লৈবা মীশিংনি, হে ভরত-শাগৈগী অথোইবও ( অর্জুন ) ।

১৭। মখোয়শিংসিগী মরক্তা, হোংদবা অচেৎপা ফীরেপ চেন্দু-রতা লৈবা অদুগা মহাকী লুপ্না নীংজবহুনা ঐগা অমত্তা ওইহুনা ভক্তি সেবা তৌহুনা লৈরবা অহুগুম্বা

অশিংবা কনাগুম্বড়ুনা খাইমক্তগী কৈ। মরম্বদি ঐ অসে মঙোন্দদি মথরায় তাজৈ অড়ুগা মহাকম্ ঐঙোন্দদি ইথরায় তাজৈ ।

১৮। মীওই মথল মম্বি অসি লোয়মা কৈ ; অড়ুবু লৌশিং-শিংবা মী অড়ুদি ঐগী ইথরায়মক্তি হায়না খল্লি । মসি ঐগী বাখল্লোম্মি ( মতম্বি )। মম্বমদি, পীবুক-চেংপগা লোয়নমা, অথোইবা পম্মুংকম ওইরিবা ঐঙোন্দতমক তাবা লীক্লম অড়ুদা মহাক্না মখোঙ থাই ।

১৯। মপোক কয়াগী তুঙদা, খঙন-লৌশিং (জ্ঞান) লৈবা মীনা, ওইরিবা পুম্বসি বাসুদেবনি ( ইথোই-থোইবড়ুনি ) হায়বা খঙলগা, ঐবু ফংজৈ । অসিগুম্বা মহাত্মাদি য়াম্না তাঙই ।

২০। অড়ুবু ফংনীংবগী অপাম্বনা মবুক্কিবু হুবিগ্রবা মীওইশিংড়ুনা অতোপ্পা থোইয়ুম-লাইশিংবু মখোয় মশা-মশাগী পাম্বিবা মওঙ মতুং-ইন্না ঈরাং-থৌনি অমা নত্রগা অমা তৌ-ড়ুনা লাংলি ।

২১। কনাগুম্বা ভক্ত অমনা থাজবগা লোয়ননা লাংনীং-লাং-নীংবা মশক-মওঙ ( লাইশক অড়ু-অদা ) হেক মথৈ — ইভাংচনীংবা মতমড়ুদা, মহাক্না অচেংপা থাজবা ( পৈম্ব ) অড়ুমক ঐনা লেঙহন্দনবা চেংশিলহল্লি ।

২২। মতুগী থাজবা অহু অতুম চেল্লগা, মহাত্মা অককুবা লাই অমবু ঈত্তাংচনবা লাক্লজে অহুগা মতুদগী মহাক্কা মাগী অপাম্বশিংহু ফংজে। অহুবু অওইবমক্কি মখোয়শিংসি (খুদোংচাবশির্দস) ঐখক্তম্মা নোংদম্বনি।

২৩। তশেংমমক মবুদ্ধি থেনবা য়ীশিংহুদা পীকম খোকপা মহৈং-শিংদি চাং-ককই (ওমথৈ নাই) অমস্মুং ঙাইহাকীনি। খোইয়ুম - ল্লাইশিংবু ঈড়াংপশিংনা খোইয়ুম - লাইশিং তান্না চংলি, অহুবু ঐগী ইনাইশিংদি (ভক্তশিংদি) ঐওোন্দা রাইথুঙই।

২৪। অপঙবশিংনদি ঐহাকপু তাইবং মিংনা উবিবা ঐগী হস্তবা মহৌশাগী মওঙ অহুনি হায়না থল্লিঃ মাঙ-তাকপা লৈতবা অমস্তুং পুমখোই-খোইবা ঐগী হেন্না রাংবা মহৌশাবুদ্ধি মখোয়না খঙউদে।

২৫। যোগ-মায়ানা ঐবু খজিনখিবমা পুম্নমক্কী মমদা ঐ অসে তশেং-তশেংনা উত্রে (ফোঙদোক্তে)। অনম-অহা চুববা (শুক্কংলবা) ত্তাইবংপান অসিনা থক পোকপা নাইয়ক্রবা অমস্তুং ঐত্রা অস্তুম ওইদুনা মাঙদনা লৈয়ক্রবা ঐবু খঙদে।

২৬ হে অর্জুন, ঐদি ওইরবা, ওইরিবা অমসুং ওইরকদরা পুম্নমকপু খঙই, অদুবু ঐনুদি অদুম্বা খঙবদা কনাগুম্বা অমত্তনা খঙদে ।

২৭। অপাম্বা অমসুং পামদবদগী থোরকপা ওন্ন-তৈনবা পা-বোং পাবোংশিংগী ( জোরা জোরাশিংগী ) শক্তিংয়াইনা মরম ওইদুনা, হে ভরত, (অর্জুন) , থরাম-পানবা পুম্নসে মথোর মথোয়না পোকপা মতমদা পঙথরকই (চমম্নরকই), হে পরন্তপ ( য়েক্লববু ভম্বা = অর্জুন ) ।

২৮। অমরোমদনা অকবা মহৈং লৈবা থবক তৌবা, মথোয়গী লঙজরুবা পাপ অদুনা লোইরক্লবা ( কোক্লবা ) অদুগা ওন্ন-তৈনবা পুংবাশিংগী শক্তিংয়াইদগী রাই-শংলবা (নান-থোক্লবা) মীশিংদুনা রাশক অচেৎপা লৌদুনা ঐবু লুনা-নীংই ।

২৯। ঐঙোন্দা চঙজকম লৌম্নিবা অদুগা হন্নরকপা অমসুং শিবদগী লাম্থোক্লবা ( অরান-খুভম ফংনবা ) হোৎনরিবা মথোয়শিংগীদমক্তদি , — ব্রহ্ম অদুবু মথোয়না খঙই, আত্মা অদুবু মথোয়না খঙই, অদুগা থবক তৌবগী মরমসু মথোয়না লোয়না খঙই ।

৩০। লৈয়োন্দা অমম্বুং নোংলোন্দা, অতুগা যজ্ঞগী খাম্বী মৈহুতশু ঐ লৈ হায়না খঙলিবা মখোয়শিংহু, — 'পুক্নীং চেৎপা মখোয়শিংহুনা তাইবংসিদগী হল্লমদাইমক্তদা ফাওবা (নোঙ্গাহনদাইমক্তদা ফাওবা) ঐবু খঙই।



# ৮

## অক্ষর-ব্রহ্ম যোগ

### ( অমাঙ—অতা লৈত্রবা ব্রহ্মগী যোগ )

### ( শিদবা মপু ফংনরোল )

### অর্জ্জুন

১। ব্রহ্ম'দুনা করিনো ? অধ্যাত্ম হায়বসিনা করিনো ? অদুগা কর্ম্মনা করিনো, হে অথোইবা পুরুষ (শ্রীকৃষ্ণ) ? অধিভূত হায়বদুনা করি হায়রিবনো ? অদুগা অধিদৈব হায়বসিনা করিনো ?

২। অধিযজ্ঞনা ( যজ্ঞগী মপুনা ) কমানো অদুগা মহাক্না হকচাঙদা করম্না লৈরিবা, হে মধুসূদন ( শ্রীকৃষ্ণ ) ? অদুগা শিরমদাইগী মতমদা, মশাবু (মপুক্নীংবু) থায়কচবা ওয়বশিংনা ইবুংঙো মহাকপু করম্না খঙগনি ?

# য়াইফবা ইবুংঙো

৩। ব্রহ্ম হায়বসিদি মাঙবা-তাকপা নৈতবদুনি, পুমথোই — থোইবা অদুনি অদুগা মহাক্কী লেঙদ্রবা অরেপ্পা মওইবু অধ্যাত্ম (আত্মা) কৌই। লেঙলি-পাল্লিবশিংবু ওইহল-লকইবা অমস্মুং চাওখৎহল্লকইবা ঈশ্বরদা কৎপগী থবকপু (য়াইফ-থৌ খুদিঙমকপু) কর্ম্ম কৌই।

৪। হে মী মরক্তগী অথোইবা (অর্জুন), তোয়না হোংদোক-হোংজিল তৌরিবা অমস্মুং তুম্বা নাইরিবা হকচাঙ/ পোংশক নাইবগী মতৌবু অধিভূত কৌই, অদুগা পুরুষ নত্রগা আত্মাবু অধিদৈব কৌই; হকচাঙ মপুঙসিদদি ঐখক্তনা অধিযজ্ঞনি (যজ্ঞগী মপুনি)।

৫। অদুগা শিরমদাইদা ঐতবু নীংজ-নীংজনা মহাকী হকচাঙ-পোলাং থাদোক্লিবা কনাগুম্বা অমা — মহাক্তা তশেংনমক ঐগী ইহৌশা কংজে: মসিগী মরমদা করি অমত্তা চিং-নমিঙঙাই নৈতে।

৬। য়াখলনা শাগৎলুবা মওঙ-মওঙদুগী মরমদা থম্ন-থম্না, পুন্সীগী অরোইবা মিংকপ্তা হকচাঙবু থাদোক্লিবা মী-মীদুমক, মওঙদুগী মরমদা মহাক্তা তত্তনা থল্লবনা মরম ওইদুনা, হে কুন্তীগী মচাম্নিপা (অর্জুন), মওঙ অদুদা মহাক চৎলি (লাললি)।

৭। মরম অসিনা, ঐত্তবু মতম পুম্বদা মীংশিংউ অদুগা লাল তৌ। নপূক্নীং অমস্নং নবুদ্ধি ঐঙোন্দা চেংবা পকশিন্নহনা ( লূপ্ত্না ) লৈবগা, চিংনবা লৈতনা নহাক্না ঐবু ফংগনি ।

৮। অতৈ অম-অমগী মতুঙ কোয়ইন-ইল্লূদবা পূক্নীং অমগা লোয়নবা অমস্নং যোগ তত্তনা শান্নবকপনা যোগদা চু-শিন্নহল্লবা মহাক্না রাখলগা লোয়নবা অথোইবা পুরুষবু লাইনীং হীয়ী-কোল্লিবা কনাগুম্বহ্, মহাক্না, হে পার্থ ( অর্জ্জুন ), অথোইবা পুরুষ অদুদা য়ায়থুংই ।

৯। লোয়না খঙলিবা, ভাইবং-পানববু শেম্বীবা, মতম পুম্বদগী হৌনা পুম্মকপু মপু ওইনা ডাক-শেনবিরিবা, কূপত্রিং-তগীম্ন হেন্না কূপথয়বা ( কূপ্লেন কূপ্পা ), অদুবু পাক – চাউরবা লৈরোন-নোংলোব অসিবু পুরিবা, মহাক্মী মওঙদি পূক্নীং-রাখলবা লাকঙমদবা, অমম্বগী ঈবাংমদা মুমিংকুম ভাক্লোইম্বিবা ইবুংঙোদা লাইনীং-পরৈ চেং-লিবা কনাগুম্বহ্, —

১০। শিরমদাইগী মতমদা, কচোয়-কমাঙদবা পূক্নীং অমগা লোয়মনা, ভক্তি মপুং চেল্লহনা, যোগগী পাঙ্গলনা প্রাণবু ( থরায়-নিংসাবু ) নীশূম অমীগী কায়ক্তা থমহনা, মহাক্না লেপ্পমক মদোমতমী মঙাম্না লংত্রিক লংলবা

অথোইবা পুরুষ অহুবু কংগদি ।

১১। বেদ খঙবশিংনা তাকখি-তুমখিদে হায়না লাউরিবদো, অনেম্বা মালেমগী ওইবা পুক্নীং ঈথিলশিংদগী ঈংথরগা হকচিন্না চম্না লেল্লবা লাইনীংবশিংনা চঙনরিবদো অদুগা মহুবু পামহুনা ব্রহ্মচার্য্য ঙাক্লিবদো — মদুগী পন্থুংফম অহ্ ঐ হৌজিক নঙোন্দা শম্লপ্পা তাক্কে ।

১২। হকচাঙগী থোঙলোন ( জ্ঞানগী ইন্দ্রিয়শিং ) পূম্নবু থিং-জিল্লগা, থম্মোয়-থম্মালনুঙদগী পুক্নীংবু হেন্দোকহল্লগা, অমম্বুং থরায়-নিংসাবু (থরায়গী মঙলবু = হিংবগী পাঙ্গলবু) লরাই-লুরেন্দা লেঙদনা পকশিলহল্লগা, যোগদা মরা চেংশা মতৌহুদা অদুম লৈরগা ;

১৩। ব্রহ্মগী মশক ওইরিবা অশেঙবা খোৗল্ল অমত্তগী ওইবা "ওঁ"বু ( "অউম"বু ) শোন্দুনা (হংগী মিংথৈবু শোন্দুনা), অদুগা ঐবু নীংশিংদুনা হকচাঙবু থাদগা হলরাযখিবা (হনখিবা) মহাক অদুনা অথোইবা লমথুংফমদু যৌই ।

১৪। হে পার্থ ( অর্জুন ), অতৈ কনা অমত্তবুত্থ খল্লদনা, মতম শাংনা ( পুম্নী খম্বফাওবা ) ঐবু তত্তনা অমম্বুং তুমিং খুদিঙগী নীংশিংলিবা অহুম্বা পাৈংচেত্তনতা লৈরবা যোগী অহদদি ঐবু ফংবদা লায়না থোকই ।

১৫। ঐবু ফংলবা মতুঙদা, মহাত্মাশিংশুনা মীওইবগী অরাবা নংনফম ওইবা অঙ তাদ্রবা তাইবংপান অসিদা অমুক হন্না হল্লক্রে, মরমদি মখোয় খ্বাইদগী হেন্না মপূংফাবা মতৌহ্ ফংগ্রে।

১৬। খ্বাইদগী রাংবা ব্রহ্মাগী লমদমদগী খ্বাইদগী নেম্না মরোল-ফাওবদা, — মরোল পূম্নদা লৈরিবা পূম্নসি অনৌবা মপোক অমুক তম্লগদবা ঙাক্তা ওই। তৌইগুম্বস্নু ইফমদা লাক্লবা মহাকুদি, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন), মথাঙ মথাঙ খক শিদ্রে, খক পোক্লদ্রে।

১৭। ব্রহ্মাগী (লৈশেম্বা লাইগী) অযুক-নুংথিলদি যুগ (চক) লিশিং অমা শাংই অহ্গা ব্রহ্মাগী অহিংস্ন যুগ (চক) লিশিং অমা কুই হায়বা খঙলিবা মখোয় অহ্ — মখোয় তশেংনমক অহিং অমস্নুং নুংথিল (অহোরাত্র) করিনো হায়বা খঙঙী।

১৮। মহ্গী অযুক-নুংথিল অহুনা লাক্লবদা, উদ্রিবা খুংশেম পূম্না শকউদবহুদগী (ফোংনা লৈতবহুদগী) উরকই (পোক-লকই); অহ্গা অমম্না অহিং অহ্ লাক্লবদা উরম-লৈরম্বা খুংশেম লোয়না শকউদবহুদা (ফোংদোক্তবহুদা) খুপচিনখি

১৯। ব্রহ্মাগী অঙানবা অয়ুক নুংথিল অহৌনা থুংলয়বদা, হৎজিল-হৎজিল, থবায়-পানবা শক্রোমশিং পুম্বা পোকখৎলকই ; অমস্তুং ব্রহ্মাগী অমম্বা অহিংবা লাকপগা লোয়ননা মখোয়শিং অহৌ পাম্নে লৈতনা (করি তৌঙমদনা) ফোংদোক্তনা লৈবহৌদা পুমতাক তাকখি ।

২০। ভৌইগুম্বস্তুং উবা ঙম্বা অমস্তুং ঙমদবা থুংশেম অসিগী মাংমদা ( ব্রহ্মানা শেম্বা ঙমদবা ) শকউদবা, থাইদগী হেন্না মাংখোইবা, লৈ-দুনতা লৈরবা অমা লৈরি; অমস্তুং লৈরিবা পুম্নমক্না মরু-ফংনা মাঙথবদা, মসিমদি মতম পুম্বদা লৈ-হৌনতা অস্তুম মলৈরে ।

২১। শকউদবা (শাক্রোঙদবা) অসিবু অস্তুম লৈরবা (তাকখি-তুমখিদবা ) হায়বহৌ কোই অমস্তুং মসি অখোইবা য়েৌকমহৌনি। মফমহৌ য়োৌরবা মখোয়হৌদি ( সংসারদা ) থক হল্লক্রে। মসি ঐগী অখোইবা ইরানয়ায়নি ।

২২। থ্বাইদগী অখোইবা পুরুষ অহৌদি, হে পার্থ ( অর্জুন ), মঙোন্দতা পূক্লীং অনী লোঙদবা তৌজবা ভক্তিনা পাম্নে ওইরগতা ফংগদবা ওই। মঙোন্দা থবায়-পানবশিংগী থবায় লৈ, অহৌগা মহাক্না পুম্নমকসিদা শীন-থুংনা লৈবিরি ।

২৩। হে ভরত শাগৈ' নিংথৌরোলগী পিবা অথোইবা (অর্জুন), যোগীশিংনা অমুক হন্না পোক্লমোইদবা তাইবং থাদোকপগী মতমগী মরমদা, অদুগা মথোয়না অমুক হন্না পোক্লগদবা তাইবং থাদোকপগী মতমগী মরমদশু ঐ হৌজিক নকমদা হায়গে ।

২৪। ব্রহ্মবু মশক খঙবা মীশিংনা মৈ কৌবা লাইনা পুরিবৈদা, মঙাল লৈবা মতমদা, অয়ুক-নুংথিলদা, পানখংলকপগী অঙানবা থা-খায়দা (মিনমাঙদা) অমসুং কোয়োইনবনা (সুমিংনা) অরাং-পুঙমায় চংলিবৈ থাবুম তরুক্কী মনুঙদা (উত্তরায়ণদা) তাইবং থাদোক্লবদি (শিয়বদি), মথোয়না ব্রহ্ম তাম্না চংলি ।

২৫। তৌইগুম্বশুং যোগী অদুনা মৈখু লক্তা, অহিংদা, থা-বা শিথরকপা অমম্বা থা খায়দা ( কৃষ্ণপক্ষদা—নিংদুংদা ) অমসুং কোয়োইনবনা খা-পুঙমায় লৈথরকপা থাবুম তরুক্তা ( দক্ষিণায়ণদা ) তাইবং থারবদি, মহাক্না থা-লৈবাক্তা (চন্দ্রলোক্তা) শুংই অদুবু শিবা মাইবা তাইবং মপোক্তা অমুক হল্লকই ।

২৬। তাইবং 'সিদগী হলবায়খিবগী লম্বী অনী লৈ — অমনা মঙান্দা অদুগা অমনা অমম্বদা। লম্বেলশিং অসি অচুম্বমক অদুম ওইদুনতা লৈরবনি হায়না লৌবৈ। কনাগুম্বা

অমনা মঙালগী লম্বীদা চৎলগনা, মহাক অমুক হল্লক্কনবা চৎলি; অদুবু মহাক্না অমম্বদা চৎলগনা, মহাক অমুক হলরায়রকই (পোক্নরে) ।

২৭। চৎনব-লম্বী অনী অসি খঙলগা, হে পার্থ ( অর্জুন ), কাঙলম খঙবা যোগী কনাসু রাথল সেরাম্নদ্রে । মরম অসিনা, মতম পুম্নমক্তা, হে অর্জুন, মহাক যোগদা লৈত্তাবা ওইয়ু ।

২৮। মসিবু খঙলবদা, বেদ, যজ্ঞ, তপস্যা অমসুং দানগা মরী লৈননা খঙহল্লিবা লাইনীং-লীচৎ নাইবা থবকশিংগী মহৈ:শিং পুম্নমক হেন্দোক্লুনা যোগী অদুনা চৎলি, অদুগা মহাক্না ঐগী অথোইবা ইহান হানবা ওইরিবা ইরান-য়ায় অদুদা ( অতিংকোক মরু অদুদা ) য়ৌই ।





# রাজবিদ্যা-রাজগুহ্য যোগ

## ( অথোইবা বিজ্ঞান অমসুং অথোইবা পথুপ্লোন )

### ( খ্বাইদগী অথুপ্পা জ্ঞান )

## খ্বাইকবা ইবুংঙো

১। অতোপ্পগী মরালবু হুমা-হুমা থিদবা নঙোন্দা ঐনা, থেংনরকপদগী থন্তলকপগা ( সং-সংনা থন্তবগা ) কোক্লবা জ্ঞানমক ওইবা থুপ্লেন থুপ্পা অহংগী মরমদা হায়রগে । মসিবু খন্তলবদা, নহাক্না সংসারগী ( মী ওইনা হিংবগী ) অরা-অমাশিং অচুদগী কোকনি ।

২। মসিগী খন্তন-লৌশিং (জ্ঞান) অসি বিজ্ঞান পুন্নমক্কী জিংথৌনি, অথুপ্পা পুস্বদগী খ্বাইদগী হেন্না থুপ্লেবনি, খ্বাইদগী হেন্না কবা শেংইমবা ওইহনি ; অপাম্বনা খন্তবা য়াবনি, ধর্মগী অরৌবিনি, ওইরাইবা ( অভ্যাস তৌবা ) য়াম্না লায়না থোকপনি অমসুং মাঙবা নৈতবনি ।

৩। ধর্ম্ম (আত্মা-জ্ঞান) অসিদা ('ঐ' মশক খঙবা লাইনীং অসিদা) থাজবা নৈতবা মখোয়শিংহ্, হে পরন্তপ (হে য়েক্লবরু নৈহৎপা ভম্বা = অর্জ্জুন), ঐবু ফংবা ঙমদনা অমুক-পোক অমুক-শি তৌবা মীয়মেন সিংনাই-থনাইবা মালেম) তাবা লম্বেলদা অমুক হল্লকুনা লাকই।

৪। ঐগী কোঙদোক্লবা মওঙদা, তেংবানবা মপূং অসি ঐনা পূমসন সল্লিবনি। লেঙলি-পাল্লিবা পূম্বসি ঐঙোন্দা (তিন্দুনা) লৈ, অদুবু ঐদি মখোয়দা তিন্দুনা লৈতে।

৫। অদুগা অচুম্বমক্তি লেঙলি-পাল্লিবশিংসি ঐঙোন্দা তিন্দুনা লৈত্তে, য়েংউদো ঐগী লাইগী ওইবা অথুপ্পা অঙকপসি (যোগ-শক্তিসি)। ঐসে লেঙলি-পাল্লিবা পুম্নমক্কী হৌ-রককম্মি, ঐনা মখোয় পুম্নমকপু পুবনি অমম্বুং য়োকপনি, অদুবু ঐহাক্তি মখোয়দা (পকশিন্দুনা) লৈতে।

৬। লমগল্লবা নুংশিংনা, মফম খুদিঙ খোল্লা শিত্তুনা, অহাঙবা নোংথৌদা (আকাশতা) অদুম লেঙদুনা লৈব-গুম, অদ্মা ওইনা, অরৈবা পুম্বা ঐঙোন্নঙদা লৈ হায়না খঙউ।

৭। হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জ্জুন), লৈরিবা পুম্নমকসি কল্প অমা লোয়্নবদা (খুংশেম লোয়শিনবদা নত্রগা প্রলয়গী মতমদা) ঐগী প্রকৃতিদা চঙশিল্লি (খুপচিল্লি); মথঙ

কল্পদুগী অহৌবদা ( লৈশেম্বা মতমদা ) এৈনা মখোয়বু অমুক নৌহোৌবা শেমই ।

৮। ইশাগী প্রকৃতিবু ইশা পোনদা থম্লগা প্রকৃতি অহুগী খোঙ্গাউদা শাগবা ওমদুৱা, মশীং খিওমদুৱা লেগলিপাল্লিবা শঙ্-শঙ্ পুম্বসি এৈনা হম্না-হম্না পোকহল্লকই ।

৯। হে ধনঞ্জয় ( অর্জুন ), থবক পুম্বা অসিনা এৈবু পুনবা ওমদে। এৈদি খোশাদগুম কমহুনা লৈরগা , থবকশিং অহুদা পুকশিন্নদনা অহুম লৈ ।

১০। এৈগী শিন্থা মথা পোম্না গুণ অহুম উনবি মহোৌশা লাইরেম্বীনা অচৎপা অমস্থুং চত্তবা পুম্বা পোকহল্লকই; অমস্থুং মসিগী মরমনা, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন), তাইবংম্বাওনশিং অসি ওন-ওন্নুনা (অমুক শেম অমুক মাংহন) হম্না-হম্না চৎলি ।

১১। অপঙবশিংনা, পুম্মকসিগী অখোইবা মপু ওইবা লৈরিবা এৈগী অখোইবা ইহোৌশাবু খঙদহুনা, তাইবং-হকচাঙনা ফিজেংনরবা এৈবু খওইদে / নোক্কে ।

১২। মখোয়হুগী অনীংবশিং অয়েম্বা তারবনি, মখোয়হুগী থবক-ইনথাঙশিং অয়েম্বা তারবনি , মখোয়হুগী জ্ঞান অর্থ য়াওদ্রবনি অমস্থুং মখোয় অহুদি রাখল চেন্দবা ওইরে । মখোয়দি লাই - হিংচাবশিংগী লৌখীবা হৌনশাহুদা

মমাদি, অয়োকপাদি অমস্তুং পুরেদি; খুঙগদবা ব্লাং-থোক্লিবদুনি, শেংদোকপীবা ওয়খনি, 'ওঁ' (অউম) হায়বা খোংজোক অনুনি,' অদুগা ঋগ বেদ, সাম বেদ অমস্তুং যজুর্বেদসুমি।

১৮। ঐনা থবকশিংগী মহৈঃদি (লমথুংকপি), পুমমকপু শোগং-পীরিবদুনি, মপুনি, খুওহৌ-উহৌবা মীনি, (শাক্ষিনি), শাস্তিগী মন্থানয়ায়রি, চঙজফমনি, দুংশিথোইবা মকপি, হৌরককপি, লোইশিনকপি, পোথাকপি, লনগৈনি, অমস্তুং মাঙবা লৈত্রবা মক্কনি ।

১৯। মৈশা ঐনা পী, নোং ঐনা থিংই অমস্তুং তাহল্লি। অহিংবা (শিদবা) হায়বহ ঐহাক্কি অদুগা অশিবা হায়বা অদুসুনি; করি-কয়া অরৈবা হায়বদু ঐনি অদুগা লৈত্তবা হায়বদুসু ঐনি, হে অর্জুন !

২০। সোম মহী (রস) থক্লবা অমস্তুং লওজবা পাপ কোক-চয়বা বেদ অহুম খঙবশিংদুনা কথোকপগা (যজ্ঞ কয়া তৌবগা) লোয়নবা ঐবু লাচ্ছদুনা, স্বর্গ (লাইরৈপাক) ফঙনবা লম্বী নিজৈ। লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্রগী শেঙ-লবা লাইরৈপাক অদুদা মথোয়না য়োই অদুগা মফমদুদা মথোয়না লাইশিংনা কংলিবা লাইরয়েনগী নুংঙাইবদু কংদুনা নুংঙাই ।

২১। লাইরবমেনবী পাক-চাউবনা ময়দময়দা নুংঙাইবা লেপ্লবগা, মখোয়না মখোয়গী থবক্কী মনা-মথুম চারা লোয়রবদা পোকপা-শিবা লাইবা মালেমসিদা অমুক হন্নকই (পোক্লে)। বেদ অহুম্না হায়বত্ন মখোয়না ইল্লি, মখোয়না ঙাইহাক লৈরম্লগা চংখিবা নুংঙাইববু কন্না মিতাঙ্জে: অচুম্বমক হুজ্জিন-হজ্জিন পোক্ল-শিব তৌবভবু মখোয়না ফংই ।

২২। অহুবু, অতোপ্পবু খল্লদনা ঐখক্কবু লাংলিবা মখোয়শিং — মখোয়শিং অহুগা অহুম অমত্তা ওইশিন্নহনা, ঐনা মখোয়না লৈতববু ফংহল্লি অহুগা মখোয়গী হান্নবা লৈজববু ঙাক-শেনবী ।

২৩। অতৈ খোইয়ুম-লাইশিংবু থাজনা লাংলিবা মখোয়হৃফাওবা, মখোয়স্থ অওইবদি ঐতবু লাংপনি, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন), অপাম না ঐবু লাত্রগন্থ ।

২৪। ঐনা থাঙ্গেশেংনমক ঈরাং-থৌনী পুম্নগী মহৈ: অচাবনি অমস্নুং কংনফম মপুদুসুনি: অহুবু মখোয়না ঐবু অশেঙবা মওঙদা নীংথিনা থঙদে অহুগা মসিগী মন্নমনা, মখোয়না শিবা লাইবা তাইবংদা হল্লি ।

২৫। খোইয়ুম-লাইশিংবু লাংপা মখোয়হুনা খোইয়ুম কোন-দা চংলি; মপা-মপু লাংপা মখোয়হুনা মপা-মপু কোন-দা

(পিতৃলোক।) চৎলি, তীনম্‌-লাইম্‌ অমম্বুং শ্লারোই-ঙারোইশিং লাংপা মখোয়শুন্দা তীনম্‌-লাইম্‌ অমম্বুং শারোই-ঙারোইশিং কৈকনৱা চৎলি; ঐহাইগুদম্বুং ঐবু ল্লাংপা মখোয়শুনা ঐ তম্না লাকই ।

২৬ মীংশিবা অমম্বুং ভক্তিগা লোয়ননা কুক্লাগুম্না অমনা উনা অমথক্কবু, নক্রগা লৈরাং অমত্তংবু, নক্রগা হৈয়াং অমত্তংবু, নক্রগা লাইজ ঈরীক অমত্তং ফাওবুবু ঐহোন্দা কচ্চয়-বদি, খঙোয় শেঙবা মহাক্না থাজংননা অম্মুনা তন্নিবা চন্নবা খুদোল অসিবু ঐনা লৌই ।

২৭। নহাক্না হেক তৌরিবমথৈ, নহাক্না হেক চারিবমথৈ, নহাক্না যজ্ঞদা হেক কচ্চরিবমথৈ, নহাক্না দান-দা ঙম-জবা হেক পীথোক্লিবমথৈ অমম্বুং নহাক্না তৌরিবা তপস্যা হেক মথৈ — মহ, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন), ঐহোন্দা কংপগী মশক ওইনা তৌ ।

২৮। অম্মুম তৌরবদা, অফ-ফত্ত মহৈশিং পীরিবা কর্মগী (থবক্কী) অফা-অপুনশিংদগী নহাক নাম্ভোকনি। থবক্কী মহৈঃ থাদোকপগী যোগদা নপূক্নীং অহু লংপশিনগা অহু-গা থবক্কী খুয়োদগী নাম্ভোয়ক্কুনা, নহক্না ঐ তম্না লাকনি ।

২৯। ঐদি শরায়-পাজবা পুম্বগী মফমদা চপ মান্নবা চৎলি (মীচং-মীথায় নায়দে)। কক্কাকুম্ ঐহোন্দা হঙোইবা

মত্রগা চানবা ওইদে; অদুম ওইদুনসু ভক্তিগা লোয়ননা ঐবু লাংলিবা মখোয়শিং অদু ঐঙোন্দা (তিন্দুনা) লৈ অদুগা ঐসু মখোয়দা (তিন্দুনা) লৈ ।

৩০। খাইদগী হেন্না পাপ চেনবা মীনা থরায়-হকচাঙ রাওনা (অতম্না মীংবা ভক্তিগা লোয়ননা—অতোপ্পা অমবু মীংবা তৌদনা) ঐবু হেকমক লাচ্চরবদি, মহাক অদু চাংনমা করবনি হায়না লৌবা তাই; মরমদি মহাক রায়েপ চুম্না লেপগ্রে ।

৩১। মহাক্না (খাইদগী লঙ্গজ-চাউবা মীদুনা) থিন্দনা লীচং চুম্বনি (থম্মোয় শেঙলকনি) অদুগা তুং-কোইদুনা লৈবা অঙাংববু (শান্তিবু) ফংগনি, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন), ঐগী ভক্তদি লেম্না থক মাঙদে হায়বসি মীয়াম খঙনবা থৌনা ফনা লাওথোকউ ।

৩২। ঐঙোন্দা মরুম থুপচরবা মখোয় অদুগীদমক্তদি, হে পার্থ (অর্জুন), তোম্না পোকচরবসু — সুপীগী, বৈশ্যগী (ললোল-ইতিক তৌবা মীগী) অমসুং শূদ্রগী (শীন্নাগী) মপোক্তা পোকচরবসু — মখোয় পুম্নমক অথোইবা লমসুংফম য়োই ।

৩৩। মক্রুবা ব্রাহ্মণশিং অমসুং ঐবু সুংশিবা কখোক্লবা লাই-মীংবশিং (ভক্তি লৈবা ঋষিশিং)গীদি করি অমুক

ছায়রুগনি ? মরম অসিনা, অরাবগী তুংনফম ওইবা, ঙাইহাক্তী ওইবা অসিগুম্বা তাইবং অসিদা লাক্লগা, ঐগী ইফমদা শুংশি-থবক তৌদুনা লেল্লু ।

৩৪। মতম পূম্বদা নপূক্নীং অহ্ ঐগোন্দা চেৎশিল্লু । ঐবু নীংজবা মী (ভক্ত) ওইয়ো; ঐগোন্দা কখোকউ; ইফমদা নোল্লু ; অসুম্না নশাপূম্বা ঐগোন্দা মপূংফানা তিল্লগা অমসুং ঐবু নহাক্তী অখোইবা পল্লেপকম ওইনল্লগা, নহাক ঐগোন্দা শোয়দনা লাকনি ।



# ১০

## বিভূতি যোগ

( ঈশ্বরগী শীন-থুংবা মতৌ )

### য়াইফবা ইবুংঙো

১। হে পাম্বোম পাঙ্গল কবা অর্জ্জুন, ঐগী য়াবু তাবদা নুং-ঙাইজবা নঙগী নকমদা, নহাক্কী য়াইফবা ওইহন্নীংঙুনা ঐনা হায়গদৌরিবা ঐগী অখোইবা ৱাসি অমুকন্থ হন্না পূক্নীং চঙনা তাখো ।

২। খোইয়ুম-লাইশিংনস্থ নত্রগা লৌশিং-মঙাল চাউরবা লাইনীংবশিংনস্থ (মহর্ষিশিংনস্থ) ঐগী হৌরক-শাংলকফম অমত্তা খঙদে; মরমদি, য়েংউ-য়েংত্ত হীরম খুদিঙদা, ঐসে খোইয়ুম পুম্নমক্কী অমস্থুং মহর্ষিশিংগী হৌরকফম্নি ।

৩। শ্রৈসিবু মপোক লৈতবনি, অহৌবা লৈতবন্নি অমস্মুং ময়োল পুম্নমকী মপুরেলনি হায়না খঙলিবা মহাক, — মহাক্তো, অশিবা মচাশিংগী মরক্তা, তাইবং-পানবগী শুক্লংয়াইদগী (পঙথবদগী) নাম্মোক্লবনি, অমস্মুং পাপ পুন্যদগী মহাক পুমকোক কোক্লবনি।

৪। অখৌবা লৌশিং (বুদ্ধি), খঙন-লৌশিং (জ্ঞান), চিংনববু ঙম্বা (চিংনদবা) অমস্মুং সেরান্নবা থাজববু ঙম্বা (শুদ্ধত্রবা), খাঙবা কন্না ঙাকপীহৈবা, অচুম্বা (অওইবা ঙাঙবা), ইন্দ্রিয়শিং খূত্থম চনবা, পুক্নীং ঈংবা মতৌ, নুংঙাইবা অমস্মুং অৱাবা কয়া-কয়া, লৈবা (পোকপা) অমস্মুং লৈতবা (শিবা), কিবা অমস্মুং কিদবা,

৫। হিংচা-য়াইতমদবা (অহিংশা), পুক্নীং খল-মান্নবা (অপাম-পামদ লৈতবা), শেঙ্গোকপা নাইবা, লমচৎ-নুংচৎ হকপা (তপস্যা), পীনহৈবা (দান তৌবা), মিংচৎ-ফজবা (ঈকাই-খুম্নবা) অমস্মুং মিংচৎ-থীবা (ঈকাই খুম্নদবা) — মখোয় পুম্নমকসি থৱায়-পানবশিংগী তোঙান-তোঙানবা মঙ্ঙণশিংনি (মচৎ-মতৌশিংনি) অমস্মুং মখোয় পুম্নমক শ্রৈভোন্দগী চোংথোকখিবা ঙাক্তনি।

৬। নীংশিংবা ঙমদবা কুইরবা মতমগী মহর্ষি তরেৎ অদুগা মখোয়গী পু-থক্তা লৈরম্বা অতোপ্পা ঋষি মরি (কুমার মরি)

অম্না অমসুং মন্নু তরামন্নিহন্দু ঐঙোন্দগী. ঐম্না নীং-লক্পদা (ঐগী পুক্নীংদগী ·শ্রোক্লা) থোকখি; অদুগা মখোয়দগী থরায়-পানবা পুম্নমকশি তাইবংসিদা পোক-লকখি ।

৭। ঐগী ইতিক অহুকপা অমসুং ইচ্ছল অম্নাবনু ময়েক শেংনা খঙলবা মহাক অদু অচেংপা যোগগী মপাম্না ঐগা অমত্তা ওইশিন্নহল্লি; মসিগী মরমদা, চিংনমীংঙাই করিত্ত লৈতে ।

৮। ঐহি পুম্নমকী হৌরকফম মন্নি। ঐ লৈবদগী থুদিঙমক লেঙলি-পাল্লিবনি। মসি খঙহুনা, অশিংবশিংনা য়াম্না নুংশিনা নীংবা মতৌদা ঐবু লাংলি ।

৯। মখোয়গী বাখল ঐঙোন্দা থমই, মখোয়গী থরায় ঐঙোন্দা পুমকং-কথোকই, অদুগা মখোয় মশেল অমনা অমদা মঙাল পীনৈ; মতম পুম্নদা মখোয়না ঐগী ইতিক-ইগুণবু শক-শোল্লি; অদুগা মখোয়না পুক্নীংগী অঙৈংবা (শান্তি) অমসুং নুংঙাইবা ফংই ।

১০। ঐবু নুংশিবগা লোয়ননা লাত্তুনা মপুক্নীং অচু চেত্ত-নতা লৈয়বা মখোয়হুদা, (অক-কত্ত) খেন্নবা খন্দোকপা ঙম্বগী (বুদ্ধি) যোগ অদু ঐনা পী অমসুং মসিগী মতেঙনা মখোয়না ঐগী ইকমদা লাকই ।

১১। মখোয়বু নুংশিক্লবথক্তদগী, ঐনা মখোয় মখোয়গী

ধর্ম্মোয়নুঙদা লৈবি অদুগা খঙদবদগী পোকপা মখোয়গী অমসুং জ্ঞানগী অঙানবা থাউমৈ পাইরগা ঐনা তান-থোকপি ( ঙালহনবি )

## অর্জ্জুন

১২। ইবুংঙো নহাক্তি পূমথোই-থোইবা ব্রহ্মনি, পূমথোই-থোইবা লৈনফমনি (নত্রগা অথোইবা মঙালনি), খ্বাইদগী থোইনা শেংদোকপা ঙম্বীবনি, অহৌম অরোই-অথম লৈতনা লৈরবা অরেপ্পনি, লাইরৈপাক্কী চীংঙু মপুরেলদুনি, লাইশিংগী মরক্তগী হাল্লেন-হানবা ( পূমহান-হানবা ) লাইনি, পোকপা নাইদবনি, পূমথুং-খুংনা-শীন্দুনা লৈবনি ।

১৩। ঋষি অপূম্বনা অসুম্মা ইবুংঙোগী নগুণবু শক শোল্লি, দেবর্ষি ( খোইয়ুম-লাইনীংবা ) নারদনসুনি ; অদুগুম্মা অসিষ্ট, দেবলা, ব্যাসনসুনি; অদুগা হৌজিকসু ইবুংঙো-মক্না ঐঙোন্দা অসুম্মা তাকপীরি ।

১৪। হে কেশব (শ্রীকৃষ্ণ), চীংঙু নরাহে অপূম্বসি ঐনা থাজে, মরমদি, রা-শিং অসি অচুম্বগী রা শিংনি, অদুবু স্বর্গগী ( নোংদোনগী ) খোইযুম-লাইয়ামশিংনসু, অমদি গরকী ( খমুংগী ) হিংচাবশিংনসু, হে মপু ইবুংঙো, নহাক্কী

অশেঙবা নওঙ নতৌ ( নতিক-নগুণ ) অদুবু খঙবীদে ।

১৫। হে অথোইবা পুরুষ, খরায়-পানবশিংবু পোকপীবা (শেম্বীবা), লৈরিবা পুম্নমক্কী মপু, খোইয়ুম-লাইশিংগীদি লাই, মরোল পূম্বগী মপু, চান-নমক, ইবুংঙো নহাক নদোমখক্তনা নশাবু নরন্নাই খুংগী মঙম্না খঙৈজে ।

১৬। ইবুংঙোনা মরোল পুম্নমকসিদা শরা-শন্না ( শীন-থুংনা ) লৈঙমহল্লিবা ইবুংঙোগী লাইগী ওইবা নতিক-নগুণশিংগী মরমদা অখাকপা লৈতনা ইবুংঙোনা থাঙ্গৈশেংনমক তাকপীগদবা ওই ।

১৭। মতম খুদিঙ লাইনীং ওইদুনা অদুম লৈরগা ইবুংঙোবু করম্না ঐনা শক-খঙজগনি, হে যোগী ? করম করম্বা মওঙশিংনি নত্রগা পোৎশিংনি হায়না ঐনা ইবুংঙোবু খঙ্গনি, হে য়াইফবা ইবুংঙো ?

১৮। ইবুংঙো নহাক্কী তৌঙম্বা পাঙ্গল (শক্তি) অমস্তুং চীংঙু নতিক-নগুণগী মরমদা অমুক হন্না কুপথনা ( মপূংফানা ) ইফমদা হায়বীয়ু, হে জনার্দন (শ্রীকৃষ্ণ), মরমদি ইবুংঙো নহাক্কী অমৃতগুম খোইথুম্নরবা পুন্সীরোলগী (হিংনবগী মমল লৈবা ) রা-শিং অদু তাজবদা ঐহাক চোকথবা কৌবদা থক লৈজদ্রে ।

## য়াইফবা ইবুংঙো

১৯। য়াম্না ফরে ! হে কুরু শাগেগী অথোইবও ( অর্জুন ), হৌজিক, ঐগী চীংঙু ইতিক-ইগুণশিং অদু খঙনবা নকমদা হায়রগে, অদুবু মরু মরু ওইবা অদুখক্তগীনি (অদুতমক হায়রগে)। মখোয়গী মরমদা শন্দোক্লা শৈ-থাবদা লোইবা লৈতে।

২০। হে গুড়াকেস (হে মিংসেং থাঙ্ডম্বা — অর্জুন), থরায়-পানবা পুম্নমক্কী থম্মোয়মুঙদা য়ুম্লিঙহুনা লৈরিবা আত্মা অদু ঐনি। হিংহুনা লৈরিবা পুম্নমক্কী অহৌবা (আদি),ময়াই ( মধ্য ) অমস্যুং অরোইবা ( অন্ত ) হায়বদুসু ঐনি।

২১। আদিত্য তরানিথোইলক্তা ঐনা বিষ্ণুনি, অদুগা মঙাল-নাইবশিংগী মরক্তা ঐনা ইবুংঙলংবা ঙাল্লিবা কোয়ো-হনবা সুমিৎনি; মরুৎশিংগী মরক্তা ঐনা মরীচিনি; অদুগা থবাম্মিচাকশিংগী মরক্তা ঐনা থাজনি ।

২২। বেদ (মশিং)গী মনুঙদা ঐনা ঈশৈগী বেদ "সাম-বেদ"নি; খোইয়ুম-লাইয়াম্নক্তা ঐনা ইন্দ্রনি, ইন্দ্রিয়শিংগী মরক্তা

ঐনা পুক্নীংনি অদুগা থবায়-পানবশিংদনা ঐনা বুদ্ধি-লৌশিং হায়বগুনি ।

২৩। রুদ্র পুম্নমক্কী ( তরামাথোইগী ) মনুঙদা ঐনা শংকরনি (শিব-মহাদেবনি); যক্ষ অমসুং রাক্ষসশিংগী মরক্তা ঐনা লল-থুমগী মপুনি (কুবেরনি); বসুশিং (নীপান) মরক্তা ঐনা পাবকনি ( থাম্বী মৈনি ); অদুগা চীংজাওশিংগী (তরেৎ) মনুঙদা ঐনা মেরু-নি ।

২৪। রাজপুরোহিতশিংগী (নিংথৌ-অমাই-পীবাশিংগী) মরক্তা, হে পার্থ (অর্জুন), পুরোহিত মকোক ওইবা বৃহস্পতিনি হায়বা। ঐবু খঙউ; থোঙমী-লাম্নীগী লান্‌পাচিংবশিংগী মরক্তা ঐহাক স্কন্দ ( কার্তিকেয় ) হায়বদুনি ; অদুগা প্যাংশিংগী মরক্তা ঐহাক মহাসাগরনি (ঈরীপাক্লি) ।

২৫। অচৌবা লাইনীংবশিংগী ( মহর্ষিশিংগী ) মরক্তা, ঐহাক ভৃগুনি ; রাহৈশিংগী মনুঙদা, ঐহাক থোঙ্গে অমত্তনা শাবা 'ওম' ( 'অউম' ) হায়বদুনি; যজ্ঞশিংগী মনুঙদা, ঐহাক জপ যজ্ঞ (খোন খোক্তনা হন্না হন্না মন্ত্র থীবা) হায়বদুনি; অদুগা লেঙদবা প্যোংশিংগী মরক্তা, ঐহাক হিমালয় চীংশাংনি (মুজিংনি) ।

২৬। পাম্বেলক্তগী ঐনা খোঙনাং পাম্বীনি; খোইযুম-লাইনীং-বলক্তগী ( দেব - ঋষিলক্তগী ) ঐনা নারদ মুনিনি ;

গন্ধর্ববলক্তগী ঐনা চিত্ররথনি; অতুগা অঙাল কংহুনা মপূংফারবলক্তগী ( সিদ্ধ ফংলবলক্তগী ) ঐনা লাইনীংবা কপিল-নি ।

২৭। শগোলক্তগী (সমুদ্র নৈরদা) অমৃতদগী থোরকপা (পোকপা) উচ্চৈঃশ্রবা হায়বা শগোল অতুনি হায়না ঐবু খঙউ; শামুয়াইশালক্তগীদা ঐনা ঐরাবতনি; অতুগা মীয়ক্তনা, ঐনা মীগী নিংথৌনি ।

২৮। খুংগু-খুংলায়শিংগী মনুঙদা ঐনা নোংমৈশীংজঙনি; যন্ত্রীশিংগী মনুঙদা কামধেনু কৌবী (অঙকপা) রাংলিবমখৈ পীবী যন্ত্রীনু ঐনি; চাদা-নাউদাহনবশিংগী মনুঙদা ঐনা নুংশি-নুংওনগী লাইহুনি ( কামদেবনি ); অমসুং মহু-চেনবা লিনবলক্তগী ঐনা লিন-নিংথৌ বাসুকি-নি ।

২৯। মহু-চেন্দবা লিন (নাগ)শিংগী মরক্তা ঐ অনন্তনি; লাইজ-ঈরোমনুঙদা পোকপশিংগী মনুঙদা ঐনা ঈশিংগী লাইশিংগী লাইজ-নিংথৌ বরুণনি; নৈখিত্রবা ইপা-ইপু পোকপশিংগী মনুঙদা ঐ অর্যমানি; অতুগা চৈরাক পীহুনা নিয়ম-ঙাকপা নৈঙাকপশিংগী মনুঙদা ঐ থমুঙ ( অশিকগী ) নিংথৌ যম-নি ।

৩০। ঙিংচাবলক্তগী ঐনা ( ভক্ত ) প্রহ্লাদনি; চৈথাবলক্তগী ( মতমগী মশীং পাশিন্নবশিংগী মরক্তা ) ঐনা কাল

(=মত্তম) কৌবা লাইমি; শা-লক্তগী ঐনা শা-গী নিংথৌ নোংশামি; অদুগা উচেক্লক্তগীনা ঐনা লাইগী (বিষ্ণুগী) শাদোঙ ওইবা গরুড়-নি ।

৩১। অমোংপা শেংদোক-থোমদোকপা পোংলমশিংগী মরক্তা ঐনা মুংশিংনি; লাল্লোয়শিংগী মরক্তা ঐনা রাম-নি; ঙাশিংগী মনুংদা ঐনা অঙকপা যংলবা মকরনি (ঈশিং-কৈনি); অদুগা তুরেল পুম্নমক্কী মনুংদা ঐনা শেংলবা গঙ্গানি (ইংলিশতা "গ্যোনজেস" হায়না বানাণ তৌবা) ।

৩২। হে অর্জুন, লৈরিবা অপুম্বগী অহৌবা (পোক্লকপা), ময়ায় (হিংবা) অদুগা অরোইবস্তু (লোঙ্গাবস্তু) ঐনি । জ্ঞান পুম্নমক্কী মরক্তা, ঐনা আত্মা-জ্ঞাননি; অদুগা মরৈ-রেংপশিংগী মরক্তা ঐনা 'বাদ'নি (হায়বদি রারেপ চুম্বা তাবা য়াবা লম্বীশিংগী মরক্তা ঐনা অচুম্বদা তাবা লম্বীচুনি) ।

৩৩। লোলগী ময়েকশিংগী মনুংদা "অ" হায়বা ময়েক অসি ঐনি; (অমী মত্রগা অমীদগী হেন-বনা) পুনশিন্নবশিংগী মরক্তা চানবা পুঙবা হায়বদু ঐনি; চাননমক, ঐহাক মতমনি, থক লোই-থম্বা নাইত্রবা মতমনি অমস্তুং মায়কৈ পুম্বদা মায়-ওনবা (লোইনা উবা) লৈশেম্বা অদু ঐনি ।

৩৪। অদুগা পুম্নমকপু য়োংশিনবা অশিবা হায়বদু ঐনি, অদুগা

তুংদা লাক্কদবশিংগী লাককমন্থ ঐনি; অমস্তুং মুপী ওইবীগী লৈখোলশিংগী মরক্তা ঐনা অফ-মিংচংনি, য়াইফ-মরাঙ-কায়বা মতৌনি, নীংথিবা রাঙাঙ-শাঙাঙনি, নীংশিং-পাঙ্গলনি, পাইমা লৌশিংনি (বুদ্ধিনি), খাঙ-ঙম্বা অচেংপনি লমস্তুং খাঙহৈবা ঙাকপীবা (খাঙকনবা) হায়বদুনি ।

৩৫। বেদগী লাইশোল-ঈশৈশিংগী মরক্তা ঐনা বৃহৎসাম-নি; ছন্দশিংগী (শৈরেংশিংগী) মন্নুঙদা ঐনা গায়ত্রী (-মন্ত্র)নি; থা-শিংগী মরক্তা ঐনা মার্গশীর্ষঃ (হিয়াঙ্গৈ) কৌবা থা-নি; অদুগা ঋতুশিংগী মরক্তা ঐনা লৈরাং শাংপা ঋতুনি (য়েন্নীং-থা — বসন্ত হায়বদুনি) ।

৩৬। মীনম-শোম্বিবা মীশিংগী চোবর মশান্নদা মীনমচাবগী হৈ-শিংবদু ঐনি; চীং-লেম্বশিংগী চীং-লেম্বা অদু ঐনি, মায়পাকপা (জয়) হায়বদু ঐনি; (নোম্বা কনবা মীশিংগী) অনোম কনবা হায়বদু ঐনি; মী অফবশিংদাঃ চেন্নিবা অফবা মতৌদু (গুণদু) ঐনি ।

৩৭। বৃষ্ণি শাগৈরক্তগী ঐনা বাসুদেবনি; পাণ্ডুগী মচাশিংগী মন্নুঙদা ঐনা অর্জুন-নি, লাইনীংবশিংগী (মুনিশিংগী) মন্নুঙদা ঐনা ব্যাস-নি, অছৈবশিংগী মন্নুঙদা ঐনা অছৈবা (কবি) উশনানি (শুক্রাচার্য্যনি) ।

৩৮। বায়েন-চৈরাক পীবা মীশিংহুগী বায়েঙৈ অহ্ ঐনি; পজেং-ফিরাম খেংমীংবশিংগী হৈশিংব। থুংশিল অহ্ ঐনি; অথুপ্পশিংগী মধুডদা ভৃমিন-লৈবা (হায়দোক্পবা) হায়বহ্ ঐনি, অহুগী অথঙবা মীশিংগী অখঙবা (জ্ঞান) হায়বহ্ ঐনি ।

৩৯। অহুগনে, হে অর্জুন, লৈরিবা পুম্নমক্কী হৌরকফম মক্ষ হায়বা অাং মখৈহ্ ঐনি। অচংবা নত্রগা চঙবা পোং অমত্তনা ঐহাক্ক যাওদনা থক ওইবা ডমদবনি ।

৪০। ঐগী চীংঙু-ইত্তিক-ইয়ায়দি লোই-থম্বা নাইবা লৈত্তবনি, হে য়েক্কুবধু মাঙহনবা ভম্বা ( অর্জুন ) ! ঐনা নফমদা হায়প্রিবশিংসিদি ঐগী ডমখৈ নাইদবা ইত্তিক ইয়ায়গী মরমদা চুমুগী ঈচম-চম্না থজিক্কং কাঙথোকপা হায়ব-হুতনি ।

৪১। মত্তিক-মগুণ লৈরে-লৈরে হায়রিবা, ফজরে-ফজরে হায়রিবা অমম্বুং শক্তি চেন্নে-চেন্নে হায়রিবা হেক মখৈ ঐ ঈশামক্কী ইঙাল-ইশোং (তেজ) মরীক অমথক্কংদগী চোং-থোকলকপনি হায়বসি খঙউ ।

৪২। নত্রগা, অমৱোমদা, মহাক্লা মসিবু য়াম্না হেন্না পাক-চাউনা খঙউবগী তঙাই-কত্রবা দৱকার কৱিনো, হে অর্জুন? ঐমক্কী শক্তক মচেৎ-মকায় অমখক্তংনা তেং-বানবা (জগৎ) পুম্নমক্তু তেকপি-তাখিদনবা চাক্তুনা (পুম্নমক্তা) থম্মগা ঐনা শীন-থুংনা লৈবনি খঙউ।



# ১১

## বিশ্বরূপ দর্শন যোগ

(নুংশান তূবা শক্তোন কাঙবা)

### অর্জ্জুন

১। আত্মাগা মরী লৈনবা গুহ্যদগী অথোইবা অথুপ্পা অদু ঐবু চানবিদুনা ইবুংঙো নহাক্না ঐঙোন্দা তাকপীরে, অদুগা ইবুংঙোগী য়াম্বাশিং অদুনা ঐগী অমম্বা লৈং মথং কোকহনবীরে।

২। থরায়-পানবশিংগী পোকপা অমসুং শিবা, অদুগা ইবুংঙো নহাক্কী য়াঙ-তাকপা লৈরবা মতিক-মগুণগী মরমদসু, হে থম্বাল মিত্তা ঙাবা ইবুংঙো, নহাক্কী নকমদগী মরীক চম্না তাড়রে।

৩। হে চীংঙু — মপুরেলও, ইবুংঙো নহাক্না নদোম শক- তাকচবা অহু, অহুমক ওই, হে অথোইবা পুরুষ, পুম্নমক অসিগী ঈশ্বর ওইরগী ইবুংঙো, নহাক্কী নওঙ-নতৌ (শক) অহুবু ঐনা উজনীংই।

৪। হে প্রভু, শক্তম অহুবু-ঐনা য়েংজবা য়াগনি হায়না ইবুং- ঙোনা খনাবরবদি,. অহু ওইরবদি, হে যোগগী মপু (যো- গেশ্বর), ইবুংঙো নহাক্কী মাঙব-মাইত্রবা মিরেল-শক্তম অহুবু ইকমদা উৎপীয়ু।

## য়াইকবা ইবুংঙো

৫। হে পার্থ (অর্জুন), চাম-চাম্বা অমম্বুং লিশিং-লিশিংনা খুজিং ওইবা। তোঙালবা মথল — মথলশিংগী ওইবা, নোংলোনগী ওইবা (মীরম্নেরগী ওইদবা). অমম্বুং মশাঙ- লাকঙমত্রবা মওঙ — মরীম্নশিং অমম্বুং মচুশিংগী ওইবা ঐগী মথল — মথেল — য়াম্বা মওঙশিং অহু য়েংঙো।

৬। আদিত্য ভয়ানিথোই, বসু নিপাল, রুদ্র ভয়ামাথোই, আশ্বিনী অনী, অহুম মরুৎ শিকুমাপনশিংসু য়েংউ। মমাঙদা অমুক্তা উথিদ্রিবা অয়াম্বা অঙকপশিংবু য়েংঙো, হে ভরত (ভরত শাগৈদা পোকপা অর্জুন)!

৭। অচৎপা অমম্বুং চত্তবা লোয়ননমক্তা অমত্তদা ত্তিন্দুনা লৈ-
ননবা অপুনবা জগৎ অদু, অদুগা মহাক্তা উনীং-উনীংবা
অতৈনখৈস্ন হৌজিক ঐগী হকচাঙনুঙসিদা য়েংদুনা উয়ো,
হে গুড়াকেশ (হে তুমদবা ঙম্বা অর্জ্জুন)!

৮। অদুবু নহাক্তী তাইবং-মিৎশিং অদুনদি ঐবু উবা ঙম্মোই।
মঙোন্দা লাইগী ওইবা মিৎশিং পীগনি; (মখোয়না শাম্নে
ওইদুনা) ঐগী ঈশ্বরগী ওইবা যোগ-শক্তিবু য়েংউ।

## সঞ্জয়

৯। হে ইনিংথৌ (ধৃতরাষ্ট্র), অপুন হায়রগা, মতুঙ তাবদা,
যোগী মপুরেম্না (তাইবং থৌদোক-কুমহৈ শান্নরিবা
শ্রীকৃষ্ণনা) মহাক্তী থৃাইদগী অথোইবা চীংঙু-শক্তম্বু
পার্থগী (অর্জুনগী) মকমদা পুথোক্লুনা উৎখি।

১০। মশীঙ-লাকঙমত্রবা মায়থোঙশিংদা মশীঙ-থীঙমত্রবা মচীন-
শিং অমম্বুং মমিৎশিং পানবা, মশীঙ-লাকঙমত্রবা অঙকপা
শক্তমশিং য়াওরবা, মশীঙ-লাকঙমত্রবা লাইগী ওইবা
লীক-কোয়নচিংবা থোনবা, মশীঙ-লাকঙমত্রবা লাইগী
ওইবা থৃংশূ-খুৎলায়শিং থাজদুনা পায়রবা;

১১। লাইরৈপাক্তী নৈয়াং-পরেংশিং অমম্বুং ফিজোল থোরবা,
লাইরৈপাক্তী খুংশি-খুংশিরবা মনম কয়ানা চুরবা, পুয়নক

অঙকপগী মশক-ওইরবা, মদোম তম্বং-তরং ইঙান-ঙানবা, ঙমথৈ-লৈতবা, পুমসন-সনবা, অমস্তুং মায়কৈ পুম্নমক্তা মমায় ইওন-ওনবা অসিগুম্বা শক্তম অমা মহাক্রা উংখি।

১২। নুমিৎ লীশিং অমগী মঙাল্লা মতম অমত্তদা কোরৌদা ঙাল্লক্লবদি, অদুগুম্বা অপুনবা মঙাল অদু লৈরোল-নোংলোন তূ-বা শক্লোন লোতুনা লৈরিবা অথোইবা পুরুষ অদুগী অরংবা মঙালদুগদি মান্নবা য়াই।

১৩। মতম অদুদা, পাণ্ডবনা (অর্জুন-না) লাইশিংগীসু লাই অমুক ওইরবা ইবুংঙো মাগী সনা-হকচাঙ মনুঙদুদা, অমদা পুল্লপ লাংপুম ওইশিল্লবা, মখল-মথেল-য়াম্নবা সাখায়শিং য়াওবা অপুনবা জগৎ অদু উবা ঙমখি।

১৪। অদুগী মতুঙদা, লাইনি হায়না কিবা অমস্তুং ঙকপনা থুক্কত্তুনা, তু চপ-চপ য়ুংনা, ধনঞ্জয়না (অর্জ্জুন না) লু-কুক্কনা খুরুম্নখী অদুগা মখুৎ লোম্নদুনা পুমথোই থোইবা মপুদুদা চানবীনবা হায়জবা হৌরক্লখী।

## অর্জ্জুন

১৫। ইবুংঙোগী সনা-হকচাঙ মনুঙদা লাইশিং পুম্নমক উজরে, হে চীংঙু-ইবুংঙো, অদুগা ইবুংঙোগী খুংশেম ওইরবা

থরায়-পানবশিংগী তোঙান তোঙানবা কাঙলুপকী মপৈ-শিংশু উজরে। থম্বালগী তাঙবলদা (আসন্দা) ফমদেঙলিবা ব্রহ্মা কৌবা লাইবু অমসুং লাইরৈপাক্কী লাই-লীলশিং-বুসু ঐনা উৈজ'।

১৬। মশীঙ—লাকওমদ্রবা পাম্বোমশিং, পুকশিং, চীন্বানশিং (মায়শিং) অমসুং মিংশিং পাল্লহুনা ইবুংঙো নহাকপু ঐনা অকোয়বসিদা উৈজ. — য়েংখি-য়েংখি' মাযকৈদা 'সিনি হায়ওমদ্রবা শক্লোনশিং পুরগনা। কদায়রায়দনা ইবুংঙো নহাক্কী অহৌবনো মরাগা মরায়মো মরাগা অরোইবনো ঐনা লাকশিনবা ঙমদ্রে, হে জগৎকী মপু, লৈরোল—নোংলোন তৌবা শক্লোনবু ওইবও।

১৭। লূছপ উপ্তুনা, গদা খুৎওমছনা অমসুং চক্র (কোযরেল) পায়হনা, লংত্রিক-লংবা মঙালগী মপৈ (মৈবুন) অমগুম মকম খুদিঙ পূমঙাঙ-ঙাংনা মৈ ঈতুনা, মরেক শেংনা উবদা য়ায়া রা-না থোক্লা, অচাকপা মৈ অমসুং কুমিং-কুম্না মায়কৈ খুদিঙ চাকুনা অমসুং অসুম মওয়রে ওনওমদনা ইবুংঙো নহাকপু ঐনা উৈজ।

১৮। ইবুংঙো নহাক্কী খঙবদা মতিক চায়বা অথোইবা, মাঙবা লৈতবা মশক অহুনি। ইবুংঙোনা লেঙলি-পাল্লিবা পূম্ব-সিগী পোলোইগী পোথানফম্নি, ইবুংঙো নহাক্না 'অচুম্বনা

মায়পাকই' হায়বা পথাপ্ল, শিদনবা তাকপীহুনা লৈবিরিবা অয়েপ্পা অঙাকপনি। কুইরবা লিয়েন-লিয়বা সনাতন পুরুষ ( শিদবা মপু ) হায়বহ্ ইবুংঙো নহাক্না ওই। মসি ঐগী থাজবনি (মতনি)।

১৯। ইবুংঙো নহাকপু ঐ না উজে — অহৌবা, ময়াই অমসুং অরোইবা নাইদনা; ওমথৈ নাইদবা অতিক চেন্না, মশাঙ-লাকওমত্রবা পাম্বোম পান্নহুনা, নুমিৎ অমসুং থা-বু ইবুংঙো নহাক্কী মিৎশিং ওইনহুনা, মরৈ হা-হা কাম্বা অমদি ত্রং-ত্রং হৌবা মৈগুম্বা মায়থোঙ ( চীনবান ) পান্নহুনা, ইবুংঙো নহাক্কী নসোং-নঙালতনা অপুনবা জগৎ অসিবু মৈশা পীয়গা শাগৎহল্লহুনা ;

২০। মায়কৈ অপূম্বা অমদি কোয়ৌ ( স্বর্গ ) অমসুং মালেমগী (পৃথিবীগী) ময়ক্তা লৈবা অহাঙবা অতিয়া (ভরঙ) অসিবু খোন-না নদোমতনা শীন-থুংনা লৈবিরি। হে অতোঙ-অয়েন ওইবও, ইবুংঙো নহাকী ওক্লবা অমসুং কিয়বা শক্লোনসি য়েংবা মতমদা ঐনা উম্বিথদি ময়োল অহুম্মক কিবনা থক-থক নীক্লি।

২১। লাইশিংগী কাঙলুপ-কাঙলুপশিংসিমক ইবুংঙো নঙগী থমুঙদা চঙশিল্লি অহুগা মথোয়গী ময়ক্তগী খয় অমনা, কিহুনা, খুবাক লোন্নয়গা ইবুংঙো নাঙোন্দা লৈসি-লৈ-

থোক্নি। অচৌবা লাইনীংবশিং ( মহর্ষি ) অমদি মহৈং য়াল্লবশিংগী (সিদ্ধশিংগী) কাওবু-কাওবুশিংনা ইবুংঙোগী নঙ্কমদা লাকই অদুগা "য়াইফরসনু" হায়রদুনা মরীক-চয়া চঙখোল্লবা লাইশোল - ঈশৈশিং শক্লুনা ইবুংঙো নহাক্পু খাগদৈ।

২২। রুদ্রশিং ( তল্লামাখোই ), আদিত্যশিং ( তরানীখোই ), বসুশিং (নিপান), সাধ্যশিং, বিশ্ব-দেবশিং, অশ্বিনীকুমার মচীন-মনাউ অনী, মরুৎ- (নুংশিং) কৌবা লাইশিং (নিকুমাপন) অমসুং লৈখিদ্রবা পারোল-পুরোলশিং, গন্ধর্বশিং, যক্ষশিং, লাই-হিংচাবশিং অমসুং মালেমদা হিংলিঙৈদা মঙাল-ফংগ্রবা সিদ্ধশিং : মখোয় পুম্নমকসিনা ইবুংঙো নহাক্পু কি-চঙজবা অমসুং অঙকপগা লোয় — ননা য়েংলি।

২৩। হে পাম্বোম চাউরবা ইবুংঙো! পাম্বোমময়াম, মায় (চীরান) অমসুং মিং ময়াম, পুক ময়াম, কৈপল ময়াম অমসুং খোঙ ময়াম পানবা, অদুগা অকিবগী মশক ওইরিবা য়াম্না ময়াম্না থুকংলবা অসিগুম্বা অকিবা ফংলবা অমদি য়াংচাউনা শক্তি লৈরবা ইবুংঙো নহাক্কী শকপ্পু উরগা, মরোল পুম্নমক্কা লৈবশিংনা কিবনা থক - থক নীকই, অদুগা ঐসু নীক্লে।

২৪। হে পূমথুং-থুংবা বিষ্ণু! অশেংনবক, নোংদোল শক্পা নৈরিবা, মচু কয়ানা তিন্দুনা ইরঙ-লাওবা ঙাল্লিবা, য়া (চীন) লাওনা কাথংলিবা, মৈবুল থাববা অমসি লাওরবা মিংশিং গাল্লিবা ইবুংঙো নহাক্কী য়াম্না পাক-চাউরবা শারেল-শক্রম্ব, উবদা ঐগী থম্মোয় কিবনা বাক-য়েং, থক-থা, থক-থক নীক্লে ঃ ঐগী পাঙ্গল (শক্তি) লৈত্রে অদুগা ঐগী পাইমগী অইংবম্ব (শান্তিম্ব) মাঙখ্রে।

২৫। মপুগী খুংশেম্না লোম্বা নুমিত্তা পূম্নমকপু তুম-না চাক-থেক্লিবা মতম কৌবা লাইগী খোঙচংনা লোইবদা (মহা প্রলয়গী মতমদা) হৌওবা মৈগী মক্তোগুম্না ইবুংঙো নহাক্কী য়াম্না লাওনা কাথংলবা চীনবানশিং অমসুং অকিবা ফংলবা য়া-শিংদু ঐনা উত্ত্রে। কদাইদনো ঐবো? কদায়না ঐগী চঙক্ফমনো? ঐহাক মায়কৈ-সলায় খঙত্রে অদুগা পুক্নীং তপথবা ফংত্রে। ববাই ঐবু থৌ-জানবীয়ু. হে লাইশিংগী লাই ওইবও. হে মরোল্ পুম্বগী তুংনফম ওইবও।

২৬। ধৃত-রাষ্ট্রগী মচানিপাশিংবা মথোয়গী মীচঙদা লৈবা মালেমসিগী রিংথৌশিংগী কাঙবুশিং, — ভীষ্ম, দ্রোণ অমসুং কর্ণগা লোয়ননা, অদুগা ঐখোয়গী মথিং লৈবা লাম্মীশিংগসু লোয়নবা ——

২৭। কিনিঙাই ওইরবা ছুইয়াশিং পাল্লবা ইবুংঙো নহাক্কী অকিবগী মশক ওইরবা য়াম্নুঙদা মখোয়না গ্রং-গ্রং হোং-চিল্লি। খরা অমমা য়ায়কশিংদা পন্দুনা (নপ্তুনা) লৈহৌই, অহুগা মখোয়গী মকোকশিং অহুনা শিংনা-শানা কুপ্পা (তোইনা) শায়দংলে।

২৮। তুরেলশিংগী ঙংনা লাও-খোংলবা অকনবা ঈশিংগী তোরৈ মরামহুনা সমুদ্রগী ঈপাক তম্না কুখখিবগুম, এখোয়গী শিবা-নাইবা তাইবংপান অসিগী অথৌবশিংনসু ইবুং-ঙোগী মৈ ক্রি ক্রি হৌরবা য়াম্নুঙশিংদা হোংচল্লি।

২৯। অহুগা মৈ ইরং-লংনা ঙাল্লিবা মৈনুঙদা মৈরান-বিশিংমা মফমহুদা মৈতাম্না য়াথৈনবা হায়হুনা য়াঙনা সং-সং পাইশিনবগুম, মওঙ অহুমক্তদা মী পুম্নমকসিনা ইবুংঙো নহাক্কী খায়াংশিং অহুদা মশা-মশা শিজনবগী-দমক্তা খোঙলৈ থু-না হোংচিল্লি।

৩০। হে বিষ্ণু, মৈ ঙং ঙং হৌরবা ইবুংঙোগী চীনশিং অহুনা মায়কৈ অপুম্বগী মী লোয়নমকপু তশেংনমক য়োংশিনবা এনা উই। ইবুংঙোগী নত্তিক-নগুণমা জগৎ পুম্বসি পুমথন-থনগ্রে অহুগা ইবুংঙো নহাক্কী য়াক্লবা নসেকশিংনা লংখংলবা মঙালগা লোয়ননা জগৎ পুম্বসিবু চাকথেক্লি।

৩১। অসিগুম্বা অকিবগী শক্লোন লৌরিবা ইবুংঙো নহাকপু

কনানো হায়বহ্ ইকমদা চানবীহনা য়ারা চীনগোইবিয়ু ।
ঐনা থম্মোয়দা ইবুংঙো নহাকপু লাচ্চরি, হে অথোইবা
লাই; ঐবু খোজাদবীয়ু । লৈহৌ-নোংহোদগী লৈয়রুবা
ইবুংঙো নহাকপু খঙনীংবনা লাঙতক্লে, মরমদি ইবুংঙো
নহাক্কী অককৃবা থৌশিল-থৌরাঙ অসিবু করিনো
হায়বসি লৌশিনবা ঙমজদ্রে ।

## য়াইফবা ইবুংঙো

৬২। মরোল পূম্নবু থুগাইহনা মাঙহল্লিবা মতম হায়রিবহ্
ঐনি, অহ্নগা মীশিং অসিবু হাংকে হায়হনা মালেমসিদা
ঐনা লাকপনি । নহাক য়াওদ্রবকাওবদা-অমরোমদা
হায়রগা-মহাক্না লাল তৌহনা মী হাংদ্রফাওবদা, নহাক্না
মায়োক্লরিবা লান্মী পুম্নমকসি শোয়দনা শিগনি ।

৬৩। মরম অসিনা, হৌগংলো, মহাক্না মিংচৎ ফংহৌরো ।
নহাক্কী য়েক্লবশিংবু লাল ঙমহনা, রাজ্য-পাদবা (মুংঙাই-
মরাং-কাইবা) লৈবাক অমগী মপু ওইহনা নুংঙাইয়ু ।
মখোয়-মখোয়না তৌখিবা থবক্না (কর্ম্মনা) লেপ্লকপা
মরাইবকী মতুংইন্না, ঐনা মখোয়বু হান্না হাত্তোক্লনা
থমগ্রবনি, লাল অসিদা নহাক চুয়তগী খুংলায় ওইতমক

ওইয়ু, হে সবাস্কচিন (= ওইথংবা খুংনস্থ তের কাপ্পা ভস্বা অর্জ্জুন)।

৩৪। দ্রোণ, ভীষ্ম, জয়দ্রথ, কর্ণ অমস্তুং ল্যাজাওগ্নুপী অতৈ অত্তোপ্পা মুথৌনা লৈরবা লাল্লোয়শিং অসি ঐনা হায়না মথরায় লৌথোকখ্রবনি। মরম অসিনা, মখোয়বু হাংলু অমস্তুং কিক্রগনু। লাল তৌদ-তৌ, অহুপা নঙগী য়েক্লবশিংবু মহাক্কা শোয়দনা লাল ভমগনি।

## সঞ্জয়

৩৫। কেশবকী (শ্রীকৃষ্ণগী) য়ারাশিংসি তাজয়গা, কিরীটিনা (অর্জ্জুন-না) মশা তনীক তনীক্কা খূবাং-চাংজো লোয়-য়মই; অহুগা মচেং-মচেং ওইবা (লংকক-লংকক তৌবা) খোজেলগা লোয়মনা অমস্তুং পুক্লম-লৈপায়হুনা, মহাক্কা অয়ুকস্থ হন্না-হন্না শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা কি-না কি-না হঙ্গৎচরম্মী।

## অর্জ্জুন

৩৬। হে হৃষীকেশ (হে ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইবও—শ্রীকৃষ্ণ), ইবুংঙো নঙগী নতিক-নগুণবু থাঙ্গৎ-য়াংথংহনবদা

তাইবংপানবসিনা পুক্নীং মকা লামখংনা হয়াওজৈ অমস্তুং ইবুংঙো নঙোন্দা খোয়দানা হয়াও-কুমহৈনজৈ হায়বসি অচুম্বনি। হিংচাবশিংদি কিহ্না মকম-মরাঙ খঙদনা খোয়চেল চেল্লি; অদুবু সিদ্ধশিংগী (মপুংফাবব-শিংগী) কাঙলুপশিংনদি ইবুংঙোগী মাঙদা পুনেমজরি।

৩৭। অদুগা নৈশেস্বা লাই ব্রহ্মাদগীসু হেন্না চাউরবা অতোঙ-অরেম ওইবও, ইবুংঙোগী মাঙদা মখোয়না করিগী থম্মোয়দা ঈড়াংনা অমস্তুং মুংশিনা মকোক নোল্লোই-দগে? হে ওমথৈ লৈতবা ইবুংঙো, লাইশিংগী মপু ওইবও, তেংবানবগী চঙনফম-তুঙনফম ওইবও; ইবুংঙোদি অমাঙ-অতা লৈতবদুনি, ওইরিবা পুম্বসিনি, অদুগা ওইদ্রবা পুম্নমক্তুস্নুনি, অদুগা অরৈবা অমস্তুং লৈতবা অনীহুদগী হেন্দোক্লা ওইপ্রবা অদুনি (ঈশ্বরনি)।

৩৮। ইবুংঙোদি লাইশিংগী মরক্তা অহানবনি, লিয়েন-লিরবনি, থরায়-পানবশিংনা হেক লৈরকপদগী মখোয়দা য়াওরক্লবা আত্মাদুনি, পাক-চাউরবা তেংবানবা (জগৎ) অসিগী অথোইবা তুঙনফম্নি, অখঙবনি, খঙনগদবা অশেংবা "অমা" কৌবা লাইহুনি অমস্তুং অথোইবা পম্বুংনি। হে শক্তম ওমথৈ লাইদবও! তেংবানবা পুম্ব-সিদা ইবুংঙো নহাক্লা শীন-থুংরিরি।

৩৯। ইবুংঙো নহাক্না বায়ুনি (নুংশিংবি), যমরাজনি (অশিবগী লাইনি), অগ্নিনি (মৈনি), বরুণনি (ঈশিং - লাইনি), সশাঙ্কনি (থাজনি), প্রজাপতিনি (থরাম্-পানবশিংগী মবুংঙো—ব্রহ্মানি) অমসুং জগৎপু পোকপীবা ইবুধো পুরেম্নি। ইবুংঙো নহাকপু খূরুমজরি, লীশিংলক খূরুমজরি; হয়া-হয়া ইবুংঙো নহাকপু খূরুমজরি! নৈশাযজরি!

৪০। পূরুমজরি ইবুংঙোবু মাঙলোমদগী, পূরুমজরি ইবুংঙোবু তুঙলোমদগী অমসুং পূরুমজরি ইবুংঙোবু মায়কৈ শুম্বদগী, হে ইওইদ-ওইবও! নতিকপু ওনঙমদবা — তৌগেদা ননীং ওইবা ঈশ্বরনি নহাক্না। ইবুংঙোনা পুম্নমকসি শীন-থুংই, অমসুং মতৌ অসুম ইবুংঙোদি পুম্নমকী মশক্নি।

৪১। ইবুংঙো নহাক্না নতিক মগুণদি খঙ্উদনা ইতাওনি খল্লগা ইবুংঙোবু "হে কৃষ্ণ!" "হে যাদব!" "হে ইতাও!" হায়না তয়াং-তশোয়না নহালমখৈ ঐনা কৌলোয়নম্রে, অদুবু মসি ঐনা ঙাওনুনা নত্রগা নুংশিত্নুনা কৌজরুববনি।

৪২। নুংঙাই-কুমহৈগীদমক্তা শারমিন্নবদা নত্রগা হীপমিন্নবদা নত্রগা কপ্তিন্নবদা অমসুং চামিন্নবদা, করিগুম্বা নদোম নৈরিঙৈদা অমসুং করিগুম্বনা অতৈগী মমাঙদা কয়ারক

হন্না মওঙ অমা নত্রগা অমদা ইবুংঙোবু ঐনা থৌওই-উশীংতবা শাক্তং চত্নবা চোপহল্লবস্না য়াই; য়োনখিবা অহুগীদমক্তা তাইবংনা কজনা থঙঙমত্রবা ইবুংঙোনা ঐবু ঙাকপীনবা ঐনা নিজরি ।

৪৩। ইবুংঙোদি অচৎপা অমস্তুং চত্তবা পুম্নমক্কী মপানি । ইবুংঙোদি পুম্নমক্কী ঈড়াংনক্কম মকোক্রি অমস্তুং অথোই-বা গুরুনি। ইবুংঙোগা মান্নবা কমা'মা লৈতে। অহুনা ইবুংঙোদগী হেন্না চাউবা মরোল অহুমসিদা অতোপ্পা কনা অমা মুক কদাইদগী লৈরুরগদগে, মতিকপু থা-ঙনদবা হে মপুও ?

৪৪। মরম অসিনা, ঐনা নোংঙরি অহুগা ইবুংঙো নহাক্কী মাঙদা ইশা অসি শাংত্রাং-শাংনা তিংথোক্রুনা খুরুমজরি; অমস্তুং ইবুংঙো নহাক্কী থৌজাল নিজরি, হে ঈড়াংনীং-ঙাই ওইবা ইবুংঙো! মপানা মচাগী মফমদা, মরূপ্পা মাগী মরূপকী মফমদা অহুগা নুংশিবা মীনা মাগী নুংশি-বিগী (নুংশিবা অমগী) মফমদা থৌজালবিবগুম ইফমদা চানবিয়ু, হে ঈশ্বর !

৪৫। মমাঙদা থক উখিদ্রিবা অহু ঐনা ঙসি উজরে অমস্তুং ঐহাক থরাম্ন-নুংঙাইজরে অহুগা অত্তয়দি ওইরগা ঐগী থম্মোয়দি কিবনা লীক্রি। মরম অহুনা, নবাইবু কুবিয়ু,

হে মপুশিংগী (লাইশিংগী) মপু, ওইবা লাইনিংথৌও, তেংবানবা পূস্বগী ময়ুম-শঙলেন ওইবও: ইবুংঙো নহাক্কী হান্নগী নমু-তাইবংগী শকুম অহুবু অমুক উৎপীরো ।

৪৬। কোক্তা লুছুপ থোনবা, খুত্তা গদা খুৎশুনবা অমসুং কোয়রেল (চক্র) পায়বা (মোইবুং অমসুং থম্বাল পাযবা) ইবুংঙোগী হান্নগী শকুম অহুমক অমুক হন্না উজ-নীংঙে। ইবুংঙো নশামক্কী পাম্বোম মরি লোঙবা শক-তমহুমক ইকমদা অমুক উৎপীরো, হে পাম্বোম লীশিং পানবা অমসুং পুম্নমক্কী শক্লোন ওইবা ইবুংঙো নহাক-পো ।

# শ্রাইফবা ইবুংঙো

৪৭। হে অর্জুন, নহাক নত্তনা অতৈ কনানা মমাঙদা থক উখিত্রিবা মঙাল্লা শেম্বা পুম্নমক্কী ওইবা, মপান-মাইত্রবা অমসুং পুম্নমক থোনবা মৈহৌরোলগী ওইবা শকুম অসিবু ঐগী থৌজাল অমসুং ঙক্লবা ইঙম্না নঙোন্দা উখোক্লবনি ।

৪৮। বেদ নৈনবনা অমসুং ঈভাৎ-থৌনিশিং তৌবনা নত্রগা দান তৌরনা, মত্রগা অকনবা তপস্যা তৌবনা ঐবু অসিগুম্বা

শক্লোন অসিদা নহাক নত্তবা অঁতে কনাবশু মীওইবগী লৈবাক্তা উবা ঙম্মোই। হে কুরু শাগেগী পাথোও (অর্জুন)।

৪৯। নহাক ঐগী অকিবগী মশক ওইরবা শক্লোন অসি উরগা অকিবা অমত্তা লৈত্রসন্নু, অমসুং পী-কোক চাওদবা ওই-রসন্নু। হৌজিক অকিবা লৈতনা অমসুং অমুক পূক্নীং-মকা-লায়া ঐগী হায়রগী শকক্ম অসি অমুক হন্না য়েংলো।

## সঞ্জয়

৫০। অমুক্তা অর্জুনগী মতকদা বাসুদেবনা (শ্রীকৃষ্ণনা) শাওমেনবিখি, অদুগা মশাগীক্তা অর্জুনদা অমুক হন্না মহাকপোক্কী মীওইবগী শক্লোন অদু উৎখি। পুরমকী ঈশ্বরনা (শ্রীকৃষ্ণনা), মাগী ঈংবা-ফজবা শকক্ম অমুক হল্লিরগা, কিহুনা লৈরবা অর্জুনগী অকিবসু লোকহনখি।

## অর্জ্জুন

৫১। হে জনার্দন (ভক্তশিংগী অপাবসু মাঙহনবীবা শ্রীকৃষ্ণ), তাইবং মীওইবগীগা অমা ওইবা ইবুংঙো মহাক্কী মেওলবা

শককম অসিবু উজবগা, ঐহাক হৌজিক্তি উনবী পুক্লীং ঈংলে অমস্নুং ইশাগী হান্নগী য়ওঙহন্দা অমুক হল্লিজরে।

## য়াইফুবা ইরুংঙো

৫২। পাক-পাক য়েংবা য়াদবা ঐগী শকফম অসিবু হৌজিক্তি নহাক্না নমায়-ইমায় ওনশিন্নহন্না উপ্রেদোঃ মরমদি কো-য়োদা লৈবা লাইয়াম ফাওবনা শকুম অসিবু উজনীংহনবা তত্তনা খোয়াংনা লৈরিবনি।

৫৩। বেদশিংবু পুক্লীং লপ্না নৈনকুবথক্না, মত্রগা লঙজবা কোকুবা চুন্নগী মশাবু শাখীনা য়াহজবথক্না (চুন্নগী তপস্যা কন্না তৌবথক্না), নত্রগা লাইরবশিংদা দান লক্না তৌবনা নত্রগা ঈড়াং-থৌনি (যজ্ঞ) কন্না তৌবনা ঐবু মঙলা অমুক তরাই-তরাইনা উখিবা ঙম্মা ঐবু হেক উবা ঙম্মোই।

৫৪। অহুবু পুক্লীং অনী লোঙদবা ভক্তিগী পাম্বৈতনা, হে অর্জ্জুন, ঐবু অসুম্না লৌখুন চুম্না খঙবা ঙমগনি অমস্নুং সং-সংনা (সাক্ষাৎ ওইনা) উবা ঙমগনি। মতৌ অসুম্না তৌরবদদা ঐবু খঙবা ঙম্ববী অথুপ্পশিংহ্মদা চপ-চানা চঙবা ঙমগনি।

৫৫। হে পাণ্ডুগী মচা (অর্জুন), ঐগী পেন্নবা থবক তৌরিবা
মী, ঐবু অথোইবা পন্থুং ওইনা লৌরিবা মী, ঐঙোন্দা
পুন্নমক কখোক্লবা মী, সংসারগী অপাম-মিহৌঃবু থাদ্রবা
মী অমসুং হিংনরিবা থব্রায়-পানবা পুম্নমক্কী মফমদা
তাথী তাওইনদরবা মী — ... মী মহাক অহনা
ঐবু লেপ্পনমক ফংই ।



# ১২

## ভক্তি-যোগ

(থৱায়-য়াওনা নীংজ-চওজবগী যোগ)

### অর্জুন

১। ইবুংঙো নহাকপু পুন্নমক্তা শীন-খুংনা লৈবিরিবা ঈশ্বরনি হায়না ৱাখলদা অন্নম থৌমা পুক্নীং অমত্তা ওইনা লৈরিবা ভক্তশিংহনে; অদুগা অমরোমদা অমুক অমাঙ-অতা নাইদবা, শক-ফোঙদোক্তববু (ব্রহ্মবু) নীংজরিবা মখোয়শিংহনে — মখোয় কাঙবু অনীসিগী মরক্তা, করম্বা কাঙবুগী মীওইশিংনা খাইদগী হেন্না যোগ খঙ-বশিং ওইগনি ?

# য়াইফবা ইবুংঙো

২। ঐঙোন্দা মপুক্কীং লোঙদবনখৈ চেংনা থিংজিন্নরবা অমস্তুং অতেং-অথম নাইদনা নুংশিনা ঐবু ঈঙাচ্চরবা অদুগা ঐঙোন্দা তযৌবা শাজবা লৈজরবা মখোযশিং অদুবু, ঐ-ঙোন্দাথোকপদি, খ্বাইমক্তগী এপুং-ফারবা যোগীনি হায়না লৌই ।

৩। অদুবু অমাঙ-অতা লৈতবা, অস্তুম-মওইরে-হায়বা-ওম-দবা, ফোঙদোক্তবা, মফম-পুম্না-শীনথুংনা লৈবা, ন্নাখলনা লাম্না-ফংদবা, হোংদবা, মচী-লেঙদবা অমস্তুং ওইরিবা যাদুগা অমা অদুম ওইদুনতা লৈরবা (অরেপ্পা) অদুগী ন্নাখলদা লুপ্তুনা লৈরবা মখোযশিং অদু —

৪। অদুবু ইন্দ্রিযপুম্নবু মপুংফানা ফাজিল্লগা অমস্তুং মতমলৈবা খিবিক্তা পুক্কীংবু যীভম পুম্নমক্তা তেম্নগা, অদুগা থরায-পানবা পুম্নমক্কী যাইফবা থবক্তা মশাবু শীজিন্নরগা, মখোযনা ঐন্না তশেংনমক যংজৈ ।

৫। অদুবু, হেন্নমুক চাউবদি "ফোঙদোক্তবা" অদুদা মপুক্কীং থম্মীবা মখোযশিং অদুগী অৱাবদুনি, মরমদি ফোঙদোক-তবা (মশক নাইদবা) ওইবা পস্তুং অদুদি হকচাঙ —

নাইবশিংগীদমক্তদি য়োবদা য়ায়া অরাবা ওই।

৬। তৌইগুম্বম্বং মখোয়-মখোয়গী থবক পুম্নমকপু ঐগী ইফমদা পূংকং কখোক্তুনা অমস্তং ঐবু অখোইবা লম-থুংফম ওইনা লৌদুনা, ঐগীদমক্তা পুক্নীং লোঙদবা যোগগা লোয়ননা অতং—অথম নাইদমখৈ খল্লগা ঐতবু লাংলিবা মখোয়শিং অদুগী মফমদা,

৭। ঐঙোন্দা মপুক্নীং লূপশিনখ্রবা মখোয়শিংদুগী মফমদা, হে পার্থ (অর্জুন), অশিবগা য়াওনবা তাইবং-সংসারগী ঈপাক্তুদগী থিম্বব। তৌদনা লানবীবা হিরোয়দু চাননমক ঐনা ওই।

৮। নপুক্নীং অদু ঐঙোন্দা চেংনা থম্মো, অদুগা নবুদ্ধি পূম্বা ঐবু খনবদা শীজিন্নো। ’সিগী মতুঙদদি নহাক ঐঙোন্দতা নয়ুম ওইদুনা (তিন্দুনা) লৈরগনি হায়বসিদা চিংনলীংঙাই করিশু লৈতে।

৯। অদুম ওইমনক, নহাক্না নপুক্নীং অদু ঐঙোন্দা লেঙদনা থম্বা ঙমদ্রবদি, মতম অদুদা, হে ধনঞ্জয় (অর্জুন), ভক্তি-যোগ শান্নদুনা ঐবু ফংনবা থিউ।

১০। ভক্তি-যোগগী পথাপ-পরীঙশিংবু (নিয়মশিংবু) নহাক্না ঙাকপফাওবা (অভ্যাস তৌবা ফাওবা) ঙমদ্রবদি, ঐগী-দমক্তা তৌগে হায়না নীংবা থবকশিংদা পুক্নীং চঙউ,

অদুগা নহাক্না শোয়দনমক মপূংফাবা থাক অহুদা লাক্কনি ।

১১। মসি ফাওবদা নহাক্না তৌবা ঙমদ্রবদি, অদুদগীদি ঐ-ঙোন্দা খাজঙননা চঙজদুনা, নহাক্না তৌবা থবক পূম্নমক্কী মহৈঃশিংদু লৌরোই হায়না ঐঙোন্দা কখোকউ অদুগা পূক্নীং ফাজননবা হোংনৌ ।

১২। হোংনবা ঙম্নবা লাক্কবসিদগী তশেংনা হেন্না ফব্বিবদি জ্ঞাননি, অদুগা অদুমওইনমক, জ্ঞানদগী হেন্না ফবদি হীরী-কোনবনি (ধ্যান তৌবনি); অদুগা হীরী-কোম্বদগী হেন্নমুক ফবদি মশান্না তৌবা থবক্কী মহৈঃবু থাদোকপনি, মরমদি মস্মুম্না থাদোকপসিনা কনাগুম্বা অমনা পূক্নীংগী অঙৈংবা (শান্তি) ফংই ।

১৩। থরায়-পানবা অমত্তবু তুক্কচদবা, পূম্নমক্কী মফমদা মরূপ-কী লীচং চংপা অমস্তুং নুংশিবিবা; "ঐহাক" মত্রগা "ঐহাক্কী" হায়বা রাখল লৈতবা, অদুগা নাপলগী রাখলস্তু লৈতবা, অরাবা অমস্তুং নুংঙাইবা অনীমক্তা অদুগী অদু মঙায়বা (থোং-মান্নবা), ঙাকপীহৈবা মীশক অদু;

১৪। পেন্দুনতা লৈবা, যোগী অমা ওইবা, মশাবু খুদুম চঞ্জবা, মরা-চেংনা খাজবা লৈবা, মপূক্নীং অমস্তুং মবুদ্ধিবু ঐগী ইফমদা কখোক্লবা মহাক — ঐগী অসিগুম্বা ভক্ত অমা ওইবা মহাক অদু ঐঙোন্দা চান না থোকই ।

১৫। মপুক্কীংগী অঙ্গংববু অতোপ্পনা থুগাইহনা খোয়রাং — খোয়শাউহনবা ঙমদবা, অদুগা মাগা মায়য়োক্লবদা অতোপ্পা মীওইশিংনা অঙ্গংবা ফংজবা; অদুগা হরাওবা, খাঙ্ঙমদবা, কল্লকপা, অকিবা অমস্তুং খোয়রাঙবা পোক্লবা মহাক্কু — মহাকস্তু ঐগীদি অচানবনি।

১৬। অদু অদা ওইগনি অমস্তুং মাল-চাং ফংগনি হায়বা কান্ন-দবা আশাবু থারবা, পূক্কীং অমস্তুং হকচাঙ শেংনা লৈরবা, হৈশিংবা অমস্তুং কন্নি তৌগদগে হায়বা পোরম খঙবা, কিগন্দবা, মীচঙ-মীখায় নাইদবা ( কন্নিগীস্তু — কন্নিগীস্তু রাক্লদবা ), অরা-অনাবুস্তু অরা-অনানি হন্দবা, ঈশ্বরগীদমক্তা থবক তৌবা অদুগা মহাক মশাগীদমক্তদি থবক তৌদবা মহাক অদু — ঐগী অদুগুম্বা ভক্ত অমা ওইবা মহাক অদু ঐঙোন্দা চাঙ্গে।

১৭। নুংঙাইবদা হরাও-মথোই কাগন্দবা অদুগা কল্লক-য়েংথী-বস্তু লৈতবা তেংথাবস্তু তৌদবা অদুগা পোৎচেনচিংবগীদ-মকস্তু অপাম-মিকাক্লদবা, অমস্তুং অফ-ফত্তু পূম্নবু পূংথা-থারবা অদুগুম্বা খাজংনরবা ( ভক্তি চেন্নবা ) মহাক অদু ঐঙোন্দা চাঙ্গে।

১৮। মহাক্কী য়েক্লবশিং অমস্তুং মরূপশিংগী মফমদা পূক্কীং — ঈহুল মান্নবা অমস্তুং অসুম্না লেম্না অমস্তুং চোপ-পাদস্তু

চপ মান্নবা; অঙ্গৈং-অশা অনীমক্তা অদুগা অৱা-নুংঙাই অনীমক্তা চপ-মান্নবা, অপাম-মিহৌগী ফানয়াই-পুন্নয়াইনা পুল্লঙ্গদগী নাঙ্খোক্লবা মহাক অহ্;

১৯ মঙোন্দা মি-চৎ-ফজবা অমস্তুং মিংচৎ-থীবা অনীমক চপ-মান্নবা, তুমিন্না লৈবা (ৱারেম ঙাংদবা), মহাক্কী অৱৈবা অহুতদা নুংঙাইজবা, য়ুম-লিংদবা (মালেমসিদা মহাক্কী অৱেপ্পা য়ুম লৈতবা—লৈরু-লৈরুবা মফমহুদা পেঙ্খোকপা), মপূক্কীং লেপ্লবা অমস্তুং ভক্তি মপুংফানা লৈরবা মহাক— মীশক অহু ঐগী ঙোন্দা চান্-না থোকই।

২০। অহুবু থাজবগা লোয়ননা, ঐবু মখোয়গী অখোইবা লম-থুংফম ওইনা লৌরগা, মথক্তা শন্দোক্লা তাকপ্রবা অমৱ ওইরবা ধর্ম্ম=শিদ-লীচংসিবু (অচুম্বা কৌবা লাইগী ৱাফমশিংবু) ইল্লিবা মখোয়শিংহু, — অহুগুম্বা ভক্তশিং অহু ঐগী ঙোন্দদি খম-থংনা নুংশি-চান্ন-না থোকই।



# ১৩

## ক্ষেত্র-ক্ষেত্রজ্ঞ বিভাগ যোগ

( প্রকৃতি অমসুং আত্মা অনীগী খেন্নবা উবা ওম্বা )

### অর্জ্জুন

হে কেশব ( শ্রীকৃষ্ণ ), প্রকৃতি ( মহৌশা ) অমসুং পুরুষ ( আত্মা ), ক্ষেত্র ( লৌবুক ) অমসুং ক্ষেত্রজ্ঞ (লৌবুকপু খঙইবা), অদুগা জ্ঞান অমসুং জ্ঞান ওইনবাই (খঙনাং-ঙাই) ওইবা অদুগী মরমদা ঐনা খঙজনীংই ।

( শ্লোক অসি লাইরিক খরদদি ফংদে । মসি য়াওরবদি, গীতাগী অপূনবা ছৈথা (শ্লোক) মশীঙ অসি '৭০১' শুরগনি ) ।

### য়াইফবা ইবুংঙো

১ । হকচাঙ অসিবু, হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জুন), লৌবুক ( ক্ষেত্র ) হায়না কৌই, অদুগা মসিবু মশক খঙইবা

কনাগুম্বা অমবু লৌবুক মশক খঙবা মী (ক্ষেত্রজ্ঞ) হায়না কৌই ।

২ । লৌবুক ( হকচাঙ ) পুম্নমক্তা লৌবুক ( হকচাঙ ) মশক অখঙবা হায়বহ্ন এদি হায়বসি খঙউ, হে ভরত নিংথৌগী শাগৈদা পোকপা ( অর্জুন )! লৌবুকনে অমস্তুং মহুবু খঙইবা মহাক অহুনে অনীসিবু খঙবগী জ্ঞান অহুবু অশেঙবা জ্ঞাননি হায়না ঐনা লৌই ।

৩ । লৌবুক হায়বহ্ন করিনো অমস্তুং মহ্ন কমদৌই, মহুগী অহোংবশিংহ্নবা করি-করিনো অমস্তুং মখোয় খুদিঙ কদায় কদায়দগী লাকই অহুগা মহুবু খঙইবহ্নস্তু কনানো অমস্তুং মাগী মতিক-ময়ায় করি করিনো হায়বসিস্তু ঐঙোন্দগী শম্নপ্না তাবো ।

৪ । লাইনীংবশিংনা (ঋষিশিংনা) মসিবু মখল মখা অয়াম্বা মওঙদা, তোপ্পা বেদগী লাইশোল ঈশৈশিংগী তোঙান-তোঙানবা মখলশিংদা অমদি ব্রহ্মবু মশক তাকপা অমস্তুং ব্রহ্ম য়ৌনবা রাপু চাবা অমস্তুং খঙহনবা ঙম্বা রাইহৈশিংদস্তু শক-শোনখ্রে ( তাক্লম্লে ) ।

৫ । পোংলম মঙা (লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ অমদি অহাঙবা = অতিয়া), নাপল, থম্নুং-লৌশিং (বুদ্ধি), অহুগা ফোঙ-দোক্তবমখৈস্তু, ইন্দ্রিয় তরা অমস্তুং পুক্নীং, ইন্দ্রিয়শিংগী

মচাক মঙা (হায়বদিঃ - থোঞ্জেল, শোকপা, মশক নত্রগা মচু, মহাও অমস্তুং মনম);

৬। অপাম্বা, হঙ্গোইবা, মু'ঙাইবা, অরাবা, হকচাঙগা কয়াং-শিংগী অপুনবা মওঙ, অথোবা লৌশিং, অরা-অনাবু থোনাফনা মায়য়োক-য়াঙম্বা: মসি শম্নপ্না হায়রবদা মহৈ মহৈ ঈথীল কাঙনরকপা থবক ইনথাঙশিংগী লৌফম্নি।

৭। নোল্লুকপা, চাউথোক্তবা, অতোপ্পবু অরাবা নংহন্দবা (অহিংসা), পূকচেল তিংবা, লাইনীং তাকপীবা লাইনীং-হল (গুরু গী থোগল পৃক্লীং চঙনা তৌবা. মুং-পান শেং-বা, পূক্লীং লৈতাবা. মদোম রারকচনুনা নিংথিনা লৈবা;

৮। ইন্দ্রিয়শিংগী মচাকশিংবু থরোই-রারোইদবা, অদুগা "এ" মঙায়রে হায়বা অরানবা রাখলস্তু লৈতবা পোকপা, শিবা, অহল ওইবা, অনা-অয়েক, অমস্তুং অরা-অনঙশিং-দা লৈরিবা ফত্তববু (দোষবু) উবা ঙম্বা;

৯। পকশিল — মপশিল্লুবগী য়োংহল্লিংদগী মাম্হোক্লবা, ইচু, ইচা, য়ুম-কৈনচিংবগী লাংদা থুম্রবা, অদুগা অপাম্না অমস্তুং পাম্নদবা পোং যংবগী মতাংদা পূক্লীং চোয়-চাং মান্নচুনতা লৈবা;

১০। অদুগা ঐবু পূক্লীং কজোই-কমাঙ খক তৌদবা মনুংশিংগা লোয়ননা পূক্লীং হঞ্জানদনা মীংবা, অচিকপা (অশেঙবা)

মফমশিংদা হৈনবা, চুম্নগী মীয়ামতিনবদা য়াওনীংদবা;

১১। আত্মা জ্ঞান্দা তত্তনা (থরায় চেৎশিন্না) ফিব্রেপ ওইব্রিবা, অচুম্বা মশক খঙবগী পন্থুংবু ( মহৈংবু ) লাকশিন্দুনা উঙম্বা — মসি পুম্নমকপু জ্ঞান হায়বত্নি হায়না ময়ামদা লাওথোক্লি, অদুগা মসি নত্তবমথৈদি অপাঙবা (অজ্ঞান) হায়বত্নি ।

১২। খঙফম থোকইবা পোংশক্তু ঐ হৌজিক হায়গে। মী অমনা মসিবু খঙলবা মতমদদি মহাক্না অশি - লমদগী হেন্দোক্নুনা চংলি । মত্নদি অহৌবা লৈতবা অমস্তুং ফোংদোকপা মরম্না লৈ হায়বস্থু য়াদে অদুগা ফোং - দোক্তবা মরম্না লৈতে হায়বস্থু য়াদে হায়নরিবা অথোইবা ব্রহ্মত্নি ।

১৩। মফম খুদিঙদা মাগী মখাঙ - মখুৎশিং ইরৈত্তা লৈ, মফম মফম খুদিঙ মাগী মমিৎশিং, মকোকশিং অমস্তুং মচীনশিং ইরৈত্তা লৈঃ মফম খুদিঙ মাগী মনাকোঙ ইরৈত্তা লৈ । মতৌ অস্থুম্না পুম্নমকপু পুমথন-থন্দুনা মহাক্না মরোলশিং অসিদা লৈ ।

১৪। মহাক্তি ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী গুণশিংত্নু ( মচৎ-মতৌশিংত্নু ) চেনবগুম ত্তৌই অদুগা ইন্দ্রিয়শিং পানবমক্তি পান্দে । মহাক কৃরি অমত্তগা হকচন্না শোক্ন-শম্নদে অত্নবু পুম্নমকপু

পুৰদি পুম্বি, মাবু প্রকৃতিগী গুণশিংনা শোকপা ঙমদনা, অহুমকপু মখোয়শিংবুদি খেংনরিবা ওইহনা,

১৫। মহাক পূম্নমক্কী মপান্দা লৈ অমসুং মহাক পূম্নংক্কী মনুঙদা লৈ। মহাক লেঙলবসু-লেঙনা লেঙদে। কূপ— মনখিবনা মাবু খঙবা ঙমদে। মহাক্তি নকসু নক্কা য়াম্না লাপই।

১৬। মহাক্তি পূম্নমক্কা অমত্তা ওইনা লৈবা মশক্তি (মচেং- তাদবনি), তৌইগুম্বসুং মহাকসি য়াম্না যাম্বগুম উই (লৈরিবা খিবিক্কা মহাক অসি মচেং মচেং য়েন্থোকপগুম উই)। ত্তাইবং নোংসা পানবা পুম্ববু পালহনবিরি হাযনা মহাকপু খঙনগনিঃ মখোয়বু মহাক্কা য়োংশিল্লি (ম ঙ- হল্লি) অহুগা নৌহৌন্না মখোয়বু অমুক শেমই।

১৭। ঙাল্লিবা পূম্বগী মঙালহু মহাক্কি। মহাক অমম্বগী ঈরাং- মদা লৈবনি, জ্ঞান হায়বহু মহাক্কি, খঙগে তাল্লিবা পোংশকম্ব মহাক্কি, অহুগা জ্ঞানগী পম্বুংসু মহাক্কি। মহাক্তি লোইনমক্কী থম্মোয়নুংদা ফমদেংবিরিবনি।

১৮। লৌবুক (হকচাঙ) হায়বসি কম্নিবুনো, জ্ঞান হায়বহুনা কম্নিবুনো অহুগা খঙগদবনা (খঙনক্কাই ওইবমা) কম্নিবু- নো হায়বহু ঐম্না নফমদা শম্নপ্না হায়খ্রে। মসিবু খঙলগা,

ঐগী ইদাইরেমদো (ভক্তদো) ঐগী লৈকোন্দা শাংলবদা মত্তিক চাবা ওই ।

১৯। মহৌশা (প্রকৃতি) অমসুং আত্মা (পুরুষ) অনীমক অহৌবা নাইদে, অদুগা ভাইহাক ভাইহাকী ওইবা মওঙশিং (হোংলিবা শকওনশিং) অমসুং গুণশিংসিদি প্রকৃতিদগী পোকপনি হায়বসি খঙজল্লু ।

২০। হকচাঙ অমসুং হকচাঙ কয়াংশিংগী হৌরকফমগী হীরমদদি, মহৌশানা মরম ওই হায়নৈ অদুগা নুংঙাইবা অমসুং অৱাবগী মহৈঃ চাবগী মতাংদনা জীবাত্মানা মরম ওই হায়নৈ ।

২১। জীবাত্মানা (তাইবং-থরায়না) মহৌশা লাইরেম্বীগী নাওয়োমনুংদা লৈবনা, মরম অদুনা, মহৌশা-দগী পোক্রকপা গুণশিংবু মসিনা হাকথেংনৈ । গুণশিংসিগা শমরুবসিনা জীবাত্মানা অফবা অমসুং ফত্তবা নাওয়োম-নুংদা চঙহুনা মব্ধ হুল্লনবগী মরম ওই ।

২২। তৌইগুম্বসুং হকচাঙনুংদা লৈরিবা অথোইবা পুরুষ (পরমাত্মা) অহবু পুম্নমক উবিরিবা সাক্ষীনি, লোইনা য়াবিরিবা মশক্তি, পুম্নমক্কী ভাকৌ ওইবিরিবা মশক্তি, পুম্নমক থেংনবিরিবা মশক্তি, মপুরেলগী মশক্তি অমসুং য়াইহীরেলনি (পরমাত্মানি) হায়নসু খঙনৈ ।

২৩। জীবাত্মা (পুরুষ) অমস্তুং মহৌশাবু (প্রকৃতিবু) মখোয়গী মগুণশিংগা ঈরোয়ননা অস্তুম্না খঙইবা মহাক অদুনা কৈনো-কৈনো ফীভম হেক মথৈদা লৈদুনস্তু অমুক হন্না সংসার (তাইবং) অসিদা পোক্লরোই ।

২৪। কনাগুম্বা খরনা নুংগী মিংকী পাম্বৈনা ( ধ্যান তৌদুনা ) মশানা মশাদা য়াইবীরেল শিদববু য়েংজৈ, অতোপ্পা মীশিংনা জ্ঞান-যোগগী ( সাংখ্য-যোগগী ) পাম্বৈনা অদুগা মীওই খর অমনস্তু য়াইফ-থবক্কী যোগ ( নিস্কাম কর্ম্ম যোগ) তৌদুনা য়েংজৈ ।

২৫। অদুমকপু অস্তুম্না খঙদবা অতৈশিং লৈরি, তৌইগুম্স্তুং মখোয়না অতোপ্পা অখঙ-অহৈশিংদগী মনাকোঙনা তায় অদুগা ঈজাংলি, অদুগা মখোয়স্তু মখোয়না তাজরিবা অদুদা পুক্নীং লুপ্পনা মরম ওইদুনা পোকপা-শিবগী সংসার ঈপাক অসিদগী লাম্থোকচৈ ।

২৬। পোক্লকপা হেক মথৈ, অচংপবু ওইরবস্তু নত্রগা চত্তববু ওইরবস্তু, হে ভরত শাগৈগী অথোইবা (অর্জুন), ক্ষেত্র (মহৌশা লাইরেম্বী)গা ক্ষেত্রবজ্ঞগা ( আত্মাগা ) অনীসি ঙিন্নবদগী থোরকপনি হায়বসি খঙজল্লু ।

২৭। থরায়-পানবা পুম্বদা, মখোয়না তাক-তুমগ্রবা ফাওবদা থক তাক-তুমদনা চপ মান্নবা লৈরিবা পুম্নমক্কী মপু অদুবু

উৱিবা কনাগুম্বা মহাক অদু, — মহাক, তশেংনমক, অচুম্ববু উৱবনি ।

২৮। অদুগা কনাগুম্বা মীওই অমনা মহাক মশামক্তা লৈরিবা লাই ( ঈশ্বর ) অদুগা অচংবা চত্তবা পুম্নমক্তা লৈরি-বদুগা মশা অমত্তনি (অজ্ঞানি) হায়বা খঙলবা মতমদা, অতোপ্পবু শোকহল - পলহন্দুনা মহাক্তা মশাগকপু শোক-হল-পলহন্দে ( অতোপ্পবু শোকহল-পলহল্লবা হায়বসি মশাবু শোক-পলহনবনি ): অদুদগীদি মহাক থাঙ্গৈশেং-নমক অথোইবা পম্হুং তম্না চংলি ।

২৯। থবক-ইনথাঙ অপূম্বসি মহৌশা লাইরেম্বীনা মদোম পাঙথোকচখিবনি অদুগা অচঙবা (আত্মা) অদুদি থবক তৌদে হায়বসি খঙবা উম্নবা কনাগুম্বা মীদো — মহাক অদু চাননমক অচুম্বা উৱবনি ।

৩০। লেঙলি-পাল্লিবশিংগী য়ামথ্রবা মওঙ-মতৌ অসি অপূনবা অমা হায়বদুদা হেন্দোক্লনা লৈবনি অদুগা মদুমক্তদগী মখল-মথেলগী তাইবংপান অসি শন্দোৱকই হায়বাস কনাগুম্বা অমনা খঙলবা মতম অদুদগীদি মহাক ব্রহ্মগা অমত্তা ওইনা তিন্নরৈ ।

৩১। য়াইবীরেন শিদবা ( অমাঙ-অতা-লৈতবা অথোইবা আত্মা) হায়বা অসিদি অহৌবা নাইদবনা অমস্তুং গুণশিং

লৈতবমা, হে কুন্তীগী মচাজিপা ( অর্জ্জুন ), মসিদি হকচাঙনুঙদা লৈরবস্তু, মসিনা থবক-ইনথাঙ তোবস্নু তৌদে অহুগা মসিবু মকস্নু মকহন্দে ।

৩২। কোম্নথুং-থুংনা লৈম্নিবা তরঙ অহাঙবা ( অতিয়া ) অসি মাপী থূপ্না কূপ্নবা মতৌনা মম্নম ওইহনা ( করিগুম্বা পোং অমগা তিন্নবদা ) মক্ত-চুদবগুম, অহুগুম্মদনা হকচাঙ মনুঙদা কোয়থুং-থুংনা লৈম্নিবা আত্মা অহুস্নু মক্তে-চুদে !

৩৩। নুমিং অমখক্তংনা তাইবং-পানবা অপূম্নবু ঙালহলবগুম, মতৌ অস্নুম্না হকচাঙগী (লৌবুকী) মপুনা (য়াইবীরেন্না) হকচাঙ (লৌবুক) পুম্নবু ঙালহল্লি, হে ভরত-চা (অর্জ্জুন) !

৩৪। মতৌ অস্নুম্না জ্ঞানগী মিংনা য়েংহনা লৌবুকা (হকচাঙগা) অমস্নুং মহুবু খঙইবা মপুগা অনীগী খেন্নবসিবু খঙলিবা অহুগা মহৌশাগী ( প্রকৃতিগী ) অফা-অপুন্দগী থরায়-পানবশিংনা অরান-খুভম ফংনবা পাম্বৈবুস্নু খঙলিবা মখোয়শিং অহু — মখোয় অথোইবদুগী মকাদা য়ৌই ।



# ১৪

## গুণ ত্রয়বিভাগ যোগ

(গুণ মথল অহুম খায়দোক্পা)

### য়াইফবা ইবুংঙো

১। জ্ঞান পুম্নদগী ইহেন-হেনবা, পুমথোই-থোইবা জ্ঞানহুগী মরমদা ঐ অমুক হন্না হায়গে: মুনিবু খঙলবা লাইনীং-বশিংনা মহ খঙথিবদগীদি মপুং-পুংফা-ফাবা হায়বহু চিংঙ্গে ।

২। জ্ঞান অসিদা চঙজরগা, মথোয় ঐগা চপ-মান্নবা মতৌ ফংলে: তাইবং শেম্বা মতমদা মথোয়বু অমুক পোকহন্দ্রে অহুগা প্রলয়গী মতমদসু মথোয়বু ওংলুদ্রে ।

৩। মহৌশাসে ( প্রকৃতিসে ) ঐগী মরূ ( বীর্য্য ) হুনকৃম্মি। ঐগী প্রকৃতিগী পাক-চাউরবা শমু — মহাকচাওদা পোক-লকদবশিংগী মরূ ঐনা হুল্লি; অদুগা অদুদগী অচং-চত্তশিংগী পোকপা হায়বদু ওইখ্রকই, হে ভরত-চা (অর্জুন)!

৪। হেক ওইরক-ওইরকইবা শক্তমশিং অসি নাওপুকম (অঙাং-খাউ) হায়না লৈরিবা জাং পুম্বদগী খোরকপনি, হে কুন্তী-গী মচানিপা (অর্জুন)! ঐগী মহৌশা লাইরৈমদি (প্রকৃ-তিদি) মখোয়গী মমানি (নাওপুকম্মি). অদুগা ঐনা মরূ হুল্লিবা পা-হুনি ( মপাহুনি ) খঙউ।

৫। হে পাম্বোম-পাঙ্গল-চাউবা ( অর্জ্জুন ), সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ হায়বা মহৌশাদগী পোকপা গুণ অহুমসিনা শিবা নাইদবা থরায়-পোম্বীবু (জীবাত্মাবু) হকচাঙ-পোম্নুঙদা ফাজিন্দুনা থমই।

৬। গুণ অহুমসিগী মনুঙদগী মী-লাইগী লৈখোল ওইবা সত্ত্বগুণ অসিনা মকুবা ওইবা মরম্না মঙাল পী অমসুং মমল-কানা হিংবগী মশক্তি। মসিনা, পাপ পাকুবা হে অর্জুন, জীবাত্মাবু মালেমগী নুংঙাইবগা শম্নহন্দুনা অমসুং হকুবা জ্ঞানগা পকশিন্নহন্দুনা সংসারসিদা পুল্লি।

৭। রজঃগুণদি, খোৱাংবা অমসুং ক্‌ংনবা হোৎনবদু ক্‌ংলবদা থাদোক্লীংদহুনা পকশিন্দুনা লৈবগী হোৎভম ওইবা

পূক্নীং-ঈখিলগী লৈখোলহুনি হায়না খঙউ। হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জ্জুন). মসিনা পোংশক নাইনা মহৈ: য়ানগদবা থবক-ইনখাঙশিংগা পকশিন্নহন্দুনা হকচাঙনা ফিজেৎনহুনা লৈরিবা অহুবু (জীবাত্মাবু) চেংনা পুন্দুনা থমই।

৮। হে ভরত শাগৈদা পোকপা অর্জুন, মী-শাগী লৈখোলসিদি (তমঃ গুণসিদি) অপঙবা হায়বহুদগী পোকপনি অহুগা হকচাঙ নাইহুনা লৈরিবা থরায়-পানবা পূম্নমকপু পাঙথহন্দুনা থমই হায়বসি খঙউ। (তৌফম থোকপা থবক তৌবদা) থৌওই-রাওইহন্দনা, তন্দে-মান্দেহন্দুনা অমসুং তুম্মিংহন্দুনা মসিনা জীবাত্মাবু পুন্দুনা থমই।

৯। তমঃ গুণনা, জ্ঞানবু মমশিহন্দুনা, তৌগদবা থবক্তা থৌ-রা শাদনা লৈবদা ইনশিল্লগা, সত্ত্বগুণনা কনাগুম্বা-কনাগুম্বী অমবু নুংঙাইবদা, অহুগা রজঃ গুণনা মহৈ: লৈবা থবক-ইনখাঙশিংদা ইনশিল্লি. হে ভরত শাগৈদা পোকপা (অর্জ্জুন)।

১০। হে ভরত-চা (অর্জুন), করিগুম্বদা সত্ত্বগুণনা রজঃ অমসুং তমঃ গুণবু নমথরগা থোইগংলকই, করিগুম্বা মতমদনা রজঃ গুণনা সত্ত্ব অমসুং তমঃ গুণবু লাকশিল্লগা কাখংলি, অহুগা করিগুম্বদনা অমুক তমঃগুণনা সত্ত্ব অমসুং রজঃ গুণবু নক্কংলগা হেনগংলকই। মতৌ অসুম্না

গুণ অহুমসি অমনা অমদগী থোইগংপা তান্নবা অমা ইরে লৈ ।

১১। হকচাঙ অসিগী থোঙ (ইন্দ্রিয়) খুদিঙ ফাওহনা জ্ঞানগী মঙালনা ঙাল্লবা মতমদা, অদুদগীদি, সত্ত্ব গুণনা য়াম্না হেনগংলে হায়বসি কনাগুম্বা অমনা খঙগদবনি ।

১২। কারাম্বা, থৌ-চিন্না শু-নোম্বা, থবক-থৌরম কয়া পায়-খৎপা, পূক্নীং-হকচাঙ পোত্থাবা লৈতবা, মিকাবা — পূম্নমক অসি, হে ভরত-চা লন্তগী অথোইবা (অর্জ্জুন), রজঃগুণনা মরায় কাঙখৎলকপা মতমদা ওইরকই ।

১৩। খঙন-লৌশিংগী মঙাল তাদ্রবা অমম্বা, থবক অমত্তা মায়পুনদবা, থৌওই-রাওইদবা, সেবাৎনবা (গুন্মত্তুনা লৈবা) মতৌ — মথোয়শিং অসি, হে কুরু শাগেগী হরাওবীংঙাইও (অর্জ্জুন), তমঃ গুণনা হেনগৎনা লৈরকপা মতমদা মথোয় কারকই ।

১৪। সত্ত্ব গুণনা রাংলিঙৈদা হকচাঙনা ফিজেৎনহুনা লৈরিবা তাইবং-থরায়না ( জীবাত্মানা ) তাইবং-হকচাঙ থাদোক-লবদি, অদুদগীদি, তাইবং-থরায় অদুনা খাইমক্তগী মরাঙলবা অদুবু নীংথিনা খঙলবা মহৰ্ষিশিংগী মক্তবা পোইরৈশিং (লোকশিং) তান্না চংলি ।

১৫। রজঃ গুণগী কীংমদা লৈরিবৈঙেদা মী অমনা পুক্নী চেংজেল লোম্লবদি, মহাক থবক তৌবগী মহৈঃ-চানীংবশিংগী মরক্তা অমুক পোক্লৈ; অদুগা তমঃ গুণনা মথোয় কা-রিবৈঙেদা মহাক্তা খঙ্গং-সরা তাম্লবদি, মহাক রাখল থনবা ঙমদবশিংগী ( শা-ঙাগী ) গর্ভদা চঙদুনা মপোক অমুক তাম্লৈ।

১৬। অফবা থবক্কী মহৈঃদি শেংই অমস্তুং সত্ত্ব গুণদগী পোক-পনি হায়বসি স্বুং-ছুজিন্না উবা ঙম্বা অশিংবশিংনা হায়নৈ। তৌইগুম্বস্তুং রজঃ গুণনা মরম ওইদুনা তৌরুবা থবক্কী মহৈঃদি অরাবগী মশক্নি; অদুগা তমঃ গুণনা মরম ওই-দুনা তৌরুবা থবক্কী মহৈঃদি অপঙবা মপান থোকপনি।

১৭। সত্ত্ব গুণদগী অশেংবা জ্ঞান পোকই, রজঃ গুণদগী কা-রাঙ্গা ( মিহৌবা ) পোকই, তমঃ গুণদগীনা থরেক্লবা, তৌফম খঙদনা শুক্নঙ্ঙুনা লৈবা ( সেরাম্লবা ) অমস্তুং অপঙবা ( খঙদবা ) হায়বহ পোকই।

১৮ সত্ত্ব গুণ চেনবশিংনা নোংথক্লোমদা (স্বর্গরোমদা) কাখং-লি, রজঃ গুণ-চেনবশিংনা মৈয়ামমেন্দা ( মীরমেন্দা — মালেমসিদা ) অস্তুম লৈ; তমঃ গুণ-চেনবশিংনা লৈরোম্নুঙদা লুপথখি ( নরক তাই )।

১৯। থবক পূম্নমক্তা শিন্থোং ওইরিবসি মহৌশাগী (প্রকৃতিগী) গুণশিং অসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা অমা লৈতে হায়না অয়েংবনা উরবা অদুগা মহৌশাগী গুণশিংসগী রাংমদা লৈত্রবা শিনবু (পরমেশ্বর) অদুবু খঙলবা মতমদা মহাক ঐগী ইহৌশাদা তিল্লি ।

২০। হকচাঙ-ফিজেৎনরবা জীবাত্মানা হকচাঙগী হৌরকফম ওইরিবা গুণ অহুমসিদগী লাম্থোকপা ঙম্লবা মতমদদি — পোকপা, শিবা, অহল-ওইরকপা অমস্থং মথোয়সিদগী পোকপা অরাবশিংদুদগী রাই-শংই অদুগা হিংনা হিংনা পুন্সীসিদা অমৃত (অরান-খূভমগী নুংঙাইবা) ফংবা ঙমগনি।

## অর্জ্জুন

২১। পূম্নমক্কী মপু ওইবা হে ইবুংঙো, গুণ অহুমদুদগী হেন-দোকত্রবা কনাগুম্বহ্ কররম্বা খূদম-চাংদমশিংনা খঙনগনি? মানা চৎপা মরমচৎনা কররিনো অমস্থং গুণ অহুম অদুবু মহাক্কা মতৌ কররম্না হেন্দোক্লা চৎপগে?

## য়াইফবা ইবুংঙো

২২। হে পাণ্ডুগী মচা (অর্জ্জুন), সত্বগী মঙালবু (জ্ঞানবু), রজঃগী থবক-হাঙদববু অমস্থং তমঃগী পঙথববু (শুমৎপবু);

মখোয়না মকা-ফোংলক-ফোংলকপা মতমদা য়েংথীরকপা অমস্তুং মখোয়শিংসিনা লাপথোকপ্রবা মতমদস্তু মখোয়বু পাম্লক্রবা মহাক;

২৩। কর্রি অমত্তা নাচুংদনা ফম্মগা লৈথোকপা মীশক অমগুম, গুণ অহুম অসিনা লেঙহন্দ্রবা ( লাঙতক্লহন্দ্রবা ) মহাক অদু; গুণশিংনত্তা থবক তৌজবনি খন্দুনা নিঙাইদনা মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈরবা অমস্তুং শোয়দমক স্তুক-লেঙমক হেক লেঙদ্রবা মহাক অদু ;

২৪। অরা-অনা অমস্তুং নুংঙাইবা অনীমকপু চপ মান্ননা লৌরবা, মহাক মশামক্কী নুং-গী ওইবা মওঙ অতৃদা অতুম লৈরবা; লৈতুম, নুঙছুম অমস্তুং সনা-মতুম্ম মমল চপ মান্ননা লৌরিবা ; থোঙ্গীদাবা অমস্তুং থোঙ্গীদাদবা অনীগী মরক্তা চপ-মান্ননা লৈরিবা; পুক্নীং-লৈতানা লৈ-রিবা অমস্তুং থীন-ঙাঙবা অমস্তুং থাগৎপা মাগী মফমদা চপ-মান্নরবা মহাক অদু ;

২৫। লেম্বা অমস্তুং চোপ্পদা চপ মান্নবা ফীভমদা লৈবা, য়েক্লবা নত্রগা মরূপ্পু মান্ননা নুংশিবা ওইবা, ওইজবা থিবা থবক পুম্বনু থারবা — অসিগুম্বা মীশক অমবু গুণ অহুম অতুদগী হেন্দোকপ্রবনি হায়নৈ ।

২৬। অহুগা হোংত্রবা মপূংফাবা ভক্তি যোগগা লোয়নবা ঐবু পেম্নবা থৌগল্লিবা মহাক অহুম, মহাক, গুণ অহুম অসিদগী হেনগংগ্রহুনা, অম্মুয়া ব্রহ্মগী থাক্তা লাকই।

২৭। মরমদি ঐ অসি শিবা নাইদবা অমস্তুং হোংবা লৈতবা (মাঙ-তাকপা লৈতবা), মতম পুম্নমক্তা লৈহুনতা অহুম লৈরিবা, অহুম লৈহোরগদবা ধর্ম্ম অমস্তুং অথোইবা অমমুক লৈত্রবা অয়ৌবী নুংঙাইবগী (য়াইফবগী) মশক ওইরিবা ব্রহ্মগী তুঙনফমনি।



# ১৫

## পুরুষোত্তম যোগ
( সংসার উপাল )

## য়াইফবা ইবুংঙো

১। মরু-মরানা থক্তা নোংঙাদোন্দা ওনখৎনা লৈবা অমস্তুং মশা-মরেঙনা খা-দা থংবা, অদুগা বেদশিংনা মাগী মনাশিং ওইবা, মাঙবা-মুংপা ( কংবা ) নাইদবা অদুগুম্বা খোংনাংবটি পাম্মী অম হৌরি হায়রি। উপাল অসিবু খঙবা কনাগুম্বহুদি বেদ খঙলবা মীনি।

২। প্রকৃতিগী গুণশিংনা য়োক্লুনা (থাক্লুনা) পামেল অসিগী মশা-মরেঙনা খারোমদা অমস্তুং থক্লোমদস্তু ফন্দোকই। উনাশিংগী অনৌবা ময়োলশিং ( নানৌশিং ) অদুনা ইন্দ্রিয়শিং অদুগী মচাকশিংনি। খা-দা লাপ্পা হাইথ-বক্লুনা, অফ-ফত্ত থবকশিংনা মরম ওইদুনা মসিগী উরা-শিংনা মীরয়েন্দা শল্লি।

৩। উপাল অসিগী অশেঙবা শক্তমহু মালেমসিদা উঙম্লোই ।
মসিনা কদায়দা লোম্বগে, কদায়রাইদগী হৌরকপগে নল্লগা মফম কদায়রাইদা মসিগী পামেল উরেপফম ওইবনো হায়বহু কনা অমত্তনা খঙবা ঙম্মদে। মীয়ম্নেনগী মতৌবু হকচিন্না পামশিন্দবগী থৌরবা শীঙজঙ অহুনা মরা চেংনা তাগ্রবা পাম্বী অসিবু ককথংলগা — ;

৪। মতুং তাবদা, অমুক হল্লক্লয়োইদবা অহুগুম্বা মীশিং অহুনা চংনখিফম লম্বী অহু কনাগুম্বনা শোয়দনা থিগদবনি । অসিগুম্বা মীশক অসিনা হায়বা ঙমই : "অহৌবদা মঙোন্দগী লৈশেম্বগী পরিঙ লাংসং হুল্লকখিবা খ্বাইদগী হালেন হানবা মীশক মশামক ওইরিবা অহুদা ঐ চঙ-জবা চংলে ।"

৫। মশাদা নাপল অমস্তুং শুক্কংপা লৈতনা, তুং-কোইদবা প্সোংশকশিংদা খোঙ্গদাক্রবগী চৈথেংবু (দোষবু) হেক লানঙমহুনা, আত্মা-জ্ঞান্দা লংপা লৈতনা লৈহুনা, লন্নাই অপাম্বশিংবু থাদোকখিহুনা, অরাবা অমস্তুং নুংঙাইবা হায়না খঙনবা অনী-অনী অসিদগী লাম্থোক্কুনা, পাঙথগ্র-বশিংহুনা অমাঙ-অতা লৈত্রবা পন্থুংফমবু য়ৌই !

৬। মফমহু কোয়ৌ নুমিৎনস্থু ঙান্দে, থাজ-নস্থু মঙাল পীদে, থাম্বী-মৈরাস্থু থান্দে, মরমদি ঐগী ইতিক-ইয়াইগী

মঙাল মফমহৃদা তাই। পম্থুংক্ষম অহুবু য়োঁম্ববা মখোয়দু অমুক পোক্লক্লে।

৭। ইশামক্কী য়েলহৌঙৈদগী লৈরকপদগী অহুম লৈরগদবা শরক ( মরীক ) অমনা তাইবংপানসিদা অহিংবা আত্মা ওইরক্লগা, মহৌশাদা কায়দোঙহুনা, পূক্লীংনা তক্লকশুবা ওইনা লৈরিবা ইন্দ্রিয়শিং অহুবু মশামক্তা চিংশিন্দুনা থেঙ্গায়মৈ।

৮। হকচাঙগী মপু (জীবাত্মা) অহুনা হকচাঙ অমদা চঙলক- পা মতমদা অমস্থং মহাক্না হকচাঙ অহুবু থাদোকপা মতমদা, মালংবনা নুংশিবা লৈনমশিংবু মখোয়গী য়াহীপ- ফমদগী পুহুনা কোয়চং-চংপগুম, মহাক্না মখোয়বু (পূক্লীং অমস্থং ইন্দ্রিয়শিংবু) লৌরগা অত্তোপ্পা হকচাঙ অমদা পুহুনা চংলি।

৯। অহুগা মতৌ অস্থুম্না অপৌবা হকচাঙ অত্তোপ্পা অমা লৌরবা মতুংদা, মহাক্না নাকোঙ, মিং, উনসা, লৈয়েঙ অমস্থং নাত্তোন অহুগা পূক্লীংস্থু য়াওনা মখোয়শিং অসি শীজিন্নহুনা ইন্দ্রিয়শিংগী মচাকশিংহু লৌহুনা নুংঙাইজে।

১০। হকচাঙবু থাদোক্লুনা চংলিবা, লাক্লুনা হকচাঙদা লৈর- ক্লিবা অমস্থং নুংঙাই-মহৈঃ চাররিবা মহাকপু (জীবাত্মাবু) পঙগরবা মখোয়দুনা উদে; অহুবু খঙ্কন-লৌশিংগী (জ্ঞান- গী) মশক ওইবা মিং-পানবা মখোয়দুনদি মহাকপু উই।

১১। অদুগা আত্মাবু খঙবা যোগীশিংনা, মতম পূম্বদা হোং-নহুনা, মখোয় মখোয়গী থম্মোয়নুংদা মহাক্না লৈবহু উই; অদুবু থম্মোয় শেংদবা অমস্তুং বুদ্ধি-লৌশিং লৈতবা মখোয়হুনদি, হনা কন্না লাকুরবা ফাওবদা, মহাকপু থক উদে ;

১২। তেংবানবা পূম্ববু ঙালহল্লিবা কোয়োহনবদগী লাকপা সনা-ফুদোংনা ফজবা মঙাল, থাজগী মেঙলবা মঙালস্তু, থাম্বী মৈগী অরংবা মঙালস্তু — খঙউ মখোয় পূম্নমক-সি ঐঙোন্দগী থোকখিবনি।

১৩। অদুগা মালেমদা চঙহুনা, ঐগী ইতিংনা থরায়-পানবা পূম্ববু হিংহল্লিবনি, অমস্তুং ঈহীরেলনা থল্লবা ( রসকী মশক ওইবা পাম্বীগী মচিঞ্জাক পুহুনা চংপা ) সোম : ( থাজ ) ওইরগা ঐনা মনামমশিঙ পূম্নমকপু নোয়-পেলহন্দুনা চাউহল্লি।

১৪। থরায়-পানবশিংগী হকচাঙনুংদা পুন্সী মৈ (বৈশ্বানর) ওই-হুনা, ঐনা হোন্দোক হোনজিন তৌরিবা থরায়-নিংসাগা (স্বরগা) তিন-নরগা চিঞ্জাক মথল মরিবু তুন্দল্লি।

১৫। অহুগা পূম্নমক্না থম্মোয়নুংদা চঙহুনা ঐনা ফম্বাল লাংই। নীংশিংইবা, খঙইবা (জ্ঞান) অমস্তুং মখোয়শিংসি মাঙখিবা (কাউবা) হায়বহুস্তু ঐঙোন্দগী ওইরিবনি। বেদ পূম্নমক্না

খুংলায় ওইরগা খঙগদবা পোংশক্তো **ঐখক্তনা** ওই; থাঙ্গৈশেংনমক বেদান্ত লেংইবা অদু **ঐনি** অদুগা বেদশিংবু খঙইবদুস্থু **ঐহাক্নি** ।

১৬। তেংবানবা মকোয়নুংসিদা মাঙবা নাইবা অমস্থুং মাঙবা নাইদবা হায়না **পুরুষ** অনী লৈ। লৈশেম্বদা ওইখিবা মহৌশাগী ওইবা মশক হোং-হোংদুনা শেম্লিবা পোং পূম্নমক মাঙবা নাইবশিংনি অদুগা মাঙবা নাইদবা হায়-বদুনা লেঙদবা (হোংদবা) অদুবুনি ।

১৭। অদুবু, অনীদুগীস্থু মথক্তা, মরোল অহুমদা চঙদুনা, পূম্ন-মকপু ঙাক্লুনা য়োকপীরিবা **য়াইবীরেল (পরমাত্মা)** হায়না কৌনবা **মানা** মথোইরবা **পুরুষ শিদরা মপু মশামক** অদু লৈরি ।

১৮। মাঙগদবশিংদগী **ঐনা** হেনবনা অমস্থুং মাঙলোয়দোব-শিংদগীস্থু হেন্নদুম রাংবনা, তাইবংসিদা অমস্থুং বেদ-শিংদস্থু খ্বাইদগী রাং-থোইবা **পুরুষনি** হায়না **ঐবু** মুন্না খঙনরি ।

১৯। হে ভরত শাগৈদা পোকপা (অর্জুন), শুদ্ধাংপা লৈতনা **ঐসিবু** মতৌ অস্থুম খ্বাইদগী রাং-থোইবা **পুরুষনি** হায়না খঙলিবা মহাক অদু, মহাক্না, পুমখঙ খঙদুনা, **ঐবু** মথরায় পূম্না য়াওনা লু-না চাননা নীংজৈ-লাচ্চে ।

২০। হে লঙজবা নৈত্রবা (পাপ চেন্দ্রবা) অর্জ্জুন, মতৌ অস্মুম্না থূপ্লেন-থূপ্লবা ধর্ম্মগী পাউতাক অসিবু এৈনা তম্বীরে; মসিবু পুক্নীংদা হাজিল্লগা, মী অমনা অশিংবা ওইবকই অমসুং মহাক্কী মথৌ পূম্বা পাঙথোক্লবা শক্লে, হে ভরতকী মচা-মশু ওইবা (অর্জ্জুন)।



# ১৬

# দৈবাসুর সম্পদ-বিভাগ যোগ

## ( লাইগী অমসুং হিংচাবগী ওইবা লৈখোলশিং )

## য়াইফবা ইবুংঙো

১। অকিবা পঙ্কবা, ফত্ত-ৱাখল চেন্দবা, ঈশ্বৰগা মৰী লৈনবা জ্ঞান চেনবা, অমসুং পূক্লীং ফাজিনবা ওন্থগী মশক ওইবা লাইনীং-পরৈ-চেংপা, দান তৌবা, ইন্দ্রিয়শিংবু কা-হেলহন্দবা, ঈড়াং-থৌরমশিং (যজ্ঞশিং) পাঙথোকপা, বেদসাস্ত্র নৈনবা, তপস্যা তৌবা ( লমচং-শাজং য়ুক-লাওনা ঙাকপা ) অমসুং পূকচেল খোয়দবা ;

২। মীহাং-চৈহাং তৌনীংদবা ( অহিংসা ), অচুম্বা চংপা (অওইবা ঙাঙবা), শাউদবা, থাদোকপা, পূক্লীং ঊনমুক চীকপা, মীগী মরাল থিরুদবা, থৱায় পানবা পূমমক্কী মফমদা থৌজালবিবা, কল্লক-কঞ্জাওদবা, লিৱী-খোইৱীবা, নোল্লুকপা, পূক্লীং মওল মওল তৌদবা (পূক্লীং লৈতাবা);

৩। লিংজেল কবা, ঙাকপী-হৈবা, খাঙহৈবা, ল্.-হেনবা, য়েং-থীবা অমসুং নাপল লৈতবা — হায়রিবশিংসে, হে ভরত-চা ( অর্জ্জুন ), লাইগী লৈখোল চেন-না পোকপা কনাগুম্বা অমগী লোয়ন-লীচং (গুণ) ঙাক্লি ।

৪। ওইদনা ওইবা শাজিন্নবা (তাং), মীরাক-মীথুরবা অমসুং মশাবু থাগচ্চরগা থোয়বা, অশাউবা, পুকচেল-খাবা মতৌ অমসুং অপঙবা মতৌ — মখোয়শিংসি, হে পার্থ (অর্জ্জুন), হিংচাবশিংগী লৈখোল চেন-না পোকপা মী অমগী মগুণশিংনি ।

৫। লাইগী হৌরশাদি তাইবং লৌনম-লাংদগী লান্নবনি অদুগা হিংচাবশিংগীদি মদুদা ফাজিন-পুনসিন্নবনি । রাগনু, হে পাণ্ডুগী মপারী ( অর্জুন ), মরমদি নহাক লাইরমচংশিং (লাইগী ওইবা গুণশিং) চেন-না পোকপনি ।

৬। তাইবংসিদা থরায়-পানবশিংগী খূৎপোক মখল অনী লৈ । অমনা লাইগী মপোক্লি অদুগা অতোপ্পা অমদুনা হিংচাবগীনি । লাইগীদুগীদি ফনা য়াম্না ফোঙদোকখ্রে । হৌজিক ইফমদগী তারো, হে পার্থ (অর্জুন), হিংচাবা (অসুর)গীদুগী মরমদা ।

৭। হিংচা-য়াইতম্বা লমচং-চৎপা মখোয়শিংদি (অসুরশিংদি) তৌগদবনা করিবুনো অদুগা তৌরোইদবনা করিবুনো

হায়বা খঙদে। মখোয়গী মশাদা অশেঙবা, হৌনবী অক-লীচং অমদি অওইবা ( অচুম্বা ) করিনো হায়বগী য়াঁ লৈতে।

৮। মখোয়না হায়রি, "তেংবানবা অসি অচুম্বা লৈতে, অচুম্বা লীচংকী যুম্ফম লৈতে. মসিবু ঙাকপী শেনবীনবা চীংঙু কনা লৈতে। মসিদি পী-পা তিন্নবদগী ওইরকপনি। তিন্ন-নীংবা অপাম-মরাঙ নত্তনা পোক্লকপগী মরম করিননো?"

৯। মিংয়েং অসিদা চেংনা য়ান্দুনা, তশেংনা লৌশিং-থোকবা অমস্থুং তমথীবা খবক তৌবা মাঙজরবা মীওইশিংসিনা ফজরবা তাইবংসিগী য়েক্লবশিং ওইনা তাইবং তাকহন্নবগীদমক পোক্লকই।

১০। শেন্নায়দবা অপাম-মরাঙগী সাইদাং লৌহুনা, ওইদনা অওই-শাবা, নাপল অমদি চাউজনীং-মতৌ হায়বশিংহুনা পীক থল্লহুনা, অনম-অহা চুবদগী মখোয়গী য়াথী ( ফত্ত ) রাখলশিংহুদা চেংনা য়ান্দুনা, মখোয়না মখোয়গী মবুক-মাঙবা লদবা ( অমকপা ) খবক চৈখে।

১১। অস্তুম্না শিত্রিফাওবা কোন্নরবা শিঙখাবা ঙমদ্রবা মিকা-ক্লবগী চিন্তানা ( তাইবং রাখলনা ) মখোয়শিং অসিবু ওংলি। মখোয়গী পুন্সীগী থাইদগী হেন্না রাংবা পান্দমদি ইন্দ্রিয়শিং পেলহল্লগা নুংঙাইবনি, অহুগা

মসিনা মলোয়রে হায়না মখোয়না চেংনা খল্লি ।

১২। কান্নদবা আশাগী মশক ওইবা খোৗরী লীশিং লীশিংনা মশাবু পুনখিহ্ননা অদুগা অপাম্বা অমস্তুং অশাউবদা লূপখিহ্ননা, মখোয় অদুনা ইন্দ্রিয়বু পেলহন্নবগীদমক্তা ফত্তবা/চুমদবা পাম্বৈনা লল-থুম পৈশিন্নবা হোংবৈ ।

১৩। অসুরগী পূকচেল চেনবা মীনা খল্লি: "ঐ ঙসি মসি ফংখ্রে, অদুগা ঐগী অনীংবসিস্তু ঐনা ফংখিগনি। ফং-লিবসি ঐগী ওইরে, অদুগা ফংলক্কদোৗরিবা ললহৃস্তু তুংদা ঐগী ওইগনি।"

১৪। "য়েক্লবহু ঐনা হাক্তোক্লে, অদুগা অতোপ্পা য়েক্লবশিংবুস্তু ঐনা হাংখিগনি। ঐ পোৎ খুদিঙমক্কী মপুনি। ঐ চাল্প-খক্ক তৌহ্ননা নুংঙাইনা লৈরিবা মীহ্ননি। মায়-পাকপা, অঙম্বা অমস্তুং নুংঙাইবা ঐনি।"

১৫। "ঐদি ইনাক খুল্লি অমস্তুং শাগৈ রাংঙি ; ঐগা মান্নবা অতৈ কনা অমা লৈরিবগে? ঐনা ঈভাং-থৌরমশিং পাঙথোক্কনি ; ঐনা দান তৌগনি, অদুগা মহুদা ঐনা হরাও-তয়ামগনি," মতৌ অস্তুম্না, অসিগুম্বা মীশিং অসিবু খঙদবা (অপঙবা) হায়বহ্ননা পঙথহল্লি ।

১৬। অরানবা রাখল কয়ানা পূক্কীং লম্মুক্রহন্দুনা অনম-অহা চুবগী লাংদা য়েংশিন্দুনা, অদুগা ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্বশিংবু

পেলহন্নবা হোৎনবদা লাইচুহনা, মখোয়না অমাং-অশোয় (নরক) কোমদা ওইন্থে ।

১৭। মশাবু মশানা রাংনা থাঙ্গচ্চহনা, লমকেৎ-লমহাইবা ওইহনা, ললগী নাপালদাময়াই কারগা ভাউহনা, মখোয়না নিয়ম য়াওদবা ( থৌনিরোল কায়বা ) ঈড়াৎ-থৌরমশিং মমিংতা ওইনা পাঙথোকই :

১৮। ঐমঙাইরে হায়বা নাপালদা, অকল-অরীংদা, মীরাক-মীথুমদা, অপাম-মিহৌদা অমস্তুং অশাউবদা হৈনবী ওইখিহনা অসিগুম্না মীফম্ভশিং অসিনা ঐবু হন্থনা য়েংইঃ মখোয় মশা-মশাগী অমস্তুং অতোপ্পগী হকচাঙনুঙদা য়ুম ওইহনা লৈরিবা ঐবু হন্থনা লৌই ।

১৯। মীওইলক্কগী খ্বাইদগী হন্থগ্রবা কল্লকচাউশিং, মুংশিহৈ-তশিং অমস্তুং মীফম্ভশিংসে, — অসিগুম্না ফম্ভ-তৌবা মখোয়শিংহবু পোকপা অমস্তুং শিবা নাইবগী কাঙ্গোয় অসিদা ( হিংচাবগী — শা-কৈনচিংবগী মপোক্কা পোক্কবা) হিংচাবশিংগী নাওয়োমুঙদন্তা ঐনা লন্তনা লংশিল্লি ।

২০। মপোক-মপোক্কা হিংচা-য়াইতম্বশিংগী পিবুকনুঙদা হজ্জন-হজ্জন চঙ্কলগা, অসিগুম্না অপঙবা মীশিংসিনা ঐবু ফং-ঙমদনা, হে কুন্তীগী মপারী ( অর্জ্জুন ), অস্থুম্না হান্নগী

মপোক্তুদগীস্থু অস্থুম অস্থুম হন্থখিদুনা, খাইদগী তোন্থবা মপোক্তা ভাই ।

২১। নরক্কী লমদম তাবা থোঙ্গাল অহুম ফাঙ্‌না লৈ । মখোয় অদুদ অপাম-খাঙ্গীগী ( কামগী ) থোঙ্গাল, অশাউবগী থোঙ্গাল অমস্থুং মিহৈচাউবগী থোঙ্গাল অসিনি। মরম অসিনা কনাগুম্বনা মখোয় অহুমসিবু থাদোক্কদবনি, মরমদি মখোয়না আত্মাবু মকহনবরোমদা লমজিংই ।

২২। হে কুন্তীগী মপারী ( অর্জ্জুন ), নরক্কী ( অমম-লৈখেগী ) থোঙ অহুমসিদগী নাম্থোররক্লবা মী অমনা মাগী আত্মা য়াইফনবা হোৎনৈ অমস্থুং অস্থুম অস্থুম তৌদুনা অখোইবা পান্থুংফম য়োঁরকই ।

২৩। সাস্ত্রনা তাকপা য়াথংশিংবু লংশেক্লবা অদুগা মশাগী মচিং-মশোনগী মতুংইন্না তৌনীংবতা তৌরবা মী মহাক অদুদি মহৈঃ য়ানবস্থু ( সিদ্ধিস্থু ) ফংলোই, নুংঙাইবস্থু ফংলোই অদুগা অখোইবা পান্থুংদুস্থু (পরাগতি হায়বদুস্থু) ফংলোই ।

২৪। মরম অসিনা, তৌগদবনা করিনো অদুগা তৌরোইদবনা করিনো লেপ্পদা সাস্ত্রনা (পুয়াগী রা-না) নঙগী রারেপ মপু ওইহল্লু। ধর্ম্মগী লাইরিকী কাঙলমশিংনা তাক্লী-তাক্লীবশিংদু খঙলগা, তৌগদবা থবক্তু পূন্সীসিদা তৌগদবনি।



# ১৭

## শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ

### ( থাজবা মখল অহুম থায়বা খ্‌ৎখায় )

### অর্জ্জুন

১। সাস্ত্রগী কাওলমশিংবু লংশেল্লবা অহুগা অহুমকপু লন্নাই পূমথা-থাজবগা লোয়ননা ঈড়াং-থৌরমদি তৌরিবা মখোয়শিং — মখোয়দুগী মচং-মতৌদি করম্না মতাগীনো, হে কৃষ্ণ ? মদুবু সত্ত্বগী ওইগদ্রা, রজঃগী ওইগদ্রা নত্রগা তমঃগী ওইগদ্রা (মঙালগী, মৈগী নত্রগা অমম্বগী) ?

### য়াইফবা ইবুংঙো

২। মখোয় মখোয়গী হৌনশাদগী পোক্লকপা মীওইবগী থাজবা হায়বা অসি মখল অহুম শুইঃ সত্ত্বগী ( মঙালগী নত্রগা অফবগী ) ওইবা, রজঃগী (মৈগী নত্রগা অপাম্বগী) ওইবা

অমস্তুং তমঃগী ( অমন্বগী নত্রগা অপাঙবগী ) ওইবা। হৌজিক মসিগী মরমদা তারো ।

৩। মী অমগী থাজবা মথাজ হায়বা অসি, হে ভরত-চা (অর্জ্জুন), মাগী হৌনশা তুং-ইন্না ওই। থাজবা হায়ব-সিনা মীওইববু মশক তাকই: মহাক্কী মথাজ অদুমক মহাক্কী মওঙনি ।

৪। মঙাল ফংলবা ( সত্ত্ব-গুণ চেল্লবা ) মীশিংনা নুং·বু ঙাল-হনবা খোইয়ুম-লাইশিংবু ( দেবতাশিংবু ) নীংজ-শোঞ্জে; চাকপগী পেনবা নাইদবা মৈ-গী মশক ওইবা (রজ:-গুণগী) মীশিংনা তৌবা ঙস্না অমস্তুং লল-থুমগী লাইওই-মীওই তৌবশিং অমস্তুং হিংচাবশিংবু লাংলি; লৌশিং লৈতবা অমন্বগী মশক ওইবা (তমঃ-গুণগী) মীশিংনা অহিংগী তম্ন-লাইশিং অমস্তুং মিরেল-শক্তমশিং (ভুত-প্রেতশিং) শান্নে ।

৫। নাপলদা অমস্তুং ঐ মঙায়রে হায়বা রাখলদা হকচিন্না চৎখিহনা, ধর্ম্মগী লাইরিকশিংদা থারমদ্রবা শাথীবা শাজং-নুংচৎ জাংতাহ ঙাক্লিবা. মিতাবা অমস্তুং নপচ-তাংজক্লবগী শাফুনা থৌ-রবা মীশিংহ ;

৬। অদুগা পঙহনা, হকচাঙদা য়াওরিবা পঞ্চভূত অমদি মহুগা লোয়ননা হকচাঙনুঙদা লৈরিবা ঐ কৌবা ( পরমাত্মা ) ঐহাকপুস্নু য়াওনা অরা-চৈনা পীরিবা অদুগুম্না মখোয়শিং

অদু — লাই-হিংচাবশিংগী ওইবা তং লাওবা মথাজ লৈরবনি হায়না মখোয়বু খঙউ ।

৭। মী পূম্নমক্কী মফমদা থব্রায়-তাজবা চীঞ্জাক হায়বসিসু মখল অহুম্নি: অদুগা মদুগুম্মদনা ঈড়াং-থৌনি (যজ্ঞ), য়ক লাওনা শাজং-নুংচং ঙাকপা (তপস্যা) অমসুং দানগী মতাঙশিংদসুনি। মখোয়শিংসিগী খেন্নবা অদু হায়গে মুন্না তারো ।

৮। হিংবগী পাঙ্গল হেনহনবা, পূক্নীং-মরা-চেংপা হেনহনবা, হকচাঙ-পাঙ্গল কনহনবা, হকচাঙ ফহনবা (পূন্সী তো-লোয়হনবা), থব্রায়-নুংঙাইহনবা অমসুং হব্রাউবা মথোই কাহনবা, মহাও লৈবা. লায়না-তীন্না কোকহনবা অমসুং হকচাঙ য়োকখং-থৌগংহনবা (মচি ওইবা), অদুগা মীগী থম্মোয়বু নুংঙাইহনবা চীঞ্জাকশিংনা সত্ত্ব-গুণ চেনবা অশেঙবা মীওইশিংগী মফমদা থব্রায়না তাবা (পামজবা) ওই ।

৯। খামনবা, শীনমনবা, কা-হেন্না মোরোক শাবা, ফকপা, অকংবা, থুম য়াকপা অমসুং (মৈথক্কগী লৌথরকপাদা ঙাইদুনা পোকপমথৈ) শাবা, অদুগা অব্রাবা, অনাবা অমসুং লায়না পোকহনবা চীঞ্জাকশিংসি রজঃ গুণগী মীতানা পামই ।

১০। চাদ্রিদৈ পুঙ অহুম হেনবগী মমাঙদা থোং-থাকপা লোইশ্রবা ( পুঙ অহুমদগী হেন্না লেল্লবা) চীঞ্জাক, মহাও য়াওদ্রবা, পুম্নবা (নমথীরবা), অহিং-নোংলেল্লবা, লুখাক অমসুং অমাংবা (লাইদা কংহৈদ্রবা) চীঞ্জাকশিংসি তমঃগুণ চেনবা মীওয়াশিংনা পামজে ।

১১। ঈড়াং — থৌনি (যজ্ঞ)লক্তুগী, সাস্ত্রগী ( পুয়াগী ) কাঙলম হুক্লা (ধর্ম্মগী চংন-পথাপ ইন্না), মথৌ অমা ওইনা, মনা ফংনীংলুদবা মখোয়না পাঙথোক্লিবা ঈড়াং — থৌনি (যজ্ঞ) অদু সাত্বিক ওইরে নত্রগা শেংলে ।

১২। তৌইগুম্বসুং তাইবংপানগী মহৈঃ ফংনীংবগীদমক্তা. নত্রগা নাপন্না মরম ওইদুনা ধর্ম্ম লৈবনি হায়না উচ্চনীংবগী-দমক্তা তৌবা যজ্ঞ অদুদি — হে ভরত-চা লক্তুগী অথোইবা (অর্জুন), মদুগী যজ্ঞ অদুদি শেংদবা রজসিক ( রজঃ-গুণগী) যজ্ঞনি খঙউ ।

১৩। অদুগা ধর্ম্মগী চংন-পথাপকী মায়োক্তা সাস্ত্র ( পুয়া ) কাঙলম হুক্তনা, লাইগী লূকমন (প্রসাদ) য়েম্থোকপনচিংবা য়াওদনা, লাইশোল-তিনসোন শক-শোন্দনা, অশোন — পীবাশিংদা ( পুরীৎশিংদা ) অকৎ-শেল ( দক্ষিণা ) পীদনা অমসুং থাজবা য়াওদনা তৌবা যজ্ঞবু তামসিক

( তমঃ গুণগী — অমস্বগা মান্নবা অপঙবগী যজ্ঞ ) ওইরে হায়না লৌনৈ ।

১৪। থোইযুম-লাইশিংবু, ব্রাহ্মণশিংবু ( ব্রহ্ম-খঙলবশিংবু ), লাইনীং-লম্বী তম্বীবশিংবু ( গুরুশিংবু ) অমসুং অশিংব-শিংবু লাৎপা; অচুগা নুং-পান শেংবা, ঈচম-চম্বা, পূক্নীং-হকচাঙ য়োকপা (ব্রহ্মচর্য্য) অমসুং মীহাৎ-চৈহাৎ তৌদবা (য়েংথীদবা — অহিংসা): হায়বশিংসিবু হকচাঙগী তপস্যানি হায়নৈ ।

১৫। মীগী পূক্নীং না-হল্লোইদবা, অচুম্বা, নুংশিবা, তানীংবা অমসুং কান্নগদবা য়াৱাশিং চীনগোইবা, অচুগা বেদশিংবু চাং-নাইনা হনজিন-হনজিন খীবসু ( সাস্ত্র নৈনবসু ): হায়রীবশিংসিবু ৱাঙাঙ-শঙাঙগী ঙাক্লরোল্লি ( তপস্যানি ) হায়নৈ ।

১৬। পূক্নীংগী অচীকপা, তুমিন নৈবা, মশাবু ৱারকচবা, নুংশি-থৌজাল, খম্মোয় শেংবা ( লীচং-শেংবা = ৱাখল লূবা ): মখোয়শিংসে পূক্নীংগী ঙাক্লরোন ( তপস্যা ) হায়না কৌনবহুনি ।

১৭। মখল অহুম ফাংবা ঙাক্লরোল ( তপস্যা ) অসিবু, মহৈঃ ফংনীংলূদনা ঈশ্বর মহাক্কী পেন্নবা হায়দুনা পূক্নীং-খল-মান্নবা মীশিংনা খ্বায়দগী হেন্না ৱাংবা থাজবগা লোয়ননা ঙাক্লবা মতমদা, অশেঙবা (সাত্ত্বিক) তপস্যা কৌনৈ !

১৮। মিংচৎ যংন-নবগীদমক্তা, অত্তোপ্পনা ইকাইখুম্নবীবা অমস্মুং থৌগন তৌবীবা পাম্বগীদমক্তা অমদি উচ্চ-নীংবা মরমগীদমক্তা নাপলগা লোয়ননা পাঙথোক্লিবা তপস্যা অদুবু রজঃগুণগী ওইবনি হায়নৈ। মসিদি মরাস্থু চেত্তে, তুং-স্থু কোইদে ।

১৯। পঙবদগী মশাবু রাহনবগা (ওৎ-নৈবগা) লোয়ননা নত্রগা অতোপ্পবু মাঙহন-তাকহন্নবগীদমক্তা লৌখৎলিবা তপস্যা অদুবুনা তমঃ গুণগী ওইবনি হায়নৈ ।

২০। ইথৌ ওইনা পীফম থোকপনি হায়না মহুৎ-মরেংগী রাখল নৈতনা পীবা, মতম চা-না অমস্মুং মফম চা-না, অদুগা ফংবা য়াবা মতিক চা-বা মীওাদা পীবা দান অদুবু সত্ত্ব-গুণগী ওইবনি হায়না লৌনৈ ।

২১। তৌইগুম্বস্মুং দান অদু করিগুম্বা খরা মহুৎ ওইনা ফংবগী রাখলগা লোয়ননা নত্রগা তুংগী মনাঃ ফংনীংবগা লোয়-ননা পীরবদা নত্রগা মদু পীনীংদনা পীরবদা, মদু রজঃ-গুণগী ওইবনি হায়নৈ ।

২২। অদুগা তৌফম থোকপা হৌনবী নিংথি-নুংঙাই তৌবিদনা নত্রগা নাপল-কানা উশিত্তবগা লোয়ননা পীফম থোক্তবা অরানবা মীদা, মতম চাদবদা পীরিবা দানদি তমঃ গুণগী ওইবনি হায়নৈ ।

২৩। "ওঁ, তৎ, সৎ" — মসিবু ব্রহ্মগী অহুম-ফাংবা মিংথৈনি হায়না লৌৈ। হান্ন-না লৈশেম-নোংশেম্বা মতমদগী হৌহুনা মিংথৈ অসি ব্রাহ্মণশিংনা বেদমন্ত্র শোনবা মতমদা অমসুং যজ্ঞগী মতমদা ব্রহ্মবু পেলহন্নবগীদমক্তা শোৈন্নে।

২৪। মরম অহুনা, "ওঁ" হায়বা ৱাৈহ অসি শোনবগা লোয়-ননা, 'ব্রহ্ম' - মীংবশিংনা সাস্ত্রগী পরীঙ-পথাপ তুংইন্না তৌবা ঈড়াৎ-থৌনি (যজ্ঞ), দান অমসুং তপস্যাগী থবক থৌরম পুম্বা হৌই।

২৫। অহুগা "তৎ" হায়বা ৱাৈহ অসিবু শোনবগা লোয়ননা, লান্নফম-থিবশিংনা, থবকী মহৈঃশিংগা মরী লৈনহন্দনা, ঈড়াৎ-থৌনি অমসুং তপস্যাগী থবক-থৌওংশিং অহুগা পীনহৈবগী (দানগী) মথল-মথা অয়াম্বা থবক থৌওংশিংসু পাঙথোক্লে।

২৬। "সং" হায়বা ৱাৈহ অসিনা তশেংনা ওইদ-ওইরবা অমসুং ফৈ হায়বা খঙনবদা শিজিন্নে; অহুগা, হে পার্থ (অর্জুন), "সৎ" হায়বা ৱাৈহ অসি য়াইফ-তানবা থবক্তা মরী লৈ-নবদসু শিজিন্নে।

২৭। যজ্ঞ, তপস্যা অমস্তুং দান তৌবদা পুক্লীং চেৎপা মতৌহ্নবু "সং"নি হায়না খঙনৈ, অহ্নগা মতৌ অহ্নগুম্না য়াইবীরেন শিদবগীদমক্তা (অথোইবা পুক্লমকীদমক্তা) পেন্নবা তৌরিবা থবক অম-অমবুস্তু. তশেংনমক, "সং"নি হায়নৈ।

২৮। হে পার্থ (অর্জ্জুন), পরব্রহ্মবু থাজবা হায়বত্থু য়াওদবা যজ্ঞদা হেক কপ্থোক্লিবমখৈ অমস্তুং দান-দা হেক পীথোক-লিবমখৈ, অমদি তৌরিবা তপস্যা মখৈস্তু নক্লগা হেক অতৌবা মখৈস্তু অরেম্বদা তাই হায়নৈ। মসিবু "অসং" কোই অহ্নগা হিংলিঙৈ অমস্তুং শিন্ন-তুং অনীমক্তা মহৈঃ নৈতবা কান্নদবা হায়বত্থু ওই।



# ১৮

## মোক্ষ-সন্ন্যাস যোগ

### থাদোকপনা অরান-খুভম ফংনবগী লীক

( থবকপুদি নতনা থবক্কী মহৈংবুদি থাদোকপা তাই )

### অর্জ্জুন

১। হে পাম্বোম পাঙ্গলবা কৃষ্ণ, হে ইন্দ্রিয়শিংগী মপু (কৃষ্ণ), হে কেশী হিংচাববু লানবিবও (কৃষ্ণ), "সন্ন্যাস" হায়বত্থগী তত্ত্ব অমস্তুং "ত্যাগ" হায়বত্থগী অশেঙবা মশক তোঙান-তোঙান্না ঐনা খঙবা পামজে ।

### য়াইফবা ইবুংঙো

২। "সন্ন্যাস" হায়রগা খঙ-হৈরবশিংনা মহৈঃ ফংনীংবগী অপাম্বগা লোয়নবা তৌবা থবকশিং থাদোকপবু খঙৈ; অদুগা তৌরুবা থবক পুম্বগী মহৈঃশিং থাদোকপবুনা লৌশিং-লৈরবশিংনা "ত্যাগ" হায়না কৌনবদুনি ।

৩। থবক তৌবা হায়বা অসি ময়াল লৌশিল্লি হায়তুনা কনা-ঙুম্বা মায়চৌ ( পণ্ডিত ) থরনদি থাদোকদবনি হায়, অতুমকপু রাখল লৈবা অতোপ্পশিংনা হায় মতুদি যজ্ঞ, দান অমস্তুং তপস্যাগী থবকশিংদি ছুঞ্জেক্লোইদবনি ।

৪। হে ভরত-চা-লক্তুগী অথোইবা (অর্জ্জুন), অতুনা হৌজিক ঐগোন্দগী "ত্যাগ" কী (হায়বদি, থাদোকপগী) মরমদা অচুম্বতু তাবো । "ত্যাগ" হায়বসি, হে মীরক্তুগী অথোইবা ( অর্জ্জুন ), মথল অহুম শুই হায়না সাস্ত্রনা ময়েক শেংনা তাক্লি ।

৫। যজ্ঞ, দান অমস্তুং তপস্যাগী থবকশিংবুদি থাদোকফদে, তৌইগুম্বস্তুং (মখোয়সিদি) শোয়দনমক পাঙথোকদবনি; মরমদি মখোয়শিংসি অশিংবশিংগী মফমদদি তশেংনমক কোকথোক-শেংদোকইহন্নীংঙাইগী মশকশিংনি ।

৬। অহংগা হায়রিবা থবকশিং অসিমকস্তু, পাম্বদা হকচিনবা থাদোক্তুনা অমস্তুং মনাঃ (ফল) অমা ফংনবগী লুম্মুদনা, পাঙথোককম থোকই । মখোয়সি তৌগদবা ইথৌশিং-মক্লি খন্দুনা তৌগদবনি, হে পার্থ (অর্জ্জুন)। মতু ঐগী অচেৎপা অমস্তুং খ্বাইদগী হেন্না ফবা রাথল্লোম্নি ।

৭। তৌফম থোক্লবা সাস্ত্রনা য়াবা অফবা মহৈঃ চেনবা থবকপু তৌদনা থাদোকপা হায়বসি চুমদে । খঙদবদগী

কনাগুম্বনা অসিগুম্বা থবকপু খাদোক্লবদি, মথাদোক অদুবু তমঃ-গুণগী ওইবা মথাদোক্লি হায়নৈ ।

৮। অদুগা মহাক্কী তৌফম থোকপা মথৌবু অরাবগী মশক্লি হায়দুনা নত্রগা হকচাঙদা রায়চিলনীংঙাই ওইগনি হায়না কি-দুনা খাদোক্লবা মহাক অদু রজঃ-গুণদা লৈরবনি হায়নৈ; মহাক্কী থবক মথাদোক অদুস্তু রজঃ গুণগী ওইবা লৈখোন্নি, শেংদবনি, অদুগা অচুম্বংক মহাক্না খাদোকপা হায়বদুগী মনাঃ (ফল) ফংদে ।

৯। তৌইগুম্বস্তুং ওইজবাম-পুজবামগী অদুগা মনাঃ ফংবগী রাখল থাদুনা, মসি তৌফম থোকপনি হায়বনা মরম ওইদুনা, সাস্ত্রনা তাকপা অশেঙবা থবক মখৈ তৌরবদা, হে অর্জুন, মদুগী মথাদোক অদুবু অশেঙবা লাইরম-চংকী (সাত্ত্বিক) ত্যাগনি হায়না লৌনৈ ।

১০। সত্ত্ব গুণদা চঙদুনা লৈবা লৌশিং লৈবা মী অদুনা লোয়-নমক থঙ উই অমস্তুং চিংনবশিংস্তু লৈতে; মহাক্না মহৈঃ লৌদে, মহাক্কী থম্মোয় শেংঙি অমস্তুং পূক্নীং শান্তি লৈ; মহাক্কী য়াইথীবা থবকপুস্তু হঙ্গোইবা তৌদে অদুগা য়াইফবা মঙ্গলগী মশক ওইবা থবকস্তু হকচিন্না পামশিল্লবা তৌদে (থবক হায়বসি, নুংঙাইববু ওইরবস্তু

নত্রগা অরাবনু ওইরবস্থু, মহাক্কীদমক্তদি পূক্লীংগী নুংঙাইবনি ) ।

১১। থবক-নুংবক পূম্নমকপু থাদোকপা হায়বসি মালেমদা লৈরিবা শাবানবা জীবশিংগীদমক্তদি তশেংনমক ওইথোক্তে। তৌইগুম্বস্তুং থবক্কী মহৈ:বু থাদোক্লিবা মহাকপুদি অচুম্বমক ওইনা অশেঙবা ত্যাগী কৌই ।

১২। থবক্কী মহৈ: থাদোক্তবা মীশিংগী মফমদদি শিরবা তুংদা মখোয় মখোয়না তৌখিবা থবক্কী মতুং ইন্না মশানা অতুম নুংঙাইবা ( অপাম্বা ), নুংঙাইতবা ( পামদবা ) অমস্তুং অত্রা-নুংঙাই (অপাম-পামদা) অনীমক য়ান্নবা থবক্কী মহৈ: অতুমখক লাকৈ, অতুবু লস্নোইবগী পূন্সী লেল্লবশিংদদি ফল ওইনা অরা নুংঙাই অমত্তা ফংলরোই ।

১৩। হে পাস্নোম লিংবা অর্জ্জুন, বেদান্তগী মতুংইন্না থবক-থৌরম পূম্নমক মপূংফানা পাঙথোক্লবগীদমক্তা মরম মঙাখক লৈ। হৌজিক মখোয় মঙাসি ঐঙোন্দগী খঙজিল্লু ।

১৪। থবক মফম, থবক তৌবা মী, তোঙান তোঙানবা ইন্দ্রিয়শিং, হোংনবগী তোঙান-তোঙানবা মখল্ল ময়াম অমস্তুং মঙাশুবা ওইনা নোংদমখোন,

১৫। মী অমনা মাগী হকচাঙ, রাঙাঙ অমদি পুক্নীং শিজিন্ন-তুনা তৌরি তৌরি থবক হেক মখৈ, অচুম্বস্তু ওইসনু

নত্রগা চুমদবস্থু ওইসন্থু, মখোয় মশা অসিনা মরম ওই ।

১৬। মওঙ অস্থুম ওইবনা, ওন্ন-তৈনবা (শেন্নান্নবা) ব্রাখল চেনবা মী অমমা, মবুদ্ধি-মরোশিং মপুংফাদবা মরম্না, মহাক্কী আত্মাবু থৌবুনি হায়না লৌই, — মহাক্কুনা অচুম্বু উদে ।

১৭। 'ঐনা তৌবনি' হায়নীংবগী মওঙদগী নীংখা-তন্নবা অমুগা মবুদ্ধিবু করিগুম্বা অকবা নত্রগা কত্তবনা চুহন্দ্রবা (মোৎ-হন্দ্রবা) মহাক অদুদি, মহাক্না মীশিংসে হাৎলবস্থু, মহাক্না মী হাত্তে অদুগা মহাকপু মহাক্কী থবক্না পুন্দে ।

১৮। জ্ঞানদে (খঙবনে), খঙনঙাই ওইবা জ্ঞানগী মচাকনে অমস্থুং খঙলিবা মীনে মখোয়শিংসিনা থবক তৌনীংহল্লি-বা মচাক (মরম) অহুম অদু ওই; অদুগা ইন্দ্রিয়শিংনে (খুৎলায়শিংনে), থবকনে অমস্থুং থবক তৌবা মীনে অহুমসিনা থবক তৌবদা চঙ্গমন্নবা মচাক অহুমনি (ম-খোন্নানা থবক অমা থোকহল্লিবনি) ।

১৯। প্রকৃতিগী গুণ অহুমদুগী খেন্নবশিংদুগী মতুংইন্না, জ্ঞান, থবক-থৌওঙ অমস্থুং থবক তৌবা মীগী মখলস্থু অহুম-অহুম লৈ । মখোয়দুগী মরোলদুস্থু চপ-চানা তারো ।

২০। জ্ঞানদুগী মপাম্না লেঙলি-পাল্লিবা শক্লোন পুম্নমক্না অমত্তা ওইবা মাওংতাক্কনা মহাকপু, তোঙান-তোঙান্নবশিংদা

তোঙান্দনা, উহল্লিবা জ্ঞান্দো, — মদুগী জ্ঞান অদুবু সত্ত্ব-গুণদগী হৌরকপনি হায়বা খঙজিল্লু

২১। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা অমবু অচং চত্ত পুম্নমকসিদা অমগা অমগা মান্নদনা তোঙান-তোঙানবা মওঙগী খেন্ন-খেন্নবা অহিংবা শক্লোমশিং (আত্মাশিং) লৈবা উহল্লিবা (মদুগী) জ্ঞান্দো — মদুগী জ্ঞান অদু রজঃ-গুণদগী থোক্লকপনি হায়বদু খঙউ।

২২। অদুবু অদুম-অয়ান বিচার য়াওদবা, অচুম্বগা শম্নদবা অমসুং কৈস্থ-কান্নব্রবা, মসিনা মলোয়রে মতাগুম স্বপ্নগী মওঙ অমত্তদা অদুম তুঙশিন্দুনা লৈবা জ্ঞান অদুবু তমঃগুণদগী পোকপনি হায়।

২৩। থবক্কী মহৈঃ (মনাঃ) অমত্তগী আশা তৌরুদবা মীশক অমনা পাম্বা-পামদবা রা খল্লুদনা অমসুং হকচিন্না পক-শিন্নরুদনা (পামলুদনা) পাঙথোকপা তৌফম থোক্লবা থবক অমা — — — মদুবু সত্ত্ব-গুণদগী পোকপনি হায়।

২৪। অদুগা মহাক মশাগী অপাম্বশিংদুবু পেলহন-নবা খিবা নত্রগা ঐ মঙাইরে হায়বা শেরান্নবা নাপলগী রাখল অমনা থৌজিল্লিবা কনাগুম্বা মী অমনা য়াম্না কন্না

হোৎনবগা লোয়ননা পাঙথোকপা থবক অহুবুনা রজঃ·
গুণদগী পোকপনি হায় ।

২৫। তুংদা করি থোক্লবা য়াই, নত্রগা মী অমা ওইনা মশাগী
মঙম (মতিক-মপা), নত্রগা অতোপ্পদা পীক্লগদবা অমাঙ-
অতা (অশোক-অপন), নত্রগা মশামক্কী অমাঙবা স্নুকখল-
খল্লূদনা, পঙবদগী পঙপায়-পায়খৎপা অহুগুম্বা থবক
অহুবুনা তমঃ গুণদগী পোকপনি হায় ।

২৬। থবক্কী মহৈদা খোয়দাক্লবা মতৌদগী নান্থোক্লবা, ঐনা
মহেল্লে হায়হুনা নাপল তৌদবা ওইরবা, অরাবা নত্রগা
খূদোংথীববু মায়োক-য়াঙম্বা ( ইচঙ-থৌবা ) অমস্তুং
থৌরৈ-ফবা মতৌ উল্লবা, অহুগা মায়-পাকপা নত্রগা
মায়-খূবনা মচী লেঙহনবা ঙমত্রবা অতৌবা মী (কর্ম্ম-
কর্ত্তা ) অহুবু সত্ত্ব-গুণ চেল্লবনি হায়রৈ ।

২৭। থবক অমস্তুং থবক্কী মহৈদা কা হেন্ন নপসিন-পকসিনবা,
অহুগুম্বা মহৈশিং অহুবু হুংকচিন্না পামশনবা, মিহৌ-
চাউগনবা ( করাম্বা ), মীনূথাং ওইবা, মপুক শেংদবা
(লূদবা) অমস্তুং অরা-নুংঙাইবদা পূক্নীং-ঈথিল নাইবা
(লাংতক্লবা — ফংলগা হরাওবা, ফংদ্রগা রাবা) শিন-
বাংলিবা মীহুদি রজঃ গুণ চেনবনি হায়রৈ ।

২৮। পুকচেল লেপ্তবা, লৈবাক-মচা-তাদবা, মঙক-কমবা, লোনম-চাউগনবা, কল্লক-য়েংথীবা, তন্দে মান্দেবা, নুংগুক-নুংজানগনবা, থবক য়েথোক্কনবা থৌবু অহনবু তমঃ গুণ চেনবনি হায়নৈ ।

২৯। হে ধনঞ্জয় ( অর্জুন ), গুণগী মতুংইন্না অহুম থোক্না লৈরিবা বুদ্ধিগী অমস্তুং পুক্নীং পৈর-চেৎপগী মথায়দোক অহনগী মতাঙদা মরোলশুনা শন্দোক্না অমন্নুং তোঙান-তোঙান মচা খায়না অমুক হায়গে মুন্না তাউ ।

৩০। হে পার্থ (অর্জুন), থবক্কী লীক্লম অমস্তুং থাদোকপগী লীক্লম মশক খঙবা, করি তৌফম থোকপগে অহনগা করি তৌফম থোক্রবগে হায়বহু খঙবা, কিগদবনা করিনো অহনগা কিরোইদবনা করিনো হায়বহু খঙবা, সংসারদা জীববু পুনশিনবা হায়বহুনা করিনো অহনগা মহুদগী নাস্থোকপা ( মুক্তি ফংবা ) হায়বহুনা করিনো হায়বা খঙবা ঙম্নবা বুদ্ধি অহু সত্ত্ব গুণদগী পোকই ।

৩১। হে পার্থ (অর্জুন), ধর্ম্মগী হৌন-লীচংনা করিনো অহনগা অ-ধর্ম্মগী (ধর্ম্ম নত্তবগী) হৌনদ-লীচং হায়বহুনা করিনো, অমস্তুং তৌহৈদবনা করিনো হায়বহুস্থ কনাগুম্বা অমনা লাম্না খঙলিবা — মহুগী মপুংফাদবা বুদ্ধি অহু রজঃ গুণদগী পোকই ।

৩২। হে পার্থ (অর্জ্জুন), অমম্বা (অ-জ্ঞান) হায়বদুনা কুপখি-বনা, ধর্ম্ম নত্তববু ধর্ম্ম ওইনা খনবা অদুগা পোং পুম্নমকপু মখোয় মখোয়না ওইরিবা অদুদগী ওম্ন-তৈমনা উবা অমসুং মতম পুম্বদা ওম্ন-তৈমবা মায়কৈদদা হোংনবা — অদুগুম্বা বুদ্ধি অদু তমঃ গুণদগী পোকই ।

৩৩। হে পার্থ (অর্জ্জুন), লাইনীং-কাণ্ডলোন (যোগ)গী শাজেল অদু তত্তনা শান্নবনা লেঙদবা রাখন্দা মক্কম চেংনা থম্নবা, অদুগা মদুনা পুক্নীং, হিংবগী পাঙ্গল (থরায়) অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগী থবকশিংবু খূদুম চল্লবা — অদুগুম্বা শোয়বা নাইদবা পুক্নীং-চেংপা মতৌদু সত্ত্ব-গুণদগী পোকপনি ।

৩৪। হে পার্থ (অর্জ্জুন), ধর্ম্মদা (মথৌদা), ইন্দ্রিয়-পেলহনবদা অমসুং লন-থুম তানবদা খাঙবা কনবা ওইরিবা, অদুগা মাগী মাগী খোদোক মতাঙ হেক লাকপ-লাকপদা মদুগী মতুং ইনবা মহৈঃশিংবু চানীংদুনা কনাগুম্বা অমনা মহুবু চু পায়বদোনা চেংনা য়ান্নরিবা পুক্নীং মরেপ অদু রজঃ গুণদগী পোকই ।

৩৫। অদুগা মদুমদি, হে পার্থ (অর্জ্জুন), মদুনা মরম ওইদুনা (বুদ্ধি থেনবনা) অপঙবা মী অমনা য়াম্না কা-হেন্না তুম্ববু, অকিববু, থরায় রাববু, নুংশুক-নুংজানববু অমসুং ইন্দ্রিয়গী নুংঙাইবতা পাম্ববু থাদোক্তবা অদুগুম্বা পুক্নীং-

খূংচেং অহুবু, তমঃ গুণদগী পোকপনি হায়না লৌনৈ ।

৩৬। অদুগা হৌজিক ঐশ্বোন্দগী তারো, হে ভরতকী মচা-মশু লক্তগী ইহেন-হেনবা ওইরিবা (অর্জুন), নুংঙাইবা মনুংঙাই মখল অহুমগী মরমদাঃ মতম চংনা তৌরকপা শাজেন্না পাম্বৈ ওইরগা কনাগুম্বা মী অমনা মহুদা নুং-ঙাইরকইবা অদুগা মহুদা মহাক্না মহাক্কী অরাবগী অরোইবা ফংইবা অদু ——

৩৭। শাজেন্দুদগী ওইরকপা, অহৌবদা ( তাজিন্দা ) হূ-গুম্বা, তৌইগুম্বস্নুং অরোইবদনা ( পোলোইদনা ) থুমথোইবা ঈরীক্‌স্বা (অমৃতগুম্বা), অদুগা আত্মাবু মুন্না শকখঙজবদগী পোক্লকপা অশেঙবা নুংঙাইবা অদু— অদুগুম্বা মনুংঙাইদু সত্ত্ব গুণদগী পোকপনি হায়নৈ ।

৩৮। তৌইগুম্বস্নুং ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়গী পামজবা মচীঞ্জাক-শিংগা শম্নরুবদগী থোরকপা, অহানবদা অমৃতগুম্বা অদুবু পোলোইদনা হূ-গুম্বা — অদুগুম্বা মনুংঙাই অদুবু রজঃ গুণগী ওইবনি হায়নৈ ।

৩৯। হৌবদস্থু অদুগা লোইবদস্থু মশাদা অনম-অহা চুবা (মশা অফা-অপুন্নরিবা), অদুগা তূম্বা, তনবা অমস্নুং ঙাওচং-নবদগী পোকপা মনুংঙাই অদুবু তমঃ গুণদগী পোকপনি হায়নৈ ।

৪০। মালেমসিদা নক্রগা অমুকস্তু নোংলোন্দা লৈবা লাইয়াম-শিংগী মরক্তা প্রকৃতিদগী পোক্লকপা গুণ অহুম অসিদগী নাস্থোকপা ঙস্বা কনা লৈতবনি ।

৪১। হে য়েক্লববু চাকথেকপা ঙস্ব-ও (অর্জুন), ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমস্তুং শূদ্রশিংগী থবক পূম্নমক অসিবু মখোয় মখোয়গী পোকপদগী লোয়নরকপা হৌনশাগী (গুণশিংগী) মতুংইন্না তোঙান-তোঙান্না খায়দোকই ।

৪২। পূক্লীং লাকশিন্দুনা (শান্তি ওইনা) লৈবা, ইন্দ্রিয়শিং খুহুম চনবা, লীচং-হকপা (তপস্যা তৌবা), নুং-পান শেংবা, ঙাকপীহৈবা, অথাঙ-কনবা, পূকচেল-তিংবা, জ্ঞান লৈবা, সাস্ত্রনচিংবা নৈনহুনা লাইনীং-লীচং (ধর্ম্ম) খঙবা অমস্তুং লাই-থাজবা —— গুণশিংসিনা ব্রাহ্মণ অমগী মহৌশা ওইবা মথৌশিংনি ।

৪৩। কন-থৌবা, মতিক-মঙাল লৈবা, পূকচেল-হোংদবা, য়াম্না হৈশিংবা, লান্দগী মায়-লৈয়দবা, থম্মোয়-চাউবা (পীনহৈবা) অমস্তুং লুচিংগনবা — পূম্নমক অসিনা মাগী হৌনশা ওইনা লোয়নরক্লবা ক্ষত্রিয় অমগী মথৌশিংনি ।

৪৪। লৌউ-শিংউবা, শা-ষণ য়োকপা অমস্তুং লল্লোন-ইতিক তৌবনা মশাগী হৌনশা ওইনা লোয়নরক্লবা বৈস্য অমগী

মথৌশিংনি। শূদ্রশিংগীদি, অতৈগী সেবা তৌবনা মপোক্কী কোন্নবা (মহৌশা ওইবা) মথৌশিংনি।

৪৫। মশা-মশাগী মহৌশা ওইবা মথৌ-মথৌদা মায়পূ-নবগা, মী থুদিঙমক্না মায়-পূমপাক পাকপা হায়বদু ফংজে। মহাক মশামক্কী মথৌদা মায়পূ-নবা কনাগুম্বা মী অমনা মতৌ করম্না পূন্সী-মহৈংয়ানবা ফংবগে হায়বগী মরমদা তাবো!

৪৬। অচচ্চত্ত পূম্বগী থোরককম ওইরিবা অদুগা পূম্নমক্না শীন-থুংবিরিবা অদুগুম্বা পরমেশ্বর মহাকপু মীওইপোক অমনা মহাক মশাগী মথৌশিং তৌবনা ঈড়াংনরবদি মহাক্কী পূন্সী মহৈং য়ানবা ফংই।

৪৭। অতোপ্পগী মথৌদগী, (মতুনা) অচৌবা ওইরফাওবদস্তু, নত্রগা নীংথিনা পাংথোক্লবা ফাওবদস্তু, হেন্না ফরিবদি, কনাগুম্বা অমগী মরম্নাই মথৌদু, (মতুনা) হন্তবা নত্রগা অরান-অশুয় লৈবা ওইরফাওবদস্তু, অদুম তৌবদুনি। ঈশ্বরনা মঙোন্দা পীবা থবক অমা মী অমনা তৌবা মতমদা. মঙোন্দা পাপ চঙলোই।

৪৮। হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জ্জুন), মপোক্কী মনাং ওইনা লোয়নমিন্নরক্লবা মথৌ অদুদি, দোষ-চেনবা ওইরবস্তু, মী অমনা থাদোকফদে, মরমদি, থবক পূম্নসি, মৈশূনা

মৈবু য়োম্বগুম, দোয অমা নত্রগা অমনা য়োমগি

৪৯। থবক তৌরু-তৌরু মফম থুদিঙদা মাগী থবক্তগী মহৈ: থাদোক্লবা, মশাবু ফাথজয়বা অমসুং তাইবংগী ওইবা পোৎপু হকচিন্না পামত্রবা মহাক্তো — মহাক্না থমথেংনা থাদোকপা পূন্সী মরেল লেন্দুনা তাইবং-থবক্তগী নীংখাতম্বা হায়বা থ্বাইদগী মপুং-মরৈ ফাবা থাক ( সিদ্ধি ) অদু ফংবা ঙমই ।

৫০। হে কুন্তীগী মচানিপা ( অর্জুন ), মপুংফাবা ( সিদ্ধি ) অসিবু ফংগ্রবা মী মহাক্না মতৌ করম্না জ্ঞানগী অথোইবা মপুংফাবা পম্বৈং ওইরিবা ব্রহ্মবু ফংবা ঙম্বগে হায়বগী মওঙদু শম্লপা ঐগোন্দগী থঙউ ।

৫১। অশেঙবা মত্রুবা বুদ্ধি চেন্দুনা, অরাবা নত্রগা থূদোং-থীবগী মায়য়োক্তা লিংক্লেল ফনা মশামকপু লিশাংশিংনা রারকচদুনা, পানগী খোঞ্জেল অমসুং অতৈ-অতৈ ইন্দ্রিয় পেলহন্নবগী মচিজ্ঞাকশিংদগী মায়-লৈথোকচদুনা, সংসারগী অপাম্বদা চিংশিনবা অমসুং পামদবদা তুরুচবা হায়বশিংদুদগী নাম্থোকচদুনা ;

৫২। মীচিক-মীরাওথোল তাদবা মফমদা লৈদুনা, চনিঙ য়েংনা চাদুনা,-রাঙাঙ-শঙাঙ, হকচাঙ অমসুং পুক্রীংবু লাকশিন্না থমদুনা ; অদুগা মতম পুম্বদা লাইনীং-হীরী-কোনবদা

অমসুং ঈশ্বরদা পূক্নীং থিংজিনবদা লৃপ্তুনা, অদুগা পূক্নীং-মথি-নাইদবদা চঙজহনা;

৫৩। অদুগা নাপলবু, অকন-শাববু, হেদোই-হেন্নাও কাববু (খোয়ববু), অপাম-মরাঙবু, অমদি অশাউববু থাদোক্লুনা, অদুগা "ঐগী" হায়বা পূক্নীংদা লৈবা ৱাখলদগী নান্থোক্লবা অমসুং পূক্নীং মন্না-তপ্না লৈরবা মহাক — অসিগুম্বা মীশক অমনা ব্রহ্মগা অমত্তা ওইশিন্নবকপদা মতিক চারকই ।

৫৪। ব্রহ্মগা অমত্তা ওইশিন্নরক্লুনা, অদুগা পূক্নীং উন-ৱাইমুক চীক্লা লৈহনা, মহাক্না করি-করাগী অৱা-তেংথাবসু তৌক্লদ্রে নত্রগা করিঅমত্তবু পামসু পাম্লদ্রে। জীব পূম্নমকপু চপ মান্ননা লৌহনা, ঐগী ইফমদা তৌগদবা ভক্তি অথোইবদু মহাক্না ফংজে ।

৫৫। চঙজ-নোঙবা (ভক্তি যোগ) অসিনা ঐ অসিবু করিনো অমসুং কনানো হায়বগী মতাংদা মহাক্না ঐবু চাঃননা খঙবা ঙমই, অদুদগীদি, ঐবু ময়েক শেংনা তশেংনমক ওইনা খঙলগা, মহাক্না থান্দনমক ঈশ্বরগী (ঐগী) লৈবাক্তা (বৈকুণ্ঠদা) চঙই ।

৫৬। ঐভোন্দা চঙজ-চঙলনা, ঐগী ইয়াথং ওইনা লৈবা তাইবং থবক হায়হনা হেক লৈরিবমখৈ লত্তনা তৌরগা, লম্নাইগী

ওইজবা থাদোক্লবা ঐগী অশেঙবা ভক্তদি, ঐনা চানবী-
বদগী, অস্নুম্মক লেঙদ্রগা অমহিকম্নুং মাঙবা তাকপা
লৈত্রবা খুভম্ (ধামবু) য়ৌজ্জে ।

৫৭। রাখন্দা পুম্নমকপু ঐঙোন্দা কথোক্লুনা, ঐবু খ্বাইমক্তগী
অথোইবা ওইনা লৌহুনা অমদি রাখল পন্নীং চুম্না
খন্না ভস্বগী যোগ তৌহুনা, মতম পুম্বদা ঐঙোন্দা নপূক-
নীংহ্ চেক্তুনর্তা লৈয়ু ।

৫৮। ঐঙোন্দা চেংশিন্না নপূক্নীং অত্ত থম্লগা, নহাক্লা ঐগী
থৌজান্দগী খুদোংথীবা পুম্না লান্থোক্কনি; অদুগা হে—
তোংবদগী ঐগী রা-সিবু রা-ওইদ্রবদি, নহাক শোয়দনা
মাঙজগনি ।

৫৯। মাপলদা তাওহুনা, ঐগী য়াথংবু হিক্তোক্লগা নঙনা "ঐ
লাল শোক্লরোই" হায়না খল্লবদি নঙগী রারেপ অদু
অরেম্না ওইগনি: নঙগী হৌনশা (স্বভাব) অদুনা নঙবু
নমহুনা লাল তৌহনগনি ।

৬০। হে কুন্তীগী মচানিপা (অর্জ্জুন), নঙনা রাখল ফৈরেং-
নহুনা তৌগে হায়না নীংদবা থবক্ত, হৌনশা ওইবা
নঙগী লন্নাই থবক্লা পুন্দুনা তঙাই ফদনা নমহুনা য়ানীংদ-
য়ানীংদনা, নহাক্লা তশেংনমক অদুম তৌগনি ।

৬১। হে অৰ্জুন, ঈশ্বরনা থরায়-পানবা পূম্নমক্কী থম্মোয়-লকা-মুঙদা লৈরিবনি। অরেঙবা মেচিন মথক্তা হং-লাইশিংবু চোং-ফনহন্দুনা তোংহনবগী মতৌগুম, হকচাঙগী মশক ওইবা যন্ত্রদা তোংহল্লগা মহাক্কী মায়াশক্তি (লৈশেম-পাঙ্গল) শীঞ্জনহনা জীববু কোয়লেঙ-লেঙহল্লি।

৬২। হে ভরত-চা (অৰ্জুন), ইবুংঙো মঙোন্দা খমথেংনা চঙজহো। মহাক্কী খোজান্দগী নহাক্না পূমহেন-হেনবা অথোইবা শান্তি হায়বদু ফংগনি অদুগা লেঙদবা খুডম অদুসু ফংগনি।

৬৩। নঙোন্দা ঐনা থুপ্পদগী হেন্না থুপ্পবা জ্ঞান অদু তাক্লে। মসিবু মপুংফানা (থাকপা লৈতনা) নৈনৌ অদুগা মতুংদা নহাক্না তৌনীংবদু তৌরো।

৬৪। খ্বাইমক্কগী থুপ্লেন থুপ্পা ঐগী অথোইবা ৱাবু অমুক হন্না মুম্না তারো; নঙসে ঐগী য়াম্না চান্নবা মরূপ ওইবা মরম্না, নঙগী কান্ননীংঙাইদু ঐ হায়রক্কে।

৬৫। মতম পুম্নবদা ঐবু খল্লু (ঐবু চেংনা থাগোম্নৌ), ঐবু নীংজব। ইদাইরেম ভক্ত ওইযু, ঐঙোন্দা কথোকউ, ঐঙোন্দা নোল্লু। অস্নুম তৌরগা নহাক্না শোয়দনা ঐগী নাক্তা লাক্কনি। মসি ঐনা নঙোন্দা ৱাশক্নুনা

হায়বনি, মরমদি, নহাকসি ঐগী য়াম্না চান্নবা মরূপ্নি ।

৬৬। অতৈ ধর্ম্ম ( ধর্ম্মগী অতৈ-অতৈ থবক ) পুম্বা থাদোক্লো, অহুগা ঐঙোনথক্তদা চঙজরো (নশাহু অখাকপা লৈতনা কখোকচরো)। নঙবু পাপ পূম্বদগী ঐনা লান্থোকপীগনি। মরম অসিনা, নহাক ৱাগনু ।

৬৭। অথূপ্পা জ্ঞান অসি তপস্যা তৌদবা অমদি ভক্ত ওইদবশিংগী মফমদা নহাক্না থক ঙাঙথোকফরোই ; অসিদসু নঙনা, ঈশ্বরগী সেবা তৌদবশিংদা, নত্রগা মসিবু তানীংদবশিংদা, নত্রগা ঐবু হুল্লানবা ( তাথীবা ) মীশিংদা মসিবু হায়দোকদবা নত্তে ।

৬৮। ঐঙোন্দা অথোইবা ভক্তি লিংহুনা, খঙজনীংবা ঐগী ভক্ত ওইবশিংদা পথূপ্পেন অসিবু তাক্লিবা কনাগুম্বা মহাক অহু কন্নি অমত্তা চিংনবা লৈতনা ঐঙোন্দা লাক্কনি ।

৬৯। ঐঙোন্দা মঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা ইনাই অমা সংসারসিদা লৈত্রে ; অহুগা মঙোন্দগী থোইনা হেন্না চান্নবা অতোপ্পা অমসু মালেমসিদা লৈররোই ।

৭০। অহুগা ঐখোয় অনীগী শেংদোকঙম্বা ৱাৱী ৱাতাই শান্নবসিবু তাজ-তমজরবা কনাগুম্বা মহ'ক অহু — মহাক্না জ্ঞান-যজ্ঞ তৌহুনা ( লৌশিং মৈ-ঈক্তুনা ) ঐবু য়াম্না

ঈকাই-খুম্নবা লাৎলমগনি, — হায়রীবসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি ।

৭১। অদুগা মসিবু (গীতা সাস্ত্রসিবু) থাজবগা লোয়নবা অমসুং কল্লক-য়েংথীবা য়াওদবা খোয়জঙবা তাজরিবা মী মহাক অদুনা, লঙজবা কোক্তুনা (অরান-খুঙম ফংদুনা), য়াইফ-খৌ পাঙথোকখিবা পুণ্যচেনবা মীশিংগী নুংঙাইরবা লৈফমশিংদুদা য়ৌরকনি ।

৭২। হে পার্থ (অর্জুন), ঐনা হায়খিবসিবু নঙনা পুক্নীং অমী লোঙদনা মুন-না তাশিল্লব্রা ? হে ধনঞ্জয় ( লনখোম্বা অর্জ্জুন), খঙদবা হায়বদুনা থোকহনবা অনম-অহা চু-বা (পঙথবা) অদু কোকখ্রব্রা ?

## অর্জ্জুন

৭৩। হে অচ্যুত ( শ্রীকৃষ্ণ ), ইবুংঙো নহাক্কী থৌজান্না ঐগী অনম-অহা চুরম্বদু ( পঙথরম্বদু ) কোকখ্রে অদুগা এনা ঐগী নীশিংবা ( জ্ঞান ) হায়বদু অমুক হন্না ফংজরে । ঐগী চিংনবশিংসু কোকখ্রে। ইবুংঙো নহাক্কী নয়াথং তুংইন্না এনা থবক তৌজরগনি ।

## সঞ্জয়

৭৪। অস্মুম্না পূম্নমক্কী ঈশ্বর ওইবা বাসুদেব (শ্রীকৃষ্ণ) অমস্মুং মহাত্মা পার্থ ( অর্জুন ) অনীগী মরক্তা শানথিবা ওক্লবা রারী অসিবু ঐনা তু-খ্যাও-খ্যাও-চুংনা ইনাকোঙনা তারম্মী ।

৭৫। শ্রী ব্যাসদেবগী থৌজান্দগী খুাইদগী রাংলকা অথোইবা যোগগা মরী লৈনবা থূপ্লেন-থূপ্পা রাসি যোগগী মপু, শ্রীকৃষ্ণ মশামক্কী মচৌন্দগী হকথেংননা তাহোরে ।

৭৬। হে ইনিংথৌ (ধৃতরাষ্ট্র), কেশবগা ( শ্রীকৃষ্ণগা ) অমস্মুং অর্জুনগা অনীগী মরক্তা শান্নথিবা ওক্লবা অমদি পুন্যগী মশক ওইবা রারী অসিবু হন্না-হন্না নীংশিংলগা ঐহাক পূক্নীং-তুজুংনা মিংকূপ খুদিঙদা নুংঙাইবা পোকই ।

৭৭। হে ইনিংথৌ ( ধৃতরাষ্ট্র ), শ্রীহরিগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ) থোইনা ওক্লবা শকফম অদু হঞ্জিন-হঞ্জিন নীংশিংলুরগা ঐহাক অমুক হেন্না-হেন্না ওকখ্রে, অদুগা অমুক হন্ন-হন্নমু পূক্নীং তুজুংননা ঐহাক নুংঙাইজরি ।

৭৮। যোগগী মপু শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা মফম-মফমদা, গাণ্ডীবা লীকুং পায়বা তেনহৈবা অর্জুন-না লৈবা মফম-মফমদা; ফজবা, মায়পাকপা (বিজয়, চাওখৎপা অমস্থং চেৎশনবা লৈবাক-ভাক্লোন (হৈশিংবা খূজিল-থৌরাং) শোয়দনমক লৈগনি। মসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি।








